# বিরাট শাহু পরোন

সম্পাদন তৌবা

শ্রীহাওরোকচম নীলমণি সিংহ
শগোলবন্দ মৈনো লৈরক,
ইম্ফাল।

মমল রুপা ২৲

# ৱাহৌদোক

মৈতৈ মযেক্কা ইহুনা থম্বিরম্বা মৈতৈগী অরিবা সাহিত্য লৈকোন্নুংদা তাহুনা লৈরবা লাইরিকশিংগী মরক্তা বিরাট শাস্ত্র-ৱোন হায়বা অসিস্তু অমনি। মহাভারতকী মনুংদা বিরাট পর্ব্বগী মতাংদা ইরিবশিং অসি য়াম্না লোননিংঙাই ওইবা খণ্ডবা য়াত্রবা থৌরম ঙাক্তুনি। মসিদা অকনবা তৌবা ঙম্বা ঐ মঙাইরে হায়না নাপন তৌরুবদগী কীচক্কা মথৱাই মাঙখিবা, মাগী শাগে নাতৈ ওইবা মচিন মনাও পুন্নমকস্তু মরাল লৈজদবা হুপীবু হাংকনি হায়না থৌরাংলুবদগী তুম্না মাঙখিবা, অশোনবগী মরল নমহুনা লৌরুবদগী সুশর্ম্ম অমদি দূর্য্যোধনচিংবনা মাইথিবা ইকাইবা ফংখিবা অসিনা চিংবা রাজনীতি, ধর্ম্মনীতি কর্ম্মনীতিনচিংবগী পাওতাক্না থল্লবা মতাংনি। লাইরিক অসি ৱাহেংবা মাধবরাম অমসুং মযেংবা বৃন্দাবন কৌবা ওঝা অনি অহুনা পোইরৈ মৈতৈরোন্দা শেমহুনা ইবিরম্বনে। মসি মাঙখিগদবা পাম্মুজবদগী বাঙ্গলা মযেক্তা শিন্দোকচবনি। লাইরিক অসি ছাপা নমহুনা ফোংদোকচবসি মনিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগন। শেলগী মতেং পীবিবদগী ফোংজবা ঙমজবনি। মসিমক নৎলমত্রবদি ফোংদোকচবা ঙম্লোইদবনি।

হাওরোকচম নীলমণি সিংহ

তারিখ ১।২।৬৮ ইং ইম্ফাল।

শ্রীযুক্ত হাওরোকচম নীলমনি সিংহনা সম্পাদক তৌবা বিরাট শাস্ত্রপরোন (বিরাট পর্ব্ব) অসিবু লাইরিক অসি পাজরে। মহাভারতকী তরানিপাল শুবা পর্ব্বগী মনুংদা মুংঙাইরবা বিরাট পর্ব্বনি। মহাভারত হায়রিবা মহাকাব্য অসি করি অমুক্ত হায়গনি? কাশীরামদাসনা হায়রমই "মহাভারতের কথা অমৃত সমান। কাশীরামদাস কহে শুন পূণ্যবান।।" অচুম্বনি, মহাভারতকী ৱারী অমৃতগা পাংখক্লি। "বিরাট শাস্ত্রপরোন" হায়রিবা লাইরিক অসি শ্রীবৃন্দাবন অমসুং শ্রীমাধবরাম ৱাক্লেম্বা অনিনা ৱারী নাতৈ থিনা শৈশেম্লমবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি তরানিপালশুবা শতাব্দীগী মৈতৈ-সাহিত্যগী শক্তম অমনি। মৈতৈ-রোন্দা সংস্কৃত সহিত্যগী মমি কদায় ফাওবা তারম্লগে হায়রা অদু লাইরিক অসি পাবিরগা খংবিগনি। মতম অসিদা মৈতৈ সাহিত্যগী অনৌবা য়াওল অমা লাকখি হায়রা অদু লাইরিক অসিনা উৎলি। শ্রীযুক্ত হাওরোকচম নীলমণি সিংহনা অসিগুম্বা লাইরিক অসিবু থিজিনবিদুনা লৈবাক মাংদা পুথোকপিরকপগী মমক্তা ঐহাক্না ধন্যবাদ তৌজে। অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা থিরা ৱারগদবা লাইরিক কয়া কয়াসু পুথোকপিরক্তুনা সাহিত্য সেৱা তৌবিরক্লুখিগনি হায়না আশা তৌজে।

রাজকুমার ঝাহল সিংহ
তাং ২৪।৮।৬৫ ইং

# থৌদোক্কী লমাই

# লাইরিক লেংবগী ৱাহৌদোক।

হরি হয়াহে। হে গুরু শিদবা ভক্ত বৈষ্ণব থোইথোইববু য়াথং অহানবদা পুক্লিং হকচাং য়াইবী অহম্মকস্তুং তিন্নবা পুরুমজরক্কে। মরম করিগীবু পুরুমজবনো হায়রবদি বিরাট খুনগং নুংঙাইবদা ফম্বী য়িমওইনবা শ্রীরাধাকৃষ্ণ থোইথোইবা অনিমক্কা সনাবৃন্দাবন নুংঙাইবদা কোরৌ নুমিৎ খুদিং শান্না পাওতোইনবী সখী মতা মরূপ পুন্নমক্কী হৈনা মতুং ইনবীবু ওইনা য়োইনা থৌগনজববু গুরু বৈষ্ণব অনিমক্কী থৌজান মরনকুবু নত্তনদি কদৌনোং তানফংঙমদে হায়বগীবু গুরু বৈষ্ণব অনিমকপু হান্না পুরুমজ বনে। শ্রীগুরু চৈতন্য মহাপ্রভু থোইথোইবনা কলি হাক্তক অসিগী পাপ লাইজাঈরেন পুংগুম্বনা অমমশিফানিক্কা লৈরিবা মাইকৈ নোংপোক পাংবারমদা লৈরবা থৱাই অপকমাবু লানবিগে হায়বগী থৌজান তৎনদ-বনা মণিপুর পোইরৈ সনা পুংদা পোক্লিবা মণিপুরেশ্বর লৈমাবা শ্রীশ্রীযুক্ত নোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বা ভক্ত অবতার শংশংববুস্তুং পুরুমজগে। নিংথৌ মতিক অরুববু মতৌ করম তৌবনো হায়রবদি পোইরৈ সনা মরৈবাকপু বৈরি য়েক্রবগী সমুদ্র ঈরেনপুংদা লুপ্না লৈরববু হয়িঙৈ কৃষ্ণ অবতার মশানৱোল বরাহ অথোইবনা তাইবং নোংশাপানবু লাইজা ঈরোম্নুংগী থিংলৌ য়াতোন থোংনা লৌখৎলুবগুম পোইরৈ সনা পুংবু লৌখৎলিবা, ধর্ম্ম লমচৎ মাংনা য়াংকোইরবশিংবু নিংথৌ পুক্লিং মহৌশা থৌজান ঈরেন পুংগুম্বনা য়োইমায়াই তাওদনবগী নুমিৎ মতম মান্না ঙান-বিরম্বা নিংথৌরেনবু হন্না হন্না পুরুমগে। শ্রীঅথোইববু পোক্লকপা সনা বৃন্দাবন নুংঙাইবা ঋতু তরুকমকপু তত্তনা থোক্লিবা কল্পবৃক্ষ পামেল উপাল মক্তবা লতা উরি থাংয়েৎ-লৈনাচিংনা মনম নুংৱোলবা পুক্লিং হূববু লৈরাং মখল শুনা শাৎলিবা খোইমু লাবা অমোম কোকিল উচেকনিংথৌশিংনা বুনবী পুক্লিং নুংঙাইনরিবা সনা বৃন্দাবন নুংঙাইবা অহুদা তত্তনা শান্নরিবা

শ্রীরাধাকৃষ্ণচন্দ্রগী সনা খুয়ারেন খম্বাল লৈয়োম্নুং অনিয়ত্কা হকচাং মালেম লৈদাতু মুবাই শমতোংফোই প্রায়মা পুক্তি চেৎনা পুরুমজরুকে। অসুম পুরুম্নবগা পুণ্য মহৈ চেনবা ভারতত্ বারি নুংঙাইবা লানশোক্ সমুদ্র ঈরেন পুংগুম্বদগী লিক্না পিশ্রিক্লোন মরমত্তা চাওববু খাইথ্রবকুপা বিরাট পর্ব্ব লীলা নুংঙাইববু য়াহম্লকে। ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির ভ্রিংথোরেমচিংনা শানৌ মচিন মনাও মঙায়কা সতী দ্রৌপদী অচুম্বীগা বিরাট সুনা মঐপাক্কা কোলোই মমিং হোংনা শাম্ব পলুঙৈ হুয়েন লানশোক্ বাবু ভেংথারকে।

বারি নুংঙাইবা অসিবু পোইরৈ মতম কদাইদা শেমনো হায়রবদি লাইরেন মৈদিংঙু নোইনাই কোবা চীংখংখোম্বা লোইবী শোকপাওম্বা, হুয়েন তমকেং ফাবা, শেনবী তেখাও লাম্বরা, শৌমার যাকা চাইনা হুয়েন রমাকান্ত ফাবা, তেখাও মরন খোম্বা, সাপবকুরা অথৌববু কায়না হুনবা, থোংনাং ইলাকান্ত লোইচাখোম্বা হুয়েন অনচোমথা ফারা, তুবি থিংলো তেনচনুফদা, লাইরেন লাবনা খাইঙমদবা লোইচুম ঈরোক অকুং-পবু ইঙা লোথোং মরুম মনিংবা, চীংলেন পানলংলা খোইমোম লৈপুং থোন অরাংববু খাল্লে য়ুপুংক্লাওম্বা, খোইমোম লাইনিংথৌদা নবদ্বা ভুক্তি মথৈ ৯ মক্লা শ্রীঅম্বরিষ নিংথৌরেনুগুম্বা, থবাই যাইবী ঙাকুহৈবা, ধর্ম্ম বিচার তৌবদা পণ্ডিত নিপা থোকপা, পূর্ণমুর্ত্তি চংথোনবা নিংথৌরেলগী মতিক অরুবদি মপন মৈতৈরৈমা য়িরাংলোল থম্বাল লৈকা মানবী পায়মা সুনা লিনকোইগী তাইরং নোংশাপান্দা শালফোংলকুঙৈগী হোনা বারিশৈ পুর্ব্ব জন্ম অচাওবদা লৈরিবনে। ভারতত বারিশৈ শেমকপা অসিগী শৈশেম নাত্তে থিরুবদা বারি পন্থাং লোয়বা থিজিক্কা তেংথা নিংশিংলুবনে। খোইমোম লাইপোক শংশংবা মতিক সমুদ্র ঈরেন পুংগুম্বা অহুনা লান-লোই মদাইমা থোংলেন তাইপী লাংথবান কাঞ্চিপুর নুংঙাইবদা সুনা কোনুং শেম পোইরৈ পম্মা তিম্না থুনতায়ে। মদাইরেম পোইরৈ ফৈরা

ানজোবা শমু লেংকুবরা পুম্নমকপু লোইদায় কুমবোমকপা খুদিংদা াকয়ে হিত্রামেএ। শ্রীনব্যানন্দ যুবরাজ মনা রাপিহল আচার মরমচৎপ মু কনাগুম্বগা মান্নদুবা তুরি মপাচা লাইরেন মযেমু লেংনা তিনবাক্কী গ্রাইনিং পুক্লিং মকুবা, শিংলেন পারিজাৎ মৈনিংখৌগুম্বা, পোইরৈ মেনা- গতি লোইবী শকাংগুম্বা, খাংচেন কৈকল খেক্সা খারম মোইচা খোয়া, কুমপা কদেং থাংশাবা যুবরাজ নিংথৌ মথোক্রকপনা লাইরেন মপা মৈদিংগু, ধর্ম নিংথৌরেন ময়াথংবু তাংজা লদা থোংনা হাওরে লোংচপা পাংবাম্নমকী বাকুয়ে হিরেন চিংনরা মদাইরেম পানা পাম্নোম ও মকা নিংথৌ ফুঙ্গানাই পুম্নমকস্নং পাচা পুম্নাকপ লোইচা পুম্নাতিম্না মিক্কাই হৈনা মতুংথং য়েনফোন চারা মথোংশোম পুখ্রন তেংমাইশিনবা চক্রপানি খুমস্নেমচা লাইকম লৌশিন্নহনবগা খাবম হাঙ্গারিল্যানজিংবা চক্রপানি মৈনম- চাগা লোইনাই ম্নহন্নপশংগী পাত্র মনোংমাই ঙাংবমচা বান্নোন কৈকুং- হনবগা নোইনাই ন্যাহাকপ শংগী বান্নোন কৈকুংবা গৌরহরি ন্নংমাই থেম্বগা মখোই তরেংমকস্নং লোইননা লম্নেন নোংচুপ কোংয়াংফাই ফাই- তুনলোক, রামরাপা খোংথিলোক, খারাপা য়াকোন লোকপু নাতৈনা কবুই লৈশোকচীংবু ঙয়োম্ননা নোংচুপ তুয়াপং লোক্লেন অচনবদগী বাকুয়ে হিরেন অমা চিংএ। খোইনোম লাংপোম অবিরা মচীংলেনবু নাতৈনন নোংচুপ য়াংলৈপা লোক্লেন অচনবদগী তোংচেং অমা চিংএ। নোংচুপ কোংয়াং লোক্নী বাকুয়ে অমা চিংএ। লাইরেন মৈদিংগুগী তোংচেং মথুৎনেৎ বাকুয়ে হিরেন অহম্মকপ নুমিৎ শিংবোল য়ায়, চীংনুং উনাচা কৌবা লোক-ঈ থক, লোইদায় থাবুম অনি বোল্লা য়ারেক থোংশায়াম পামেল খাংতপশেম, থৌতু নুংফম থাং, বাকয়ে হিরম ফাৎনা, খোংং নারেং লোল, তুনৌ খোংচা শম, ঔরি লিমাই নোপা, তোংচেং হোইচিং লকহৈদা কৌবা য়ারেকপবু উপন পোপতেকলৈ উনা শংশোংয়াল-

লম্লেকপামশংশা শাতানবা মকাইফমগুম তাওথংপা শংদা ফায়েং নোং-কফাইনা ইনুংঙারেকঙৈদা নিংথৌ মপারি যুবরাজ মথোক্লকপনা পোইরৈ লান্মী অয়াম্বা থায়াং কোন্তাইরোনবা পুম্নমকপু লানফম থৌতোংননবা নাতাহনগে হায়বগী ভারত ৱারি অচৌবা মোংলেন মথোং ফূইনা চুবগুম পুণ্য ৱারি পুম্নমকপু চৃথরবা অতুদগী কোরৌ নোংলিক লিক্লা পিশিক্তোন মরুমতবু খাইনা পোইরৈ মৈতৈরোন্দা তেংথা মরেং ওইনা শৈশেন্নকএ। লিক্লাই কোলোই মপাওখোন নোংতা পোহাল লিক্লুমবু মাইৱাকলফদবগী লিক্লাই হৈনা মতুং ইন্না চীংখোংপুয়োকপা শ্রীবৃন্দাবন মৈয়েংবগা শ্রীমাধব-রাম ৱাহেংবগা লোইয়ম নোংপান মপাচা অনিমক্লা পোম্বী তেলনোই লৈতমচেক্কুম লিক্লাই পাওতাক মতুং ইন্ন কোংয়াংৱায়িমেৎ মুকমৈ নরিন শোন্না লেংচনরকএ। লৌশিং পোনমিং লনবগী নাৱা হৈয়া খোংথাং হৈতরিবশিংনা কোরৌ নোংমদোনগী লোইদাম থাজ পাখংববু শমু খুৎনা লাক্কে নিংলুবগুম. শমু পাংশোই নিকপা থুক্লুহংমাতোকপনা চীংলেন পাল্লংলা অৱাংববু ফৈনা লান্নিংবগুম চেংলৌ মিৎকমতাঙবনা শ্রুতিবেদ অচৌববু লাইরিক মাংদা থানা থিনিংবগুম. ৱুনবী লৈখল লনবা পায়মা লৌশিং তাম্বা লাংৱোল থৱাই পিকপা অনিমক্লা নিংথৌ মপারিগী পাওতাক লিখুন ইনঙমদনা য়াথং লাংশোই নাইবগী লংচ অয়োলবা খৈবিকপু সাধু লাইবু নিংবা মহাজন চিংঙ লাইবক ফবা নংখোইনা ভারত ৱারিশৈনে হায়না ক্লেমা ধর্ম্ম তৌনা নাতাবিও। শোক কুমশিং ৱাচুম্বা ১৭০২ লেপ্লিবা লোইদাম ৱাকচিং থাগী শুক্লা নিন্মাং ৫নি পানবা শ্রীপঞ্চমী মাকমৈ অথোইবা কোরৌ নুমিৎ নিংথৌকাবদা শৈহৌরকএ।

# বিরাট শাস্ত্রপরোন

## পাণ্ডব মঙামক বিরাটতা লোৎলবা

লহান নোং হয়িবৈদা ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেনগী মনোংয়াই জন্মেজয় নিংথৌ অথোইবনা মাল্লেম লৈদা পক চাংজৌ চেপ্লা লোম্না পাওহংখিএ। হে গুরু অথোইবা জয়মুণি লৌশিংবা-ও ইয়ু ধর্ম্ম-রাজ নিংথৌরেম্নচিংনা শানৌ মচিনমনাও মঙামক্না সতী দ্রৌপদী মচুপ্নীস্থ য়াওনা বিরাট নিংথৌরেনবু চেংলৌ শকউননা শাস্ত্রপলুবদি মতৌ করম তৌনা লৈরুবনো রারম থাংথৈ নাইনা পাওতাকপিও, রুনবী পুক্লিং তপ্পা নাতাজগে হায়না পাওহংলবদা জয়মুণি অথোই-বনা হে জন্মেজয় নিংথৌরেন-ও রুনবী পুক্লিং চেৎনা নাতা-ও রারম মরৌশিলনা রাহন্নকে।

শানৌ মচিন মনাও মঙামক্তগী অর্জ্জুন পাঙ্গনবনা মশাবি ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী য়াথং মতুং ইন্না দেশ পুম্নমক্কী নগর থুক্কং কোয়না সতী দ্রৌপদী অচুপ্নী শানৌ মচিন মনাও মঙামক্না মথোই তরুকমক্কী শাস্ত্র পক্কস্থ থিরুবদা নিংথৌ ৮৪ মক্কী লৈপাক মশীংলাক্লা মিৎয়েং থাংথৈরকপবু মৎস্য দেশ কৌবা লৈপাক হুংঙাইবা অহুদা বিরাট

মনিংথৌ মৎস্য দেশ লৈমাবনা হন্থু ময়াইকারবস্তুং নিংথৌ মাগী শেল্লোরেন কীচক পাঙ্গনবা মরুমপানগী নিংথৌ কনাগুম্বা অমগী পাঙ্গল মথা থাদে, পাম্বোম মীরুম থুপ্তে, সনা মাগী সিংহাসন্দা ফুংঙাই মরাং কাইনা পাল্লে। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুম্নমক্তা দান দক্ষিনা তৌবব পুক্নিং চৈরেল্নদে হায়না মশাবি ধর্ম্ম নিংথৌরেন্দা অসুম পাণ্ডতাক্লবদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্না রারম মতৌ তানা হন্নাও মথোই-তোং ফুংঙাই পুক্নিং চংনা শানৌ ইচিন ইনাও মঙামক্তি সতী দ্রৌপদী য়াওনা য়াথং হায়না রাবু কোরৌ নোংলেন্নবা বিরাট মরৈবাক অত্থদা চরৈ ফিশেৎ রোল কোলোই ঐথোই ইমিং হোংনা শাস্ত্র পলুসে হায়না খোয়মা নাপীরক অশোংবদা লৈঙম্বা তপ কোরৌ ললশাকম সমীবৃক্ষ তলা ক্যাম্নেগী পামেন উতোনথক্তা লালপোৎ মথোইগী ফিরোই লমঙানবা রাইর মথুৎশু মক্তু্বা দ্রৌপদী লৈমরেনগী চরৈ ফিরোই নিংথিবা খৈবিকস্তুং অর্জ্জুন তেলহৈবনা চরৈ ফিনা খুম্না থম্লুরে। মালং নোংশিৎ লাংবদা লাইজ থিকফেন চংহন্দনা পাম্বা কৈগী মরুম্না কুপ্লম্মে। পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবগী মায়া মশানরোল মৃত্যু অমন থম্নে কুম্লবা পাম্বা কৈয়েক্লা নোংশা খাংনৌবা তাংজা লিল্লাথি অসিশিংবু পামেন উখোং কোয়না শংহল্লম্মে।

শানৌ মচিন মনাও মঙামকপু খোয়মা নারক অশোংববু নমদা হুন্না বিরাট সনা মরৈপাকপু ইস্তাল্লক্লে হায়দবরা। মৎস্য দেশ মরৈ-পাকপু য়োরবদা ধর্ম্ম নিংথৌরেম্না হকচাং চরৈ ফিশেৎ রোল, নগুণ মচা তানা থাংনা, অশাং চৈশু পাল্লোইনা, ছত্র য়েম্পাক কোক্তা তুপ, যুবী থুজাই য়াওনা, পাশা শমু মাক্তা য়েপ ব্রাহ্মন

লাইবু নিংববু লৈনা ওইনা বিরাট সনা য়োইকোম্নুং চংখিয়ে। মৎস্য দেশ লৈমাবনচিংনা পাত্র মন্ত্রী পুম্না কমফম্লিঙৈদা নিংথৌ সনা মখোংজিলবু য়োম্নবগী ফৈদানাই থোংথৈ কম্বশিংনা ধর্ম্ম নিংথৌ- রেনবু চেংলৌ মিংথিংলবগী হে ব্রাহ্মণ লাইওইনবা-ও নংবু কনানো? মরৈবাক অতাম্বা থুঙ্গং অথাম্বা কদাইদগী লাকপনো হায়না পাও- হংলবদা, হোই হে দ্বারী থোংলেন শংবা-ও ব্রাহ্মণ ঐদি নমু মীরৈবাক মচানে। বিরাট ননিংথৌবু চেংলৌ শকউনগে হায়বগী লাকপনে য়াংনা পাওতাকপিও হায়রবদা, কৈদা থোংথৈ কম্বনা অচেল থোংলৈ য়াংনা বিরাট নিংথৌরেনগী রাজ সভা মাংদা পাওতাক্লুরে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও ব্রাহ্মণ খোইমোম লাইবু নিংবা অমবু তেজ মঙান নাইনা হকচাং মপুং ফাইএ। খোইমোম কনাগী মশানরোলনো খংদে হায়না পাওতাক্লবদা বিরাট নিংথৌরেম্না অসি কোরৌ শুমিং অসিদি নিংথৌ ঐগী চিঙ্গোই লাইবক ফবনা থোক্লবনে। ব্রাহ্মণ লাইরোইনবা অতুবু চেংলৌ থুনা শকউনরগে মক্তবা পুক্নিং অনোন- বনা পাওকৌবিরুও হায়না পাওমেল্লবগী কৈদা থোংথৈ কম্বশিংনা অচেল থোংলৈ য়াংনা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনবু য়াম্বং অনোনবনা পাওকৌচিনলুরে।

বিরাট নিংথৌরেম্না শমু মথোং হৌ ভক্তি অমেংবনা পাওহং- খিএ। হে মহাশয় অফবা-ও নংবু খোইমোম মশানরোল কয়বনো? শাগে জাৎ কনানো? চেংলৌ নংগী নশক উবদা নিংথৌ ঐবু রুনবী পুক্নিং ওকএ য়াংনা পাওতাকপিয়ো হায়না পাওহংলবদা, ধর্ম্ম নিংথৌরেম্না, হোই হে বিরাট লৈমাবা-ও কোম্লোই ইখিং থোংদি

কঙ্ক-ও কৌএ। ব্রাহ্মণ শাগৈরেন্দা নাওনৌও হায়রবদা ; তৌই-গীদি হে কঙ্ক ব্রাহ্মণ লৌশিংবা-ও ধর্ম্ম নিংথৌরেনবু নমদা হন্না করিগী বিরাট ইরৈবাকপু ইস্তানলকপনো ? হোই হে নিংথৌ অথোইবা-ও ধর্ম্ম নিংথৌরেনগা দূর্য্যোধন নিংথৌরেনগা পাশা খুৎকোই শান্নবা নাইহু পাঞ্জল তান্নবদা রাজ্য লৈপাক লোরুসে হায়না সঙ্কল্প রাশরুবগী দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্না নাইহু পাঞ্জল ভমল-বগী হস্তিনা লৈপাক পুন্নমকপু লোক্লৌরে। ধর্ম্ম নিংথৌরেন্দি থোয়মা নাপীরক্তা অতিত লম্বোইববু ওইনা চৎখিরে। রারম অত্থ-গীদমকপু ব্রাহ্মণ ঐবু থৌজাল লাঙ্গোনবিবু লৈতরবগী হে নিংথৌ অথোইবা নংবু দান ধর্ম্ম তৌবদা পুক্লিং চৈরেল নাইদে হায়না তাইএ। রারম অত্থগীবু নিংথৌ সনা নখোং খাবু ইস্তানচরকএ, বামোন ঐবু থৌজাল লাঙ্গোনবিও, পুক্লিং ঐবু অরাবা কোকচরগে হায়না পাওমেল্লবদা বিরাট লৈমাবনা রূনবী হরাও থোইনা আসন কম্নকমদা চরৈ থানা রাজ সভারক্তা কমহল্লে। চরৈ ক্লিরোই নিংথিবা চুরা চন্দন ওইনম্বা ধুপ থাওমৈ মরোই শু চেং থোইদিং পানা থা পুন্নমকপু শমু খুত্তা পায়না ঈরাৎ পুরুমজরে হায়দবরা।

থৌরম অসি মতুংদা লৈমা দ্রৌপদী নিংথিবীনা বিরাট য়োই-কোম্নুংদা ইস্তানুলক্লবদা কৈদা থোংথৈ ফম্বশিংনা চেংলৌ মিৎথিৎ-লবগী কন্থা মথোক্লকপী অসিবু ওম্বোকএ হায়না অচেল থোংলৈ য়াংনা বিরাট মনিংথৌদা, হে নিংথৌ অথোইবা-ও দ্বার নখোংজিন্দা কন্থা মথোক্লকপী পূর্ণ মপুংফাবী অমবু চংলকএ হায়না পাওতাক্লু-রবদা বিরাট নিংথৌরেন্না নিংথৌ ঐগী রাইফা মথোই তোঙবনা

# বিরাট শান্থুপৱোন

কাওরবনে য়াংনা পাওকৌচিনলক-ও হায়না পাওমেল্লবদা অচেন খোংলৈ য়াংনা সনা য়োইকোম্নুংদা পাওকৌচিল্লুরে। তাংজ ইকাইববু নমদা হুম্না লাঙ্গোই মচুম তাগুম শকথোং ঈভাং কানা রাজ সভামাংদা লেপ্লরে। বিরাট মরৈপাক্কী পাখং মথোক্লকপাশিংনা দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবীবু মৎয়েং থুকম হোংনিংদে। পুক্লিং অপাম চংঙে। বিরাট নিংথৌরেল্লস্তুং আসন মফম্লেন্দগী শমু মখোং হৌনা থৌজাল মথোই তোঙনা পাওহংলকএ। হে কন্যা অহেলবী-ও নংগী হকচাং মরোং য়েংববু ঈন্দ্র সরারেনগী অপশরা জগোই শাবীবু মাল্লে। খোইমোম কনাগী মমোমলোম্লো, বংশ নংগী শাগৈরেনস্তুং কনানো হায়না পাওহংলবদা; হোই হে বিরাট লৈমাবা-ও কোল্লোই ইমিং খোংদি শৈরন্ধ্রী-ও কৌএ। লৈমা দ্রৌপদী অহেলবীগী সনা সেনাক ফম্না শম্লাং মরেলথিবী চূরা চন্দন তকপী চরৈ মপুম পানা মানলৌ মথং য়েংবীবু ওইরমএ। দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবী অতুদি ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী হৈনা মতুং ইনখিরে। দূর্য্যোধন নিংথৌরেন্না থৌজাল লাঙ্গোনবিদবগী নিংথৌ সনা নখোং খাবু ইন্তাল্লকএ। লহান নাওরা ইথুঙৈগী মথৈ খোইমোম গন্ধর্ব্ব মভামক্কী সনা মথোংখাদা য়োঙ্গনা থৌখল্লকএ। হুজা ঐবু নমু কনাগুম্বা অমনা পুক্লিং থুংঙম থীরবদা খোইমোম গন্ধর্ব্ব মভামক্কী শমু মথুংপাক্তা নোংমলঙৈনে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও চিংঙুলাইবকথীবী ঐবু থৌজাল পাংশোই নিক্তনা লাঙ্গোনবিও হায়না পাওমেল্লবদা, হে যুবতী নিংথিবী-ও ইমোম ঐনা পোকপী মরোইরে সনা য়োইকোম্নুংদহুম চংখিরো। নিংথৌ ঐগী পাত্তেশ্বরী সনা ফম্বালফম্বী অহুবু পলেম

নমা মাহাক্কে হায়না পাওমেল্লবদা নপুংষ ফৈদারেন্না বিরাট লৈমা-বীদা নিংথৌ সনা ময়াথংবু লুদা থোংনা রাইম্নুইএ। হে বিরা লৈমাবী-ও শৈরন্ধ্রী নিংথিবী অসিবু নংনা পোকপা নচাগুম লোক্কে শানা কোন্না য়োইনা থৌগল্লৌ-ও হায়রকএ হায়না রাকংল্লুরবদা পাতেশ্বরী লৈমারেন্না শম্মু নাক্তা থানা ফমহল্লে।

দ্রৌপদী অচুম্বীসু অসুম্না শাস্ত্র প্লবদা মশানৌ ভীম অকনবসুং ব্রাহ্মণ তরাচাকথৌশবু ওইনা ঝুলি লেংদা য়ান থাবৈ লেংকল থুত্তা শুনা বিরাট সনা মথোংজিন্দা রাইথুংলরে। ফৈদা থোংথৈ ফম্বশিংনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী নিংথৌ সনা মথোং খাদা য়াংনা পাওতাক্লুরে। হে বিরাট ইনিংথৌ-ও ভেজ মণ্ডান চাওবা ব্রাহ্মন হকচাং ওইবা পাঙ্গল মীওই চংখোনবা নমু মীরোলথোক অমবু নিংথৌ নথোং-জিন্দা রাইথুংলরে। পুরুষ মীপা অরিববু মাল্লে। নদাইরেম ঐখোইবু শমু মাগী মাংদা থানা লেপঙমদে। পুক্লিং থোইনা অকি চংএ হায়না অসুম পাওতাক্লুরবদা, হে ইদাইরেম-ও পুক্লিং অকি চংদ ভক্তি য়াথং অনোনবনা পাওকৌচিল্লক-ও হায়রবদা অচেল খোংলৈ য়াংনা ভীম অকনববু চাংজৌ চেপ্পারোন ভক্তি লৈদা পক্লা পাওকৌরুরবগী ভীম পাঙ্গনবসুং লাঙ্গোষ্ট মচুমতাগুম সনা য়োই-কোন্নুংদা চংথিরবদা রাজ সভা মাংদা পাঙ্গল মীওই চংখোলববু উরবদা বিরাট নিংথৌরেন্না নমু মীওই চংখোলবা নংবু কনানো? খোইমোম লাইগী মশানরোল্লা জাৎ শাগে করম্বদা নাওয়িবাচানো? মীরৈপাক অতাম্বা থুঙ্গং অথাপ্পা করম্বদগী লারকপনো, কোল্লোই নমিংথোংসু করি কৌবনো? রারম করি লৈমগী নিংথৌ ঐবু তানা

চংলকপনো হায়না পাওহংববু; হোই হে নিংথৌ অথোইবা-ও কোল্লোই ইমিং থোংদি বল্লব-ও কৌএ। ধর্ম্ম রাজ নিংথৌরেনগী ব্রাহ্মণ তরাচাক থোংববু ওইরমএ। ধর্ম্ম রাজগী তাংজ মথোংখুনরু থিথংদরবগী তরা চাফংদনা কোরৌ নোংলেল য়ামৃলে। বিরাট লৈমাবা নংবু দান ধর্ম্ম তৌনা থরাই লাক্লোন হৈএ হায়না নাতাবগী নিংথৌ অথোইবা নংবু ইস্তাল্লকএ। নপারি মতম মান্না নাওয়োকপি-ও। ব্রাহ্মণ শাগৈরেনবু নাওয়োকপদি পূন্য মথোই তোংনা য়াইফা মহৈ য়ানঙৈনে। বল্লব ঐনা তরা চাকথোংবদি ব্রাহ্মণ কনাগা মান্নদে হায়না পাওমেল্লবদা, বিরাট নিংথৌরেনগী তরা চাকথোংশংদা ফমফমহল্লে। অলঙ্কার ফিরোই নিংথিবগা পানা খ্বা চেংথোইদিং লৈ চন্দন ধূপ থাওমৈ পুম্নমক্না ঈরাৎ পুরুমৃলে হায়দররা।

রারম অসি মতুংদা অর্জ্জুন লৌশিংবসুং বিরাটমরৈপাকপু ইস্তাল্লক্লে। নপুংষ ফৈদারেনবু ওইনা চরৈ ফশেৎ রোল শমলাং তারৈ পুন্না মেখলা খাংনপ্নরে। পুরুষ নিপা ওইবগী লমচৎ মতৌ লৈহন্দনা বিরাট মথোংজিন্দা রাইথুংলবরু দ্বার থোংশংবশিংনা চেংশো মিৎথিংলবগী বিরাট লৈমাবদা য়াংনা পাওতাক্লুরে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও নমু মীরোলথোক নপুংষ ফৈদারেনগী চেংজো মশক ওইবা অমবু নিংথৌ নথোংজিন্দা ফাওরকহিকএ। গন্ধর্ব্ব খোইমোম লাইগী মশক মাল্লে হায়না পাওতাক্রবদা বিরাট নিংথোরেন্না কোরৌ অসি কুম্মিংমগী মখেবু মৎস্য দেশ ইরৈপাক অসিদদি জয় য়াইফাথোইববু ওইরে। য়াথং অনেম্বনা থুনা পাওকৌচিল্লু-ও হায়রবদা, কৈন্দা থোংলেন ফম্বনা পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈববু ভক্তি মতৌ

নিংথিবনা রাজ সভা মাংদা লানশিল্লরে। বিরাট নিংথৌরেল্লা পুক্লিং হরাও থোইনা হে নপুংষ ফৈদারেন-ও নংবু কনানো? মীরৈবাক অত্তাম্বা কদাইদগী লারকপনো, কোল্লোই নমিং থোংস্তু করি কৌ-বনো? নিংথৌ ইরৈবাক অসিদা রারম করি লৈবগী ইস্তাল্লকপনো হায়না পাওহংলবদা, ধনঞ্জয় লৌশিংবনা পাওখুমখিএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও কোল্লোই ইমিংথোংদি বৃহনালা কৌএ। কোরৌ নোংশিং য়াম্না ধর্ম্ম নিংথৌরেল্দা য়োইনা থৌগনজরমএ। খোইমোম লাইগী নোংদম্না ধর্ম্মরাজা অথোইবস্নুং থোয়মা নাপীরক অশোংববু মরান যুমওইনখিরে। রারম অচুগীদমকপু নগর থুঙ্গং খুদিং তরা-চাকনিরকপনে। হে নিংথৌ অথোইবা নংবু খোইমোম লাইগী থৌদা রুনবী পুক্লিং পীএ, থরাই লাঙ্গোন হৈএ হায়না নাতারবগী নিংথৌ নরৈবাক অসিবু ইস্তাল্লকএ। বৃহনালা ঐবু ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী নৃত্য জগোই শাববু ওইরমএ। খোইমোম লাইগী নোংদম্না নপুংষ ফৈদা-রেনবু ওইরে। হে নিংথৌ অথোইবা-ও নংবু পুক্লিং হল্লেংদনা লাঙ্গোনবিয়ো হায়না পাওমেল্লবদা; হে বৃহনালা কৌবা নংবু নপুংষ ফৈদারেনবু ওইহনগে হায়না থৌজান মাইয়োক্সনা নিংথৌ নাক্তা থানা ফমক্কমহল্লবগা মমোম উত্তরা অহলবীবু য়াংনা পাওকৌ-হল্লুরে। হে ইমোম নিংথিবী-ও বৃহনালা ফৈদারেন নমু মীওই চংথোলবা অসিবু নৃত্য জগোই শাববু তাইবং নোংশাপান অসিদা নমু কনাগা মান্নদে হায়এ। ইমোম নিংথিবী নংবু পুক্লিং হরাও থোইনা জগোই খোংলৈ তম্মো হায়না জগোই খোংলৈ তম্নবা শংবু মমোম উত্তরা অহেনবীগীদমক শংল্লেন চাওনা শেম্মা শমু থুংশিন্নরে।

খোংলৈ জগোই শংবু ঙাক্‌বা নমু মীপুম তরাদংবু খাইবিরে। লৈমা উত্তরা অহেনবীগা মতা লেংমান্নবী চেংলৌ শক্লোই হেনবী তরামঙা-দংগা শমু খুৎশিন্ননা তম্মিন্নহল্লে।

থৌরম অসিগী মতুংদা সহদেব পাঙ্গলবনা বিরাট নিংথৌরেনগী দ্বার মথোংজিলবু ইন্তাল্লক্লে। ফৈদা থোংলেন ক্ষম্বনা চেংলৌ নিংখিৎলবগী অচেল খোংলৈ য়াংনা পাওমেল্লুইএ। হে নিংথৌ অথোইবা-ও নমু মীরোলথোক অমবু লাঙ্গোই শাশেনবগী চেংলৌ মশক ওইনা লারকএ, শম্মৈ পাল্লোইনরকএ হায়না রাকৎলরবদা নিংথৌ পুক্লিং হরাওথোইনা পাওহংখিএ। হে নমু মীওই চংখোনবা নংবু কনানো? চেংলৌ নশক য়েংবদি লাঙ্গোই শাশেনববু মাল্লে। কোল্লোই নমিং থোংসু করি কৌবনো? লৈপাক থুঙ্গং অথাপ্পা করম্বদগী লারকপনো? হকচাং নত্তৌ য়েংবদি খোইমোম গন্ধর্ব্ব মাল্লে, পাঙ্গল মীপা থোক্লা উইএ। রারম করি পৌগীনো য়াথং থাংখৈ নাইনা পাওতাক-ও হায়রবদা; হে নিংথৌ অথোইবা-ও কোল্লোই ইমিং থোংদি অশ্বপাল কৌএ। ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনগী লাঙ্গোই শাশেনবা ওইরম্মে। শগোল মত্তৌ ফত্তবা খৈবিকপু লাঙ্গোই মরিন ঙম্মা শানশেম হৈএ। ধর্ম্ম নিংথৌরেনগা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনগা পাশা খুৎকোই শান্নৈদা রাশক মতুং ইন্না ধর্ম্ম নিং-থৌরেন্দি শানৌ মচিন মনাও মঙামক্কা দ্রৌপদী লৈমা য়াওনা খোয়মা নারোম্মুংদা মরান হুমওইনখিরবগী লৈপাক হুংঙাইবা করম্ববু লৈরি-গবনো হায়না ইন্তাল্লকপদা নিংথৌ অথোইবা নংবু দান ধর্ম্ম তৌনা থরাই লাঙ্গোন হৈএ হায়রববু নাত্তারকএ। অশ্বপাল কৌবা ঐবু

থোজাল লাঙ্গোনবিও। লাঙ্গোই শাশেনবনা ধর্ম্ম ইরমচংপু ওইনৈএ হায়না পাওখুম্লবদা, বিরাট লৈমাবনা অসি কোরৌ হুমিৎমগী মথৈ নিংথৌ ঐগী লাঙ্গোই শাশেনহনবাবু ওইরো হায়না থোজাল মাইয়োক্লনা ফমকমহল্লে হায়দবরা।

মশানৌ নকুল অতোনবস্তুং তাংজ মশমপুম কাওরেন শনশেন চৈবু খুত্তা শু, থৌরি থাংদা য়েংনা বিরাট মথোংজিনবু ইস্তাল-লকপবু কৈদা নাইফা খোংথৈবনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী বিরাট লৈমাবদা, হে নিংথৌ অথোইবা-ও নমু মীরৈবাকচা অমবু কাওরেন শনশেন চৈবু শমু খুত্তা শুনা থৌরি থাংদা য়েং ঝুলি লেংতোন য়াম্না ফমফম্লেএ চেংলৌ মশক য়েংববু কাওরেন শনশেনববু মাল্লে হায়না পাওদম্লবদা; ইদাইরেম দ্বার থোংশংবা-ও য়াথং ভক্তি তৌনা পাওকৌচিল্লুও হায়রবগী য়াংনা রাজসভা মাংদা লেপ্লরবগী বিরাট নিংথৌরেন্না পাওহংখিএ। নমু মীওই চংখোলবা নংবু কনানো? রারম করি লৈবগী নিংথৌ ইরৈবাকপু ইস্তাল্লকপনো? চেংলৌ নশক য়েংবদি কাওরেন শনশেনববু মাল্লে। কোল্লোই নমিং থোংবু করি কৌবা? হকচাং নরোং য়েংবদি খোইমোম গন্ধর্ব্ব মতৌ মাল্লে। রাজ্য নরৈবাকস্তুং করম্বনো হায়না পাও-হংলবদা নকুল অতোনবনা পাওখুমখিএ। ধর্ম্ম নিংথৌরেন চন্দ্রবংশ মচেং পাচামদা নাওলৌবগী সনা মরৈবাক্তা কোল্লোই ইমিংথোংবু গোপাল-ও কৌএ। জাৎ ঐগী শাগৈরেন্দি থাল কাওরেন শনশেনবনে। ধর্ম্ম নিংথৌরেনবু লৈতরবগী বিরাট নরৈবাকপু ইস্তাল্লকএ। শঙ্গোম ঈ থোক্ত্রবশিংবু থোকহনঙমএ হায়না

পাওখুম্লবদা মৎস্য দেশ লৈমাবনা পাওমেনখিএ। হাওরৈখানা পাংবারমদা কাওরেন ঐগী শময়াম লৈএ। মানপী অতুগী শন-শেনহনববু ওইয়ো হায়না বিরাট নিংথৌরেম্না খৌজাল মাইয়োক্লনা য়োইচানলে হায়দবরা।

শানৌ মচিন মনাও মঙা সতী দ্রৌপদী য়াওনা নমু কনাগুম্বতু থংহন্দ চেংলৌ নশক রোল, কোল্লোই মমিং হোংনা অসুম শান্থুপলে। লাংহৈ কুমশিং শুনবা য়াংগোইরিভৈদা ধর্ম নিংথৌ-রেন্দি কোরৌ হুমিৎ খুদিংগী তরা চাকপুম হুকপবু পুকথল অপেল খঙদনা খৌরি চাকয়োৎ পলএ। লৈরাং মনম হুংশিবা থৈবিকসুং নাতোল মাল্লং নোংশিৎ থোংদা নমনিংদা। দ্রৌপদী লৈমা অহেনবীসুং বিরাট য়োইকোন্নুংদা মাইথোং ময়েংতা কুমচাং মশক রোলনা শাবি শানৌ মঙামকীদমকপু তরা চাকপুমু হুকঙমদা লাইজ চিন্‌থুন্‌ য়োংঙমদনা লাংবল খোইরেল অথুম্বা মাহাকপু লংমাই য়েল্লখৎকুম চানিংদে। হুংশি থোয়বু ওৎনা কোরৌ নোংশিং শুনবা অসুম নোংথোইরিভৈ, অৱা মথৈ লৈতরবগী খোইমোম লাইগী থৌদা ভজন পুক্লিং কায়গে তৌঙম্লক্লে। শানৌ মচিন–মনাও তরুকমল্লা হৈরাং মশুংমা, তাওজিং মখাইমা, থ্বা শুং-দাইমা, পানা তপ্তাইমবু থংজরবসুং মতোম মতোম থংনিংদবগী নমু কনাগুম্ববু খঙহন্দনা ইসুং শোয়াইমদা শানৌ মচিন মনাও মঙামক দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবী য়াওনা হৈরাং মচেৎমা চামিল্লা, তাওজিং মশুংমবু থংমিল্লা, থ্বা শুংদাইমবু চিকমিল্লনা হুংশি মথোইগী চিন-গোই মতিনমেন্‌ হুংওল্‌ রারম পাওমেন্নববু কোরৌ নোংতামৃতা থবি নোংলেন্দনা অসুম রাহম্লেএ।

## কীচক পর্ব্ব

মত্তৌ অস্তম তৌরিবৈঙদা বিরাট নিংথৌরেনগী পাঙ্গল চৈশৌ ওইরিবা লাঙ্গোই শাম্ লিশিং অমগী পাঙ্গল মতিক ওইবা কীচক অকনবদি লোইদাম থাবুম ওনখিরবগী বিরাট নিংথৌবু চেংলৌ শকউনগে হায়না পুক্নিং হরাও থোইনা সনা য়োইকোন্নংদা বিরাট লৈমাববু চেংলৌ শকউরুরবগা মমোম বিরাট লৈমরেনবু চেংলৌ শকউনগে হায়না সনা শঙ্গাইনুংদা চংখিরবদা বিরাট লৈমাবীনা সনা ফান্দেং থানা ফমহল্লে। দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবীবু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী পায়মা উনকোইনুংদা নিংখলখিএ। তাইবং নোংশা-পান অসিদা পাঙ্গল ইতোম মীপা থোক্লা য়াঙ্গোইববু সনা য়োইকোন্নুংদা চেংলৌ শক্লোইহেনবী অসিগুম্বীবু মিৎয়েং শানখৈরক্তে। চেংলৌ মাগী শকপান্থোং অসিবু লোইদাম মেরা থাগী পূর্ণিমা মপুং ফাবা থাগুম্মে, থোহনা রুনবী পুক্নিং হুইএ। চেংলৌ মিৎকোইথোংবু থম্বাল লঙাং লৈগী লৈরাং মকা মানগুম কুরঙ্গ শজি মিৎতানৈএ। চিনবান মোইকাইয়াংপু শাবন তয়ান হৈবু মোইকাই ভাংনা হেল্লে। থবাক লিকশিরম থবাক লেংয়ান লম্বু শ্রীফোল হৈতানৈএ। খুবাং চাংজৌ তরামকপু শিংলেন চম্পা লৈহুংশিগুম নিংথিএ। পাম্বোম থম্বৌ লৈর-য়োনগুম্না খুবোম তোংয়াইরম্ব পুন্নুং মেনপ্রাগুম খুনিং মোই-দোনতাবু হিঙেঙাল, ময়েক চংগুম্মে হায়না রুনবী পুক্নিং ঙক্লা পাওহংলকএ। হে ইমোম মৎস্যদেশ লৈমাবীও নংগী শমু নাক্লা থানা ফমজরিবী অসিবু কনানো? মপন কনানা পোকপনো

কোল্লোই মমিং থোংসুং করি কৌবনো? সুজা মাবু মাওরোইবা থংলেন ময়াইথনবসুং কনানো স্থান মফম কদাইদগী লাকপনো হায়না পাওহংলবদা বিরাট লৈমাবীনা হে ইছুনিংথৌ কীচক পাঙ্গনব-গু কোল্লোই মমিংথোংদি শৈরন্ধ্রীগু কৌএ। স্বামী-মপুরোইবদি থোইমোম গন্ধর্ব্ব মঙামক্লে। স্থান মাগী ফম্বিরেন্দি হন্তিনা মপুংথ্যাইদগী লাকএ। চৈরে মরেল থিনা শম্নাং মপুম পাববু লৌমা তৈএ। নমোম ঐগী থোরম অয়াম্বা থৈবিকপু শৈরন্ধ্রী অহেনবী মশানা থোগন থুহুম চল্লে হায়না পাওতাক্লবদা, মছুনিংথৌ কীচক অকনবনা পুক্নিং কঙাও থোইনা পাওমেল্লকএ। হে ইমোম বিরাট লৈমাবী নংবু পাঙ্গমা লৌশিং তামএ। চেংলৌ শক্লোই হেনবী অসিগুম্বীবু সনা য়োইকোন্নুংদা করিগী থম্লিবনো। নছু নিংথৌ ঐগী কোল্লোই ইয়াথংবু পুক্নিং থাজথোইনা নাতা-গু। চেংলৌ নবিংঙা শকমান্নদে, ইমোম নংবু য়েংবদি তয়ম্ মাগী নাইরৈথিগুম মউরে। শৈরন্ধ্রী অহেনবী অসিবু হয়েং সময় মতম অমদা বিরাট লৈমরেনবু লেপ্পা ওইরঙেনে। নমু কনাম্বগুগী তাল্লোই মরুম্বীনা চেংলৌ মাগী শকপাঙ্গোং অসীগুম্বীবু উরক্তে। নছু নিংথৌ ঐগী কোল্লোই ইয়াথং অসিবু হয়েং সময় মতম থোক্লরবা থঙনাঙেনে হায়না কীচক পাঙ্গনবনা অসুম পাওমেনববু, মমোম বিরাট লৈমাবীনা স্নাহল্লকএ। হে ইছুমিংথৌগু স্নারম নংগী থৌরম অরানববু করিগী পাওমেনবনো। নিংথৌ ঐবু লোইবা হমু ময়াই কারবনা কন্যা মচা ওইনা নাওয়োক্লিএ। নমোম ঐবুসুং পলেম মমামক্লে হায়না নিংজল্লিএ। স্বামী মাবু অরোইবদি থোইমোম

গন্ধর্ব মঙামক্নে হায়না পাওতাক্লবদা মতু নিংথৌ কীচক পাঙ্গন-বদি মাইথোং লৈদা লুক ইকাই মথৈ লৈতনা মরান ওন্তেখিরে।

কীচক পাঙ্গনবদি পায়মা মপুক্লুদা দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবীবু রুনবী থোকাও লৈতনা হয়েং কোবা মনোংশোইরবদা বিরাট সনা য়োইকোম্নুংদা চংলকহিকএ। দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবীবু শমু মাইয়োক্নরবগী পুক্লিং অপাম চংনা রুনবী লোইখোইননা য়াওরা নিংথিবা রাহৈ অথুম্বনা মচিন মোমোন নোক্লা পাওমেল-লকএ। হে শৈরন্ধ্রী নিংথিবী মুরা মথোক্লকপা নংবু হুংঙাই মহৈ য়ান্নবা রুনবী পুক্লিং তপ্পা নাতাও। বিরাট লৈমাবা অসিবু পাঙ্গল ইরুমপানগী নিংথৌ সনা পন্নু ওইজরিবা অত্তনে। বিরাট লৈমাবনা কীচক ঐবু কদৌঙম্নরোইএ। পাঙ্গল ইরুমপানগী মীরৈবাক কনাগুম্বনা ঙমথৈ তানশিল্লক্তে। পুক্লিং মরাং কাইনা ইরান লোনয়িম য়াইদত্নম য়াঙ্গোইরসে। নমু মীখা থানা ভক্তি সেবা খনবদি তয়ম নাইরৈথিবু ওইরে। লৈমা লাইবকথীবী পুক্লিং রাইথুং নাইদনা নোংলেল্লবীদি নংনে। কোল্লোই ইয়াথং অসিবু ইন্দগুনো হায়না রাহম্ববু, সতী দ্রৌপদী অহেনবীনা পুক্লিং অকি চং য়াওরা তুকুপ চুংনা পাওথুম্নকএ। হে পাঙ্গল মীওই চংখোনবা-ও চিনগোই নয়াথংবু রারম অরোকপা মাহাক্নে। লৈপাক মাইরোং ওইনা পাঙ্গল মীপা থোকএ হায়না নাতাএ। তৌইগুম য়াথং ইপাওমেনবু খিজিক্তা নাতাবিও। নাওরা ইখুঙৈগী হৌনা খোইমোম গন্ধর্ব্ব মঙামকপু স্বামী ইনোংথৌবু ওইরকএ। চিংঙু মথোই মঙামক্না য়াইবী কলহৌনিকঙেনে।

হে নমু মীওই চংখোনবা-ও ব্লারম নত্তববু হায়বিগুনো, চিনগোই নয়াথংবু হোই য়ারবদি নরক ঐবু লৈখা তাঔনে। দয়া নথৌজান্না ঙাকপিও হায়না ব্লাহম্লবদা; কীচক পাঙ্গনবনা অমরক ব্লাহম্লকই। হে শৈরন্ধ্রী নিংথিবীও হায়গুনো, কোল্লোই নয়াথং অমেংবত্থম নাতানিংএ। খোইমোম গন্ধর্ব্ব মঙামক্লা কীচক ঐবু কদৌ ঙম্ল-রোই। হে শৈরন্ধ্রী নিংথিবীও ব্লারম নত্তবা য়াথং মতৌ ওইরোই-দৌববু করিগী পাওমেল্লিবনো হায়না কীচক পাঙ্গনবনা শমু খুত্থম চন্না পুজেম্লগে হায়বগী বিরাট সনা সঙ্গাইহুংদা চংখিরে। হে শৈরন্ধ্রী নিংথিবীও বিরাট লৈমাবনা ঐবু কদৌ ঙম্লরোই, ইমোম বিরাট লৈমাবীনস্থ তাংজ ইকাইবা হুইয়াই শেনখোইবগী চিনগোই মতিন মেন্না য়াথং করি পাওমেন ঙম্লোই। শমু খুৎত্থম চন্না পুরগে হায়না য়াথং অরাকতম্না পাওমেল্লবদা দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবীদি পুক্লিং অকি চং হকচাং মতুচুং থব্লাই মিব্লেন পাইনা শোংকিরে। কীচক পাঙ্গনবদি ইকাই নমদা হুন্না মমোম বিরাট লৈমাবীদা পাওমেনখিএ। হে ইমোম লৈমাবীও শৈরন্ধ্রী চেংলৌ শক্কোই হেনবী অসিবু নহু নিংথৌ ঐগী শমু মাংদা থানা পুখিরগে। তয়ম নাইপুম চামা শুনা হনবিরক্কে হায়না পাওমেনববু মমোম বিরাট লৈমাবীনা মহু নিংথৌ কীচক পাঙ্গনবগী চিনগোই ময়াথং অথাবা য়াথং অশাওববু নাতাবদা মমোম বিরাট লৈমরেন্না কোল্লোই অমেংবনা পাওমেল্লকএ। ইহু নিংথৌ নংগী পাইরোরেম নিংথৌ ইশাবী হন্থ ময়াই কারবনা রাজ সভারক্তা তাংজ ইকাইবা হুইয়াই শেন্‌খোইববু দয়া নথৌজান্না ঙাকপিও। ইশাবী

বিরাট লৈমাবনা দান ধর্ম্ম তৌবগীদমক মচা মানা পোকপ-গুম মমোন থুংজানবীনে হায়না নাওয়োক্লিএ। অসি কোরৌ হুমিৎমদি তাংজ ইকাই ঙাকপিও। হয়েং কৌবা চীংথুং শোইর-বগা নরান লোনয়িময়াইদা থৌশিরক্কে হায়না অস্থম পাওমেল্লবগা কীচক পাঙ্গনবদি হরাও মখৈ লৈতনা মরান ওন্তেখিরে।

অহিং ইন্নুং শোইয়াইমদা দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবীগীদমকপু কীচক পাঙ্গনবনা খোম্লেন তুমগন্ধা মিৎয়েং নাওশুমদা পুক্লিং অয়াংবনা ইন্নুং কৌবা চীংনুং শোইববু ঙাইখম ঙমদনা লাইজা প্যশাননা ইরু শান্তেংলে। তরা থুপুন্ হুক্রমহুক্ত য়াথিন চিনশেং লোমঙমদনা শিংলেন লৈন্নুংশি চুরা লৈরোলথোকপু নমদা পাক্তেনা অলঙ্কার চরৈ ফিরোই হোং কুণ্ডল চুপ্লেন নাপা ঙান্ পুহান লিক্লাং চান্না থবাক ঙংথোম্হেন্ সনা তম্ফা থুৎফাংলোই শায়াং তানচৌশি, থুজি পান্নোন্ খৌ নূপুর খোংজি মঙান্ নাই নোংপোক চাকমিয়েংশেন্দা শায়া মমি য়েংনা হকচাং লৈতেং শেম্লে। দ্রৌপদী অহেনবীগীদমক সনা কাগোকন্থুংদা পানা থম্না হাপ্লে। সনা কাংথোলথক্তা চরৈ মখনতৈ মানলৌ মরোল য়াম্না ঙাইখম্লে হায়দবরা। ইমোম বিরাট লৈমাবীনা শৈরন্ধ্রী নিংথিবীবু থৌশিরক্কে হায়না পাওমেনলোববু লাক্তরে হায়না শমু মখোং হোনা হম্না হম্না মিৎয়েং শানুখৈরুএ।

মমোম বিরাট লৈমাবীনস্থু হে শৈরন্ধ্রী নিংথিবীও সনা থুজাই থুত্তা শূনা ইত্থনিংথৌ কীচক পাঙ্গনবগী মরান লোনয়িময়াইবু ইস্তানখিও। লাংবন খোইরেন হি অথুম্বব থকনিংএ ম্যানা

লৌয়কল্লুও হায়রবদা দ্রৌপদী অহেনবীনা য়াহমখিয়ে। হে মৎস্য দেশ লৈমাবীও চিনগোই ইয়াথংবু থৌজান হুংশি চৈরোইনমা না তাবিও। নত্তনিংথৌ কীচক কত্তবা অছুদি ধর্ম্ম লমচৎ লৈত্তে, পাপী লমচৎ চৎলে। চেংলো ঐবু শকউনবা থুদিংদা চিন্‌লোং ফত্তবা য়াথং নিংখিদবা য়াঙা বু লমচৎ য়াহৈ ওইনৈএ। থোক্তনৌ ইতা লেংনাত্তিনবী সনা সঙ্গাই থম্মা লৈরিবীশিংবু, থৌশিবিও হায়না পাওমেনজববু, হোই শৈরন্ত্রী অহেনবীও বিরাট লৈমাবী ঐগী য়ারম পাওমেন্‌থোন্‌ চৎলিবদা নমু কনাগুম্বনা হেলা থৌওইদনা পাওখোন ইমাং শংশংবদা করিগী শমু থুৎওমথিরগবনো, লাংবন থোইহি অথুম্বছুম য়াংনা লৌরুয়া-ও হায়না পাওমেল্লবদা, দ্রুপদ মমোমলোল দ্রৌপদী নিংথিবীনা তাংজ মরুল্লুক মাল্লেম খোংবী লৈথৈ য়েংনা মত্তোম নিংথৈঞ্জেএ। ঐদি তয়ম মাইয়ৈ থিগুম্লে। পুক্লিং ইরাচাবু তমকদরে, য়াথং হঙ্গৎ ওম্নরোই হায়না সনা খুজাই খুত্তা শূনা কোন্থুং অরিংবদগী থোকখিরে। পায়মা মপুক্লুংদা য়োই-ময়াই তাওদনবু পুরুমখিত্র। হে সূর্য্য থবি শেনগোইরেং অপানবা মাল্লেম চিথেকমরিমা মাইকৈ নিপানমা শুংদাই তয়াতরুকমা শিং-কাই হুম্ফ্‌মাথোইমকপু মাইকৈ মথোং শেন্দনা নোংশাপীর্ত্তৈও মোয় চিংতু লাইবকথৌবী ঐবু হুমিং নংগী বংল শাকৈশেরেন্দা নাগ্রেমোককপী মাহাক্কে। অয়া লৈথাত্তা হুংশি পোৎলুমপু ইন্তিক শানকোংদনা তয়ম মনাইপানুম্বম লৈম্লিবী ঐবু উদরবম্না। তাইবং নোংশাপানগী মাক্ষি য়াচুম ওইম্লিবা নত্তবম্না। সতী পুক্লিং য়াচুমত্তবী ঐবু পাঙল ঐগী চৈশৌ লৈত্তরথগী পুক্লিং থুৎছুম চমপ্রবদি য়োইমমাই তাওদনবা

নংদি নারী স্থুপী হাৎপগী পাপ অরুস্ববু লোজোও হায়না দ্রৌপদী নিংথিবীনা পিরেন থকৃমাত্তা মালেম লৈদা পক্না পুরুমথিএ। অস্তম পুরুস্ববু য়োইময়াই তাওদবনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী রাক্ষস হিংচাবা অনিদংবু পাওকৌরবগা, হে রাক্ষস হিংচাবা নবিংঙানা নমু কনা-শুম্ববু উহন্দনা শৈরন্ধ্রী লৈমা নিংথিবীগা ঙাইরোইনথিও হায়না থৌশিরকএ। শৈরন্ধ্রী লৈমা নিংথিবীদি য়োইময়াইবু চাংজৌ চেপ্পা লোম্না পুনেমৃরম্মে। পুক্নিং চিন্তা তৌনা কীচক মরান য়াইবু ইস্তানৃথিয়ে।

কীচক পাঙ্গনবদি দ্রৌপদী অচুম্বীবু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী পুক্নিং হরাওথোই অপাম মিৎমৈ হাইনা য়েং, মচিনূ মোমোন নোক্না হে লৈমা নিংথিবীও নংবু লাও-ও। শমু ঐগী ওইরোম থানা কমকমলরা-ও। হে শৈরন্ধ্রী নংগীদমকপু অলঙ্কার সনা কি-রোই লমঙানববু মশাং শুনা ঙাইথম্নিএ। চরৈ কিনৌ থোল্লোরাও। কীচক ঐগী ইরুম মুংচানবী কোলোই শঙ্গাইরিবী খৈবিকপু তয়ম ননাই মশেম্নে। পুক্নিং ঐগী অচেৎপবু রারম থাংগৈ নাইনা থংহল্লবনে।

দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবীনা পুক্নিং অকিচং হকচাং মতু চুংনা পাওথুমথিএ। নমোম বিরাত লৈমাবীনা লাংবন্ খোইরাংহি অথুম্ববু থকনিংএ হায়বগীদমক শৈরন্ধ্রী ঐবু থৌশিরকএ। সনা খুজাই পুরকপা অসিদা খোইহি থম্না হাপও ইরান ওস্তেনথিরগে হায়না পাওমেল্লবদা কীচক পাঙ্গনবনা রা শম্লকএ। লাংবম খোইরাংহি অথুম্বাদি তয়ম ননাইশিংনা থিনহনগে। চেংলৌ শকোই হেনগী

নংবু শমু ঐগী নাক্তা থানা কমজললা-ও হায়না পাওমেল্লবদা, সতী দ্রৌপদী অচুম্বীনা হে পাপী লিন্‌কত্তবা মুংশি মীওই থংদবা নংনা ঐবু নচিন মোমোন নোক্না করিগী পাওশানা পাওরিক্লাইগুম পাওমেনবনো। নমোম বিরাট লৈমাবীগী য়াথং মপাওমেন লাংবন খোইরাংহি অথুম্বহুম্‌ পীগে পীরোই হায়ববু য়াথং পাওমেনথোক্লো। ইরান থুনা হনরাইখিরগে। হে পাপী কত্তবা-ও য়াথং নত্তৌ থীববু শাজরগনো রারম নাতানিংদে হায়না পাওমেল্লবদা কীচক অকনবনা ফমকম ফান্দগী শমু মখোং হোনা দ্রৌপদী নিংখীবী শমু খুজেং লাক্তে তৌগুন্নবদা রাক্ষস হিংচাবা অনিমক্না কীচক পাঙ্গনববু ওক্লি লুশম ইন্না হাইখুরম্মে।

শৈরন্ধ্রী অহেনবীদি অচেন খোংলৈয়াং, পুক্লিং অকি চংনা বিরাট য়োইকোম্মুংদা চৎখিরবগা রাজ সভা মাংদা লেপ্লা রাইথুং-লরে। কীচক পাঙ্গনবসুং তাংজ ইকাইরবগী ক্রোধ কপ্পাও থোইনা শমু তুংইন তাল্লক্লে। সভা ময়াম মাংদা তাংজ মশম লাক্লা শমু খোংনা কাওরে। হকচাং থাংতপ্‌ লাক্তে তৌগুন্নববু দ্রৌপদী লৈমা নিংখিবীগী শমু মহকচাংদা রাক্ষস হিংচাবা অনিমক্না থল্লিবনি কিনা হকচাং থাংতপ্‌ লাকওমদে। কীচক পাঙ্গল মথিনাইরবগী রাক্ষস হিংচাবা অনিমকসুং খোইমোম পাঙ্গল থোকওমদরে। কীচক অকনবদি দ্রৌপদী লৈমা নিংখিবীগী চরৈ ফিজি লাক্না হজেক্লববু সূয্য মুমিৎ অঙানবনা উরগা মুংশি মথৈ লৈতনা মুংরোল্লিতৈ কীচক পাঙ্গনবনা লৈমা চরৈ মফিশেৎপু হন্না হন্না লোখোকপমু মুমিৎ ময়নকুপী চরৈ মফি শেৎপু রাংহল্দে। বিরাট

মঙিংথোদি পাঙ্গল ময়েং তারবগী রাজ সভা ময়াম্লক্তা তাংজমরু থুক ইকাই মথৈ লৈতনা কমফয়ে। ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন মশানৈ ভীম অকনবস্ম রাজ সভারক্তা কমজরিবৈ চেংলৌ মিংথিংলবগী ক্রোধ কল্লাও থোইনা হকচাং মতুরিং, মমিং কোয় চৌ মুখ মথা চিক বিজুলী নোংথাং কুপকুম হকচাং মফম লৈ মিংয়েং থানা লেংমা অসি কোয়ৌ ঙুমিং অসিদা কীচক পাঙ্গলবা অসিবু লমচৎ সত্তৌ কত্তে প্রান থরাই হাংলম্লবগা হস্তিনা ইরৈপুংয়াইদগী দূর্য্যাধন নিংথৌরেন্নচিংনা শানৌ মচিন মমাও চামামকপুস্নং প্রান থরাই থাওনা নোংজুরসিন্না হায়না পায়মা মপুক্কুংদা রোলনা রোলনা নিংথল্লবগী হকচাং কম্‌কম্ চেংতথা অতুবু মশাবী ধর্ম্ম নিংথৌরেম্না উরবগী য়াশুন্না থোজেন থোক্তা চেংলৌ মিংনা য়েংনা ভক্লিলুমশ হাই, থোংবী মরু লুকঅমু মীয়াম থগহন্দনা লোম্না থৌথামএ। মশাবী ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেলগী থৌথাম অথুপ্পা শাস্ত পুক্নিংতপ্পা হন্থবা অতুবু চেংলৌ মিথিংলবগী ভীম পাঙ্গল ময়াই কারবনু হমন্দরে। কুন পুক্নিং তপ্পা কমফয়ে। কীচক ফত্তবমুং সত্তী পুক্নিং ওনদমা মরাম ওন্তেথিরে হায়দবরা।

দ্রৌপদী অচুম্বীনা হুংশি য়াইবি কলহৌনিক পিরেন থকমা ত্যানা বিরাট লৈমাবগী মাংদা লেপ; ইকাই নমদাহন্ শকথোং ঙাংকানা য়াহয়কএ। হে বিরাট নিংথৌরেনও নংনা মৎস্য দেশ নীরেপাক অসিদা নিংথৌ চাকচা অথোহবনু চানা পামবদি শিংজেন অহয়থা লৈরাং অভিভাবু ওইরে।। নোয় চিংগু লাইবকথীবী ওঁবু নিংথৌ মথাং খংশংবদা কীচক ফত্তবা তুকা পুক্নিং খুংহুমচনবে

খোৱাংববু সনা নয়াথংনা খোথাম্বিদে। নিংথৌ নংগী মৎস্যদেশ নরৈপাক অসিদা রায়েন থাংখৈ নাইদে পাপী লমচৎ চৎলে হায়না অশুম প্যাওমেল্লবদা, বিরাট লৈমাবদি তাংজ মরু লুক্কা হুইরাই শেনুখোইরোএ হায়দবরা।

ধর্ম্মরাজ নিখোরেম্না দ্রৌপদী অহেনবীদা রাহমখিএ। হে শৈরন্ধ্রী নাকশেনবীও বিরাট লৈমাববু য়াথং অরাকতম্না করিগী রাহম্নুবনো। খোথন নফমলেম্লতুম চৎখিরো। স্বামী নংগী নপুরোইবা খোইমোম গন্ধর্ব্ব মঙামক্কা মিৎয়েং শানখৈরিঙেনে। নোংদম মখোথাবু খেৎতোকক্করোইএ। তাংজ নংবু হন্না হন্না হকাই নংহনববু মতোম উৎফুন নোংলৈ ওইনা মাঙেঙনে হায়না পাওমেল্লববু নাতারবগা দ্রৌপদী অচুম্বীসুং সনা য়োইকোম্নুংদা চংখিরে। তাংজ মরুলুক সতী খোংবী লৈখা য়েং পিরেন থকমা তানা মীকপ্নববু বিরাট লৈমাবীনা পাওমেনঙমএ। হে শৈরন্ধ্রী নিংথিবীও পিরেন থকমা তানা মীকপ্নগনো। সতী পুক্নিং শেংনা থংলেন মপু অরোইববু তন্না চাহনবগুম রূনবী পুক্নিং লেপ্না নিংজবশিংবু পাপী লিংজেল ফত্তবশিংনা সতী পুক্নিং ঙৈখাহরবদি নরক লৈখা তাঙেনে। হে শৈরন্ধ্রী নিংথিবীও বিছানাদা পুক্নিং ঙপ্নতুম ফম্না ও। পুক্নিং নংগী অন্নাববু উনা বিরাট লৈমাবী ঐস্নুং হন্না হন্না তাংজ হকাই নংলে হায়না রাহমঙমএ।

কোরৌ তুমীৎমগী হঙ্গং শোয়াইমদা সতী দ্রৌপদী অচুম্বীদি অরা মখৈ লৈতনা তুংশি পোৎলুম পুববু য়ামচিল্লক্লবগী নমু মীয়াম্না তুম্নবদা বিরাট সনা য়োইকোম্নুংগী হঙ্গং খোম্লেন

তুমগন্দনা খোক্লক্লবগা অর্জ্জুন মফমলেন্দা চংখিরে। হে স্বামী করৌ ইনোংথৌ পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবা-ও খোম্লেন করিগী তুম-কনলিবনো হায়না ইতুংশোয়াইমদা শমু মখোং পায়না য়াহৌররবদা অর্জ্জুন পাঙ্গনবদি খোম্লেন মিকপ থোক্লে। সতী লৈমা নিংখি-বীবু চেংলৌ মিৎখিৎলবগা সতী পুক্লিং রাচুম শুবী নংদি রারম করি লৈবগী লাকপনো হায়না পাওহংবদা, দ্রৌপদী অহেনবীনা, হে স্বামী অখোইবা নংখোইদি তুংডাই মরাং কাইনা করিগী খোম্লেন তুমগল্লিবনো। তুজা ঐনা রাজ সভা মমাংদা তাংজ ইকাও নংবা অসিবু নিংথৌ কনাগী লৈমা মশানৌনা নংগবনো। শানৌ নচিন ননাও মডা মক্কীদমক খোয়মা নারোম্লুংদা তরা চাপুক-লাম থুয়া থাওবী মতাংচাম্ অরা লৈথৈ তাববু য়াম্লক্লে। হৌজিক মতম অসিদসুং বিরাট লৈমাবীগী তয়ম মনাই ওইরিএ। স্বামী ইপুরোইবা নংখোইগী দমক তুংশি লৈথৈ য়েংনা লৈরিবী ঐবু কীচক কত্তবা পাপী লমচৎপনা রাজ সভারক্তা তাংজ ইশম্ লাক্. শমু খোংনা কাও, চরৈ ইফি হুনা সতী পুক্লিং য়ৈথাইগে তোরববু য়োইময়াই মরনকুনা ডাকপিরৌএ। থৌরম অসিবু রাজ সভা অয়াম্বা ধর্ম্ম নিংথৌরেন ভীম পাঙ্গনবা অনিমকসুং চেংলৌ মিৎখিৎলোএ। মতৌ অসুম ওইরবগী স্বামী অরোইবা নংবু ইস্তাল্লকএ। দয়া নখোইগী নথৌজানবু লৈররোই হায়রবদি প্রান থরাই ইমিরেলবু থাদোক্লগে হায়না তাংজ মরু লুক পিরেন খ্বকমাতা য়াথং হিকহায়ননা রাহল্লবদা, অর্জ্জুন পায়মা উনকোই-শ্লুংদা থম্না পাওথুম্লবএ। হে লৈমা নিংথিবীও অর্জ্জুন নশাথি

ঐদি নপুংষ কৈদারেনবু ওইরিবনিগীনা পাঙ্গল ইতিক শানকোং ঙমদরিএ। ইশাবি ভীম পাঙ্গনববু ইস্তানখিও, কীচক পাপী লমচৎফত্তববু থম্মুং দ্বার মথোংজিন্দা থাদোকলমলুরো হায়না পাওমেনলুও হায়রবদা দ্রৌপদী অচুম্বীনা অর্জুনময়াথংবু লুদা থোংনা ইনুং শোয়াইমদা মশাবি ভীম পাঙ্গনবগী তরা চাকথোং শংবু ইস্তানখিরে।

ভীম ফুংঙাই মরাং কাইনা থোয়েন তুমগুন ঙম্বদা দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবীনা শমু খোংবী পাইনা য়াহৌরুইএ। হে ইবুংঙো পাঙ্গলবা-ও নংগী নমাং শংশংবদা কীচক ফত্তবনা তাংজ ইশয়াক শমু খোংনা কাওববু চেংলৌ মিৎথিৎলবমুং ফুংশি পুক্লিং চংবিদনা ফুংঙাই মরাং কাই রুনবী নিংশিং লৈতনা থোমেন তুমগল্লিবা অসিবু মতৌ করিগীনো সতী পুক্লিং কাইহনগে তৌগুম্নববু পার্থ তেলহৈবদা মন্ত্রনা রাতায়রুবদা খোইমোম লাইগী নোংদম্না নপুংষ কৈদারেনবু ওইরিবগী পাঙ্গল নিপা খোকঙমদ্রিএ, ইশাবি ভীম অকনবত্থম ইস্তান্খিও কীচক ফত্তববু থম্মুং দ্বার মথোংজিন্দা প্রান থরাই থাদোকহল্লুরো দুঃখ নংগী অরাববু কোকঙেনে হায়-রকএ। থৌরম অসিবু তৌদনা কীচক পাঙ্গনবগী শমু থুৎত্থম চনখিরবদি শাগৈ লেংনা তিনবা নংখোইবু নরক লৈখা তাঙেনে। নশানৌ ঐগী চিনগোই ইয়াথংবু ইনবিরোই হায়রবদি তাইবং নোংশা পান্ অসিদা নমু পোংবু ওইনা পানঙমরোই থরাই ইমিরেনবু থাদোক্লগে হায়না রাহম্নরবদা ভীমসেন অকনবনা শাওথুমকএ। নংবু কীচক ফত্তবনা শমু থুৎনা লাক্কে পাঙ্গল

খুৎওমথিনা রুনবী পুক্লিং ওমগে তোরিভৈদা কীচক পাঙ্গনববু প্রান থরাই লোইরগে হায়ববু ধর্ম্ম নিংথৌরেন্না খোংবী চিংনা লেংনা থৌখায়এ। মরম অতুগীবু মাবু প্রান থরাই হাৎহৌদে। ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী সনা য়াথং লৈরবদি কীচক পাঙ্গনববু চেংলো মিকুপমসিদা মাংহন্নবুরগে হায়না অস্নম পাওমেল্লবদা, দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবীনা ধর্ম্ম নিথৌরেনবু ইতানখিরে।

ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্দি হুংঙাই মরাং কাইনা খোম্নেন্ তুমগল্লম্মে। দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবীনা দণ্ডবৎ মাল্লেম লৈদা পরা পুরুমখি। ধর্ম্ম নিংথৌরেন্দি খোম্নেন তুমগুল্লিববু শমু মখোং পায়না রুনবী পুক্লিংতপ্ য়াথং ভক্তি অমেংবনা য়াহৌজ-রুববু মখাবি ধর্ম্মরাজ অথোইবনা রুনবী পুক্লিং শাও য়াথং অথা থোক্লা পাওহংলকএ। সতী পুক্লিং লেপ্পী হুজা রাচুম গুরীদি অহিং ইমুংমা অসিদা চোর হুরানবা নমু মীহাৎপবু শোংকিদ্রনা হুপী পাঙ্গল শোনবীনা ইহুং শোয়াইরদা শমু খোংনা চৎলবদি রেশ্যা হামপোইবীবু ওইরে অস্নম পাওমেল্লবদা, দ্রৌপদী অহেল-বীনা হে ইবুংঙো স্বামী করো ইনোংথোও অহিং ইমুংমসিদা নমু কনাগুম্ববু শোংকিরুদরে, কীচক পাপীবু পুক্লিং অকিচংবনা ধর্ম্মরাজ সনা নখোং থাবু ইত্তানুজ্জরকপনে। রাজ সভা মাংদা কীচক পাঙ্গলবনা তাংজ ইশম লাক্লা শমু খোংনা ক্লাওবা চরৈ ইফি হুববু স্বামী অরোইবা নংগী পায়মা উনগোইমুংদা হুংশি পুক্লিং চংববু লৈত্ররা? নিংথৌ কনাগুম্বগী লৈমা কঙ্গাল কমুবী-শিংনা অরা লৈখৈ তাবা হুংশি পোৎলুম পুবা অসিগুম্বর

নাতায়বরা। দ্রৌপদী ঐগী প্রান থরাই মঙামকপু পুক্লিং অরা মৈনা চাক্লে, খোয়মা নায়োম্নংদা লাংহৈ কুমশিং তরামাথোইগু চরৈ অইন্ তাম্ পামেন উকু শেং মুংশি অরা চংনা নোংথোইমম্নরকএ। হৌজিক মতম অসিদসুং তয়ুম মীনাই পানগুম সতী ইত্তিক লোৎনা লৈরিবদা কীচক কত্তবনা সতী পুক্লিং য়েথাইগে তোরক্লববু য়োইমায়াই মরনকুনা ঙাকপিরৌএ। হে স্বামী কোরৌ ইনোং-থৌও শানৌ নচিন ননাও মঙামক্তি পুক্লিং অরা লৈতা মুংঙাই মরাং কাইনা লৈরোরো। মোয়্ চীংঙু লাইবক থীবী ঐগী দুঃখ অরাববু থংহল্লম্বনে। লৈমা ইহকচাং অসিবু নমদা হুন্না প্রান থরাই থাদোক্লগে হায়না মাল্লেম লৈদা ওন্ মুংশি হিকয়াইননা মীকপ্লবদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্না আসন মফমলেন্দগী শম্ম মখোং হৌনা সতী দ্রৌপদী নিংথিবীবু থুজেং পাল্লোই লাক্লা হৌগৎ-লরবগী হে শৈরন্ধ্রী অহেনবীও পিরেন থকমা তানা মীকপ্লগনো শান্ত পুক্লিং তপ্পা লৈয়ো। স্বামী কোরৌ ননোংথৌ ঐগীদমক অরা লৈথৈ তাববু য়াম্না লাম্নংলক্লে। পাপী লিংচেন কত্তবা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনগা রাহায় শাংদাননা য়াথং শিথি থোক্লভৈগী কোল্লোই য়াথং হোংদনা লাংহৈ কুমশিং ১২ শুনবা ইত্তিক শানকোংদনা শান্থ্রপ্লবনিগীনা কীচক কত্তবা অত্বু প্রান থরাই হাৎল্লোভমদে। হে শতী অচুম্বীও চিনগোই ইয়াথং অসিবু না তাও-ও। বিরাট সনা মরৈবাক অসিদা বৈরী য়েক্লববু পুম্না লৈকয়োই। কীচক কত্তবা অত্বু শানৌ ভীম অকনববু নমু কনা থংহন্দনা কম্বি অথুপ্পা অমদা মত্তোম নোংমলহল্লুও হায়না ভীম

পাঙ্গনবদা পাওমেল্লুও অনুম হায়রবগী দ্রৌপদী সতী অচুম্বীনা স্বামী কোয়্রো মনোংথো ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনবু চাংজো চেপ্পা রোম্না পুরুম্নবগা ভীম পাঙ্গনববু ইত্থানখিরে। নিংথৌ সনা ময়াথংবু লুদা থোংনা পাওমেল্লুইএ। কীচক পাঙ্গনবা অত্থবু ফম্বী অথপ্পা অমদা নমু কনা খংহন্দনা খম্মং যম নিংথৌগী দ্বার মথোংজিন্দা, শমু খুৎশিন্নথোক্লুও হায়না পাওমেল্লকলে।

ভীম অকনবনা ধর্ম্মরাজগী চিনগোই ময়াথংবু নাতারবদা প্যাঙ্গনা উনকোইনুংদা ওন্না ওন্না নিংখল্লবগা, হে দ্রৌপদী অহেনবীও কীচক পাঙ্গলববু যাঙনা নোংমল্লহল্লুরগে। পুক্রিং নংগী অরেপ্পবু থম্ম কীচক ফত্তবদা লৌশিং পুক্রিং পীশন্নুনা প্যাওমেল্লুও। নমু কনাগুম্ববু খংহন্দনা ফম্বি অথপ্পা অমদা পুক্রিং নংগী মতুং ইন্না রুনবী ইবিংঙা লিত্তিন্নসে হায়না রাহল্লুও। কীচক ফত্তবনা মফম করিগুম্বদা চেংলো শক উনশিবনো হায়রবদি বিরাট নিংথৌরেন সনা য়োইকোন্নুংদা অর্জ্জুন পাঙ্গলবনা উত্তরা অহেনবীবু জগোই খোংলৈ, তম্মফম উত্তরা জগোই শংদা উনশে নমু কনাগুম্বরু হৈনা নতুং ইনহল্লকনো হায়না পাওমেল্লমও। সতী অচুম্বী নংদি ভীম পাঙ্গলরা ঐবু যাংনা খংহল্লও। কীচক পাপা ফত্তববু উৎফুল নোংলৈ ওইনা মাংহল্লগে পুক্রিং নংগী অরাবা হুংশি লৈথৈ ভারিবা অসিবু অসি কৌরো হুমিথমক্তা লংমাই শেংবা রাগুম কোকহল্লগে হায়না পাওমেল্লবদা দ্রৌপদী লৈমা অহেনবীদি রারম থাংথে নাইনা খংলবগী ইহুং শোয়াইমন্না বিরাট সনা য়োইকোন্নুংদা হনরাইরক্লে।

# কীচক হাৎপা

হয়েং কৌবা মঙুং শোইরবদা কীচক পাঙ্গলবদি পুক্নিং থৌকাওঙমদ্রবগী বিরাট সনা য়োইকোন্নুংবু অমুরক য়াঙনা ইস্তা-ল্লক্লে। দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবীবু চেংশৌ শকউননা, হে শৈরন্ধ্রী অহেনবীও চিনুগোই ইয়াথংবু নাতাও-ও। তাইবং নোংশাপান অসিদা মুপী লৌশিং লৈতবী ওইচা মহৈ থঙদবদি নংনে। হে লৈমা নিংথিবীও রাজ সভারক্তা য়াথং অরাক তমু কীচক ঐবু থৌথামঙল্লদে। মৎস্য দেশ লৈবাক অসিদা পাঙ্গল ঐবু হেনববু পুন্না লৈতরে। চিনগোই নংগী নিংথিবা য়াথং নপাওমেন অথুম্ববু হোইমাদ্রবদি তাংজ ইকাইবা ছইয়াই শেনথোইবা শোংকি মীমাং শেম্ববু হন্না হন্না লান্নংঙৈনে হায়না হাইল্লবদা, সতী দ্রৌপদী অচুম্বীনা মচিন মোনমোন নোক য়াথং মতা খংনা পাওথুল্লকএ। হোই হে ইবুংঙো পাঙ্গল মীওই চং-খোনবা-ও তাইবং মোংশা পান অসিদা য়াথং অমতনবু পুক্নিং মতুং ইনথদি তুজা কনা হৌনদে; লংজ অয়োনবা খৈবিকপু দয়া নখৌজাল্লা ডাকপিয়ো। তৌইগুম নমু পোংনা উদবা কম্বী অথুপ্পা অমদা পুক্নিং ইবিংঙা লিতিন্নসে। স্বামী কোয়ৌ ইনোংথৌ খোইমোম গন্ধর্ব মঙামকপু শংশং লেপ্পা লৈরিএ, হাওমা পাও মেন্নবদা; কীচক পাঙলবদি হয়াও মথোই কানা পাওহংলকএ। হে শৈরন্ধ্রী নিংথিবীও কম্বী অচিকপা কয়ম্বদা চেংশৌ ইবিংঙা শক

উনশিবনো হায়না পাওহংলবদা সভী অহেন্‌বীনা পাওখুম্মে। বিরাট সনা য়োইকোম্‌ং উত্তরা অহেনবীগী নৃত্য শালা জগোই-শংদা পুক্লিং ইবিংঙা লিতিন্নসে। নমু কনাগুম্বনা শানথংগ্রবদি খোইমোম্ন গন্ধর্ব্ব মঙামক্তী শমু মখুৎবাক্তা য়োল্‌ত্তনা নোংমনঙৈনে; দয়া নথৌজান্না হন্না হন্না থনবিয়ো হায়না দ্রৌপদী অহেবীনা অসুম পাওমেল্লবদা কীচক পাঙ্গনবদি পুক্লিং মথোই তোংনা হয়াও ময়াই কাহৌরে। হে সৈরন্ধ্রী নিংথিবীও সভী নংগী পুক্লিং অরেপ্পবু শংশং তাঙনা থংলে। ঐদি ইমোম বিরাট লৈমাবীবু চেংলো শকউনরুগে হায়রম্লবগা মমোম বিরাট লৈমাবীবু চেংলো মিকুপ মরুম হ্রাহায় নিংথিবা য়াথং অথুম্ববু পাওমেন্নরম্লবগা মরান লোনম্মিম য়াইবু ইনৃতানখিরে।

বহ্নলব কোনা শাস্ত্র্প্লিবা বিরাট নিংথৌরেনগী তন্না চাক-থোংশংদা সভী দ্রৌপদী অচুম্বীনা য়াংনা ইস্তানখিরবগা মশাবী ভীম পাঙ্গনবদা পাওমেল্লুইএ। কীচক পাঙ্গলবদি অসি ইঙ্গুং শোয়াইমদা উত্তরা অহেনবীগী জগোই খোংলৈ শংদা লেংলো শকউনসে হায়রম্লে। শংলো থৌরাংবু শোইরবদি সভী পুক্লীং কাইরঙৈনে। হ্রারম অসি থংনা থৌরম চেৎনা ত্তৌবিরকঙৈনে। অসুম পাওতাক্লবদা ভীমশেন পাঙ্গনবনা নাত্তারবগী হে সভী অচুম্বীও অসি ইঙ্গুংমদা কীচক পাঙ্গনববু নর্ত্ত জগোইশংদা নমু কনাগুম্ববু থঙহন্দনা থম্মুং দ্বার মথোংক্তিন্দা য়োল্‌ত্তনা থরাই খুৎশিন্নগে হে সুন্দরী নিংথিবীও পুক্লিং অকিববু হন্দোক্লো, স্থান ফম্বিরেন্দা পুক্লিং হয়াও থোই খুংঙাই থৌরম চেৎনা লৈরুরো হায়রবগা দ্রৌপদী

অহেনবীস্থং লৈমা মকমলেন্দা ইন্তানখিরে॥

কীচক পাঙ্গনবদি পাঈমা উনগোইস্থংদা ওন্না ওন্না নিংথল-খিএ। য়োইময়াই তাওদনবা অসিবু স্থমিৎ কদৌনোং মন্নিম চংখিগবনো পুক্লিং অথা কাইনা ঙাইথম্রে। য়োইময়াই তাওদনবস্থং অঙানবা থোংলোন খমখিন্নবদা কীচক পাঙ্গনবদি অলঙ্কার চরৈ ফিরোই হোংলে। চুরাচন্দন লৈস্থংশিবু হকচাং পাক্লেনরে। ক্যাং পরেং লিক্লা হকচাং থাওন্নদা কুণ্ডল মনা শিনা চুপ্লেন নাপা ঙাল্লে। শয়াং মতানপোম অনিমক্তা তানূচপ মঙান নাই খুংশি পানেল্ থোল্ খুংফাং চাংজৌ তরামক্তা তফা খুংফাংলোই, নূপুর থোংজি মঙান নাই, পুর্ন মপুং ফানা হকচাং তেঙ্ক মঙান নাইরে। মংশ্য দেশ লৈমাবনা চিংনা লৈপাক পুম্নমক্কি থোম্রেন্ তুমগুল্লবদা ভীম অকনবস্থং চরৈ থাংতপ্ শেংনা জগোই শংদা হান্নবা ইন্তানখিরে। প্রদীপ থাওমৈ মঙান নাইনা থাম্লে। উত্তরা অহেনবীনা জগোই থোংলৈতমঙেদা অরা পোথাকম ফম্বী অথুপ্রদা ভীম অকনবনা দ্রৌপদী লৈমা নিংখিবীবু শানা শারেন নোংশা খাংনৌবনা থোইমা নারোম্নুং অশোংবদা য়াওরোশা শঙাই লামূপীশাবু শরেন চঙনা ফাগে ঙাইথম্বা অঙ্গুম্না চরৈ রাকুস্থং মোম্লাং তপ্তাইথক্তা ঙাইথম্রে। কীচক পাঙ্গনবদি বিরাট মনোংথৌনা পাওকৌখংলে হায়শন্ননা নমু পোংপুম্ অমতবু লোইনদনা বিরাট য়োইকোস্থংবু ইন্তাম্লরে। কৈদা নাইফা থোংথৈ ফম্বশিংদা পাওমেনখিএ, বিরাট লৈমাবনা রারম অথুপ্রবু মন্নবা রাজাম্নসে হায়না পাওকৌখংলে অস্তুম পাওতাক্সনবগা

কীচক অকনবদি উত্তরা জগোইশং অথুপ্পগী সনা কাংথোলথক নমু মীপুম্মা হিপ্পম্ববু চেংলো মিংথিংলবগী পুক্লিং হরাও থোইন চংখিরে।

ভীম পাঙ্গলবদি চরৈ ফিরুকখুম্না য়াতাঙম্বদা কীচক পাঙ্গলবনা য়াথং অথোংপনা পাওমেনখিএ। হে শৈরন্ধ্রী নিংথিবীও নংবু পুক্লিং অপাম্ববু নমদা হুন্না করিগী থোম্নেন তুমগুল্লিবনো। চেংলো নমাং নিংথিবীনা মহৈ চুম্না য়াম্নববু ইতৌ নিংথিবা পূর্ন মপুং কাবদা চরৈ ফিরোই চুনবদা চৌংয়া নোংজৌরকপদা চৌংনুং নোংথাং কুপকুপ্পা অসিবু চেংলো শকউনরবদি অপাম পুক্লিং হুনা মোম্ন চিংঙু আইবক করিবী ওইরিঙেনে থোম্নেন তুমগল্লগনো হায়না য়াহৌরবদা, ভীম পাঙ্গলবনা থক্‌শিল্‌ য়াকুপুংদা মচিন মোনমোন নোক্না পাওথুম্নকএ। হে পুরুষ মীপা অথোইবা-ও নংদি মহাক নত্তোস্পগী নতীক অচৌববু নাপল মন্নাই কানা থাগংচৈএ। প্যাঙ্গল নংনা মীপা থোক্লবদি পুঙ্গা ইকমৃদেন্দগী মোম্ন ইহকচাংবু মাল্লেম লৈদা ভানা থাংথরোশা-ও হায়না পাওমেল্লবদা কীচক পাঙ্গলবনা অপাম পুক্লিং অহিনবনা চেংলো মমিং ফিং পুক্লিং হরাও থোইনা চংখিরে। শৈরন্ধ্রী অহেনবীনে হায়না নিংবগী শমু মথুং অনিমক্না থাং পমৃশি লাক্না থাংথোক্লববু ভীম অকলবগী শমু মহাকচাংবু কোয়ৌ নোংশীজং-শুম্বনিগীনা থোক্ত পুঙমদা চেংজা থাংঙমদবা নুংগুম্নবগী কীচক পাঙ্গলবদি পুক্লিং অকিচং তুংবং ইরৈচন্না নিংথল্লকঠৈদা ভীম পাঙ্গলবনা ক্রোধ কাও থোইনা চোংথোক্লক্লে। হে কীচক প্যাপী লিংক্লেল কত্তবা

নংনা বিরাট লৈবাক সুংঙাইবা অসিদা নাপল ময়াই কানা পাওমেঞ্জরকপদো অসি ইনুংমদা শমু ঐগী ইথুংবাক্লা চংলে, থরাই হিংঙমরোই। থম্মং যম নিংথৌগী দ্বার মথোংক্লিন্দা থা- দোক্লগে হায়না ভাম পাঙ্গলবনা শমু খুৎনা ফংনা লাক্লরে। কীচক পাঙ্গলবসুং লঙ্গোই লিশিং অমগী পাঙ্গল মতিক থোই- বনিগীনা ক্রোধ কপ্পাওথোইনা শয়েং মতান্নবোম্ অনীমক্লা ভীম অকলবগী শমু হকচাং কোল্লে। ভীম কীচক অনিমক্তি মাল্লেম লৈবু নিক্ পাঙ্গল মথৈ ফংনা লাক্লরে। উত্তরা জগোই শংগী পামেন মুখী তেক্লা থুহুম কিপ্পাও থিম্নরে। শমু থোংনা কাওনরে, পাঙ্গল মপা তম্বা অনিমক্তো থোইমা মমাই ওম্নদে। অস্ত্র খুৎশু পাইনদনা শমু, খুৎনা ফংনা শোক্লরে। শংলেন সুংঙাইবা অচ্চবু পামেন চোইনা তানরে। থোয়মা নারোম্নুং অশোংববু লাঙ্গোই মথোক্লকপা অয়াম্বমা উকুল নোংলৈ থোক্লা নোইহৎপগুম্মে। পামেন খুৎলাই লৈত্রবগী অমরক শমু খুৎনা ফংনা লাক্লহিক্লে। মাল্লেম লৈদা ওম্না তুমরে। উকুল নোংলৈ পক্লা খুৎতুম্ কিপ্পাও থিম্নরে। শমু থোংনা ফংনা কাওনরে, মাল্লেম লৈবু নিক্লা লাক্লরে। ভীম অকলবদি চকমোম লম্মে চাক্লা মমিৎ কোরিং হৌ, হকচাং মত্তুরিং, মুখ মখা চিক্লা কীচক অকলববু মাল্লেম লৈদা তুনা হাইথুরে। কীচক মহকচাংবু মাল্লেম লৈদা নম্ আসন মকমলেনগুম কম্নরে। শমু মখুৎ ওইরমগীনা থোরি ঙকোইনম, পাম্বোম শারেন মেৎলমগীনা কিনুথিন্ চৈথা কম্না য়ারেন মাগী থোংজিতোন্ কুম্মামকপু

তেক্লা খিন্দেক্লে। কীচক তাংজ মরুতোনবু শংনৌ হিংনা থৎপগুম কোইদৎলবগা পাঙ্গমা মপুক্রুংদা ফুমজিল্লে। মরু শুহু ওই, মক্তোং শরেন শত্নম ওইনা নোংমলহল্লে হায়দবরা। কীচক পাঙ্গলবদি লাঙ্গোই শামু অচম্বা লিশিংমগী পাঙ্গল মতম মানুগুম্ ভীম অকলবনা শামু মচুম তাবা লিশিংমগী পাঙ্গল মতিক ওইনা কীচক অকলববু নোংমল্হল্লে। ভীম পাঙ্গলবদি বিরাট সনা য়োইকোম্নুংগী তুরেল লাইজ ঈরেলপুংদা পুক্লিং অম্না কোক্লা ঈরু শান্তেংলবগা থিংলৌ অমরক নিংনা তেনা সনা য়োইকোম্নুংগী তরা চাকখোংশংদা হুংভাই মরাং কাইনা য়াতালরে হায়দবরা।

হয়েং কোবা ইহুং শোইরবদা কীচক মশানৌ ৯৯মক্লা শাবি ইবুংঙো কীচক পাঙ্গলববু লাক্তরে হায়না বিরাট লৈপাক পুম্না কোয়না থিরকপবু থংদরবগী বিরাট লৈমাবদা পাওমেল্লুইএ। হে মৎশ্য দেশ লৈমাবা-ও নদাইরেম কীচক পাঙ্গলববু মাহকৈ লম্নদম অতাম্বা কদাইদা চৎখিরবনো তাংজ মখোংগুনবু খিথংদরে হায়না পাওতাক্রুববু বিরাট নিংথৌদি পুক্লিং অম্না চং হুংবং হৈরে চম্না মদাইরেম হুৎ খোংলোই অয়াংববু মাইকৈ মথোং মরিমক্তা শেল্লোরেন কীচক পাঙ্গলবগী মার মখোংগুনবু খিথংলু হায়না খোশিখিববু লৈমা উত্তরা অহেনবাগী নর্ত্ত জগোই শংবু ভাক্লিবশিংনা চেংলৌ মিংথিংলবগী পুক্লিং অকি চংনা নিংথৌ সনা মখোং খাদা তাক্রুরে। হে নিংথৌ অখোইবা-ও নযোম উত্তরা অহেন-বাগী জগোই খোঙলৈশং অহুবু য়ুম্বী চার অমবু লৈতরে।

উৎফুল নোংলৈ থক্তা শরেন শত্থমবু লৈঙয়ে। য়ারো তুবান শাগী মশারা নমু পোংগী হকচাংলা থঙঙমদে হায়না পাওতাক্লবদা বিরাট নিংথোরেম্না পুক্লিং অরা চংনা রাহম্নকএ। কীচক পাঙ্গল-বগী মশানৌশিংনা মরান লোনয়িময়াইদা লাক্তরে হায়না পাও-মেল্লবগা মতৌ পান্দম মান্নয়ে, কীচক পাঙ্গলববু লেপ্পা ওইরে। শৈরন্ধ্রী অহেনবীবু রাজ সভা মাংদা তাংজ ইকাই নংহনবগী থোইমোম গন্ধর্ব্ব মঙামল্লা থম্লুং মথোংজিন্দা থাদোক্ল-বনরিঙৈনে। থাইনা মাংদা নাতারকপস্তুং থোইমোম গন্ধর্ব্ব মঙামক্কী শমু মথুৎপাক্তা নোংমনবদি শরেন শত্থম ওইনা তাশিল্লে হায়না না তায়ে। শেললোরেম কীচক পাঙ্গলবা মরুমপানবু হন্থু ইযাই কারবা ঐবু তাইবং নোংশা পান অসিদা নিংথৌ চাকচা অথোইববু তানফংজরিবা অত্থনে। কীচক পাঙ্গলববু লৈত্রবদি লৈপাক অরেম্ববু ওইরে দুঃখ অরাববু য়ামচিল্লকঙৈনে। দূর্য্যোধন নিংথোরেনবুস্তুং ঐগী বৈরি য়েক্লববু ওইরিয়ে। শমু মথোইগী থুত্থম চল্লঙৈনে। হন্থু ময়াইকারবা অসিদা নমু মীথা পোম্না করম থোথনলুসিবনো হায়না চিন্তা পুক্লিং চংনা কীচক মশানৌশিংবু থুনা পাওকৌহল্লুরে।

মশাবি কীচক পাঙ্গলবদি নোংমল্লে হায়ববু নাতারবগী মশাবী ৯৯মক্তি পিরেন থকমাতানা পুক্লিং অরা চংলে। মোম্নু তাল্লোই মরুপীশিংস্তু মশাবি কীচক পাঙ্গলববু উৎফুল নোংলৈ থক্তা শরেন শত্থম ওইনা নোংমলঙম্নববু চেংলৌ মিৎথিংলবগী পিরেন থকমাতা মাল্লেম লৈদা ওম্না মীকপ্নরে। মমোম বিরাট

লৈমাবীসুং সনা য়োইকোম্মুংদগী অচেন খোংদৈ য়াঙনা চেস্থোক্লক্লে। মতু নিংথৌ কীচক পাঙ্গলববু মতৌ নিংথিদনা শরেম শত্ৰুম ওইঙম্ববগী মাল্লেম লৈদা ওন্ পিরেন থকমা তানা, হঁতু মিংথৌ কীচক অকনবা ও নংবু মতৌ করম ওইনা নোংমল্লথনৌ থংলোদয়ে হায়না মীকপথিএ। বিরাট নিংথৌ হন্তু ময়াই কাম্বসুং রুনবী পুক্লিং ওক্লা মীকপ্লে। বিরাট লৈপাক পুম্মকী নাইী হুবী হন্তু হনবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুম্মকসুং কীচক পাঙ্গলবগীদমক হেংঙাই মপাও, চাও, রনবী হুংবং চং, তক্লো শিতংশোল, লৈপাক পুম্মা নিম্মা মীকপ্পরে হায়দবরা।

---

# কীচক পোৎলোইবা

বিরাট মনিংথৌনা রাহম্মকএ। হে ইদাইরেমশিংও পিরেন থকমা তানা মীকপ্পগুমো। তাইবং নোংশাপান অসিদা থোইমোম নোংদম মথৌদাংবু কনা লমজাইকদবা পুংনে। শেক্লোরেন কীচক পাঙ্গলববু থাম্বি লৈদা ইক্লনহুম শংলো থোরাংজসে হায়ন পাওমেল্লবদা কীচক মশানৌ ৯৯মক্লা মশাবি বহু কীর্তি মিংচৎপা রথ দোলাইথক্তা হাপ্লে। মতৌমসুম ওইবিদৈদা দ্রৌপদী অচুম্বীসু পুক্লিং কঞ্জাও থোইনা কীচক পাঙ্গলবনা নোংমনবদু চেংলে মিংথিংলরবদা, কীচক মশানৌ ৯৯মক্লা উরবগী নিংথৌ শনা মথো

খাদা নাপ্ন চিকথেংনবা লোন্না রাহমলুইএ। হে বিরাট নিংথৌ, শৈরন্ধ্রী নিংথিবী অসিগী দমক কীচক ইশাবি পাঙল ঐথোইগী ইরুমথুপ্পু ওইনবা বহু কীর্ত্তি মীংচৎপু থোইমোম গন্ধর্ব মঙাসিনা শম্মু মথুংবাক্তা নোংমলহল্লে। শৈরন্ধ্রী নিংথিনী অসিবু পীনৌ খাগ্বী মৈদা ইকমিন্নরশে হায়রবা অস্তুম রাকৎপবু বিরাট নিংথৌরেল শংশোইরা তুংবংগুম লিংথপ্পিরৈঙেদা কীচক মশানৌশিংনা পাঙল খুৎতমথি, কঞ্জাও লাকতমদনা স্নিমক নাইক্কাবগুম খুজেং হংচিন্নাক্ত পাশৈ লানৃকশানা দোলাই রথ থক্তা হাপ্না পুথিরে। কীচক পাঙলবগী মংকম পোৎলোইকপ্পু ইস্তানখিরে। খাগ্বী মৈদা ইরুবা শ্মশান মোংকম শেন্নে। দ্রৌপদী নিংথিবীবু স্থপী হুংশি খংদনা শম্মু থংতম থি হুক্তা অয়াকতম্না পুথিরে হায়কবু ভীম পাঙলবনা তরা চাকথোং শংদা না তারবগী ক্রোধ কঞ্জাও থোইনা ত্তাইবং নোংশাপাল পুন্নমকপু প্রলয় মাংলমদাই খাগ্বী মৈনা পম্বেংচিন্নকপা হুগুম্ববু পাঙল মথি নাইনা বিরাট মনা য়োই-কোন্নুংদগী চোংথোকখিরে।

দ্রৌপদী নৈমা নিংথিবীবু কীচক পাঙলবগী দোলাই রথ থক্তা পন্নৈ লানৃকা শানা পুনশুবু ভীম পাঙলবনা থাপ্না চেংলৌ মিংথিংলবগী য়াইবী কনহৌনিক্লে। কীচক মশানৌশিংনা সুস্তী অচুম্বীবু শীংবী ভামচাও থক্তা থাজংল্লে। দ্রৌপদী নিংথিবীদি শীংবী ভামচাও থক্তা ওন্না নিংথলখিএ। স্বামী কোন্নৌ ইনোংথৌ ধর্ম নিংথৌবেনগা শানৌ মচিন মনাও মঙাসক্তি করম্না ভাদ-স্বমো। চৈংলৌ মংথোইবু শকতমদনা শীংবি ভামচাও এক

অসিদা করম নোংমনশিবনো হায়না মীকপ্পিভৈদা, মশাবি ভীম অকনবদি পায়মা উনগোইমুংদা ওম ওম্না নিংখলখিএ। দ্রৌপদী নিংথিবী অসিবু হৌজিক মতম অসিদা ইপাঙল ইথোরাংনা থরাই মখিয়েনসিবু করম মুলহৌঙমসিবনো হায়না নিংখল্লবগা চরৈ মখিনক্লিবু হুম্বোক্লে। লাইজ ঈদা কুম্না শমু মহকচাংদা নৈথোম পুম্না তৈরে। পামেল চীংগুগু চাওথোংহববু লিনফু মপাল ফুক্ তল্লা খাংতপ পাইনা অচেল খোংনৈ য়াঙনা নোংশা লাল্লাও তম্না ফুজিনথিরবদা নমু মীয়াম পুম্নমক্না চেংলৌ মিৎ-থিৎলবগী মতৌ চৈরেপ্তুনা তানশিল্লকপা অসিবু করিগীনো ওম্বোকএ হায়না শোংকিনরে। কীচক মশানৌ ৯৯মকস্নুং শৈরন্ধ্রী নিং-থিবীগী স্বামী করৌ মনোংথৌ থোইমোম গন্ধর্ব্ব হায়বা অতুবু লেপ্পা মওইরে হায়না থাম্বী মৈ চুঙমদনা বিরাট নিংথৌরেনগী সনা মথোংদা চেন্নখরে হায়দবরা। হে বিরাট নিংথৌও শৈরন্ধ্রী নিংথিবীগীদমক থোইমোম গন্ধর্ব্ব অথোইবনা পামেল চীংগুগু চাউথোইববু তল্লা খাংতপ পাইনা হুয়েন লানৃতানৃচিল্লকএ হায়না পাওদম্নবদা বিরাট নিংথৌনা পুক্নিং ইরৈচম্না নিংখনথিএ। ভীম অকনবস্নুং মশানৌ দ্রৌপদী অহেনবীবু শীংবী ভমচাও থক্তা পরৈ লানগা শানা লৈঙম্বু লোথোক্লরে। দ্রৌপদী নিংথিবীদি মশাবি ভীম অকনবগী চেংলৌ শকউরবগা পিরেন থকমা তানা মীকপমিন্নরে। শানো সভী অচুম্বীও পিরেন থকমা তানা মীকপ্পগুনো, থোইমোম নোংদম্বা মথোথাবু চেনক্লদবগী লান্নংলবনে বিরাট সনা য়োইকোন্নরবু ইস্তানখিরো হায়রবদা নৈমা নিংথিবীদি

স্বামী য়াথং মতুং ইন্না চংখিরে। মশাবি ভীম অকনবস্থুং লাইজ লৈদা শান্তেংলুরবগা অশাইঙৈগী চরৈ মক্সিশেৎপু লোনা শমু হক্তা শেৎলবগা নমু কনাগুম্ববু খণ্ডহল্লনা বিরাট সনা য়োইকোন্নংগী তরা চাকথোংশংদা হুংঙাই মরাং কাহনা কমক্লে। দ্রৌপদী লৈমা অহেনবীস্থুং বিরাট য়োইকোম্নংদা চংখিরে।

প্রজা লৈপাক অয়াম্বনা চেংলৌ মিংথিংঙম্বদা শৈরন্ধ্রী নিংথিবী অসিবু শমু খুৎঙমরুবগী কীচক পাঙ্গলববু মাংনরে। খোইমোম গন্ধর্ব্ব অথোইবগী মশানৌ খোগন ওইরম থাবীবু লেপ্পা ওইরে হায়না তনৃবা নিপা ওইবাশংনা মিৎয়েং তেনপান্নদা পুক্সিং অপাম চংনদনা মতোম মতোম চেন্নখিরে। মোম্ন হূজা ওইবী পুম্নমক্তি শৈরন্ধ্রী ইবেম্মা-ও নংবু বিরাট ইরৈপাক্কী নমু পোং ওইবশিংনা উনবী পুক্সিং য়াংবগী য়াথং লানক্কেৎ লংজ রাবু লোবিগুনো হায়না, বিরাট লৈমাবীনস্থুং পুক্সিং অকিচংনা তকুপ তরাং শমু মথোং হোনা থোজান মাইয়োকঙমএ। হে শৈরন্ধ্রী নিংথিবীও চিনগোই ইয়াথংবু নাত্তাবিয়ো। বিরাট লৈমাবা হন্থ ময়াই কান্নবগা ইপারি উত্তর নাওন্না মথোকলকপগা অনিমক্কী লমকপু পুন্সি চহি কুহনা হুংঙাই মন্নাং কাহববু স্বামী কন্নৌ ননোংখো খোইমোম গন্ধর্ব্ব মঙামক্কী সনা মথোংখাদা বূর ললনিবিও। শৈরন্ধ্রী অহেলবী নংবু শমু খুৎঙমথিরবশিংবু নরক লৈখা তাববু চেংলৌ ঐথোইগী ইমিৎথিৎনা উহল্লে হায়না শন্নাং তোনগা নান্ থুজেং পান্নোই লাক্কা সনা মোস্তেকথক্তা কমকমহল্লে হান্নদবন্না।

বিরাট লৈমাবনসু অরা মখৈ লৈতা কুংবং ইরৈ চন্না পাণ্ডমেল্লকএ। ইদাইরেম পাত্র অণ্ডশাশিংগু কীচক পাঙ্গলবগী শমু মহকচাংবু পুক্লিং অকি লৈতনা থাম্বী মৈদা ইকুবগী শংলৌ থৌরাংবা অসিদা পুরুষ নিপা থোক্কে ভৌববু কনা লৈবনো নিংথৌ ইমাং শংশংবদা পাণ্ডয়ারো হায়না পাণ্ডমেল্লবদা রাজ সভারক্কগী ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্না রাহমখিএ হে বিরাট লৈমাবা নংগী সনা য়োইকোম্নংদা তরা চাকথোংনরিবা বামোন বহ্লব কৌবা অতুবু ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী হুক্তিনা মপুংয়াহদা থোরম মতৌ অসুম থোকপা মৃত্যু অমন খল্লে কুম্নবা খৈবিক্তা পোৎলোই মৈ য়িকুবনে মাবু পাণ্ডকৌরুও। কীচক পাঙ্গলববু থাম্বী মৈদা ইকপিরুসুনো হায়না পাণ্ডমেল্লবদা বিরাট নিংথৌরেন্না বহ্লব তরা চাকথোংববু য়াভনা পাণ্ডকৌহল্লুরে। বিরাট লৈমাবনা হে বহ্লব তরা চাকথোংবা নংবু মৃত্যু অমন খল্লে কুম্নবশিংবু পোৎলোই মতৌ হৈএ হায়না কঙ্ক লৌশিংবনা পাণ্ডতাকএ। কীচক পাঙ্গলবগী শমু মহকচাংবু পুক্লিং অকি লৈতনা থাম্বী মৈদা ইকপিরুও হায়রবদা বামোন অকনবনা পাণ্ডথুল্লকএ। নিংথৌ চিনগোই নয়াধংবু মাল্লেম লৈদা তাকরোই তরা নচাক চারে। তৌইগুম কীচক পাঙ্গলবগী মশানৌ ৯৯মকসুং শীগৈ মচেং পাৎচা পুম্নমকসুং মীশি পোৎল্লোই থৌদা ওাণ্ডৈনে। শ্মশান মোংক্ষমলেম্দা নমু মীয়াম চংলবদি লোইমোম গন্ধর্ব্ব মড়ামক্না চেংলৌ শকউরবগা হুয়েন লান্দারকৈভনে। ঐশুং পুক্লিং অকিচংমা কীচক মহকচাংবু ইকভল্লয়েহি। থোরম ঐনা মাংওইননা থাম্বী মৈসু থোকভমভৈনে। কীচক

মশানৌদি পামেন উতুপ, উতুপমবু লেংথোংননা লাপ্পা মতোম মতোম লাকইঙনে। য়াংলৌ লমদাং তিন্নকরোই। শীংবী মতুপমবু মতোম মতোম হাপ্লইঙনে। য়াংলৌ লম্মথাংদা থোইমোম গন্ধর্ব মঙামক্কা চেংলৌ শকউদনবা অচেন থোংলৈ য়াঙনা হুনরাইথিইঙনে হায়না পাওমেল্লবদা, বিরাট নিংথৌরেন্না সনা কাগোকমুংদগী পানা তপ্পাই অমবু পীনা হে ব্রাহ্মন তরা চাক-থোংবা-ও হৌজিক মতম অসিদা কীচক মহকচাংবু মৈদা ইক্লরো হায়না পাওমেল্লে।

মশাবী ধর্ম নিংথৌরেন্নসুং মচিন মোমোন নোক্লা হে ব্রাহ্মন লৌশিংবা-ও নংগী চিনগোই নয়াখং অসিবু য়ারম অরোক মহারক্লে। কীচক মহকচাংবু পোৎলোই থৌরম পাংলুরো হাররবদা মশানৌ ভীম পাঙ্গলবদি মালেম লৈদা পক্লা পুরুষ্নবগী কীচক পোৎলোইফম্বু ইস্তানথিরে। দ্রৌপদী লৈমা নিংথিবীবু ইকাই মুংশি নংহনববু থাম্বী মৈশুরুরবদা মৈরি য়াংনা কাববু কীচক মশানৌশিংনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী নমু মীপুম অমতনা হান্না পামেন শীংবী মতুপ অমবু লেংদা থোংনা মতোম লাপ্পা লারক-পদা ভীম পাঙ্গনবনা শমু থুৎতোন লাক্লা থাম্বী মৈদা হুজিল্লে। মতোম মতোম শীংবী লেংদা থোংনা লারকপা থৈবিকপু থাকুনা থাম্বী মৈদা হুজিল্লবগা নমু মীপুম অমতদি শমু থুৎতোন লাক্লা থাম্বী মৈদা হাইরবগা প্রান থন্নাই তৎহন্দনা তাংজ মরৈতোম তিংথোকইহনদনা ভীমগী শমু নমদা পুন্নক্লে। হে বিরাট লৈমাবা ও নিংথৌ মংগী শেন্নৌরেন কীচক পাঙ্গলবগী শমু মহকচাংবু থাম্বী

মৈদা ইক্রিঙৈদা খোইমোম গন্ধর্ব্ব অথোইববু শোংকিবগী কোয়না কোয়না মিৎয়েং শানথৈরিঙৈদা কীচক মশানৌশিংদি খাম্বী মৈদা চোংশিনঙমে। নমু মীয়াম ওইবগী থৌখাম ঙমলোদে। নদাই-রেম মীপুম অমসিবু শমু খুৎতোন লাক্না চিংথোক্লৌএ। কীচক মশানৌ ঐবু থৌখাম্বিরগুনো ইশাবিগী হৈনা মতুং ইনখিরগে হায়না পাওমেঞ্জববু হাইয়াদনা ঐনা শমু নমদা পোরকএ হায়না ব্রাকৎলবদা, বিরাট নিংথৌরেন্না পুক্লিং অরাচং শুংবং ইরৈ চন্না পাওহংলকএ। মতৌ করিগীদমক শানৌ মচিন মনাও ৯৯মকপু খাম্বী মৈদা চংনা করম নোংমল্লুবনো হায়না পাওহংববু খাম্বী মৈনা শুংলবা তাংজ মরৈতোনবু থোক্তুরবা অহুনা পাঙ্গনা মপুক শুংদদি ভীম অকনবনা শাবি শানৌ অয়াম্ববু প্রান থরাই মাংহল্লে হায়না ভীম পাঙ্গলববু তম্না শমু খুৎপু থিনু য়াওন্না থোক্লেন থোক্না তাংজ লৈতোন ফাইনা তমজবনা হে বল্লব তরা চাক-থোংবা নংবু থোইমা মাইয়োক্না শমু খুৎপু থিন্না রাহন্না অসিবু ন্নারম করি হায়বনো হায়না পাওহংববু ভীম অকনবনা পাও-খুমখিএ। শানৌ ইচিন ইনাও অয়াম্ববু থমুং যম নিংথৌগী যম মরৈপাক্না হৌখিরে। হৈনা মথোইগী মতুং ইনখিগে ঐবু থৌ-খাম্বিরগনো হায়জববু বল্লব তরা চাকথোংবা অসিনা শমু খুৎ-তোন লাক্না থৌখাম্বিরে হায়ন্নিবনে হায়না অন্নম পাওথুম্নবদা, বিরাট লৈমাবনা হে ব্রাহ্মন তরা চাকথোংবা-ও শাবি শানৌ পুম্নমক্কী হৈন মতুং ইনখিরম্নুনো। কীচক পোৎলোইকম তান্না খাম্বী মৈদা হুজিল্লুরো হায়রবদা ভীম অকনবনা শমু নমদা পোন্না

নিংথৌ সনা ময়াথংগী কীচক পোংলোইকম্বু তানা পুখিরে। মশাবি কীচক পাঙ্গলবনচিংনা মচিন মনাও চামামকপু থম্লু ম্বার মথোংজিল্দা থাদোক্লম্লগা লাইজ ঈরি লাইদা ইরু শাস্তেং-লবদা পুক্লিং হয়াঙ থোহি ফুংঙাত মরাং কাইনা নিংথৌ সনা মথোংখাদা পাওদম্লমনগা তম্না মাগী চাকথোংলংদা শিংলেন তুলসি লৈজুংশিগী চরনামৃত থক্না শমু মহকচাংবু শেংলবগা ফুংঙাই মরাং কাইনা মফম ফুংঙাইবদা কমক্রমে হায়দবনি। পাণ্ডু পাঙ্গনথা মপারি ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনগা সনা মাচন মনাও মঙামক লক্তী দ্রৌপদী য়াওনা মথোই ভক্তকমক্তি নম্ু কনাগুম্ববু চেংলৌ শকথঙহন্দনা বিরাট মরৈপাক্তা অম্তুম শাস্ত্রপএ হায়রদবনি।

---

# কীচক শিরবদা সুশর্ম্মানা বিরাট শনথোম্বা।

হস্তিনা লৈপাক ফুংঙাইবদা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনচিংনা ভীষ্ম দ্রোন কৃপাচার্য্য সৌকুণী সৌবন মন্ত্রী মথোই অমি থৈথিল্লা রাজ্য লৈপাক চানা পাল্লিরৈদা দূর্য্যোধন নিংথৌরেম্না পাণ্ডবং-লক্তত্র। হে ভীষ্ম দ্রোন কৃপাচার্য্য অথোইবা-ও পাণ্ডব থেকী হায়নখিবা বাবু লাংটৈহে কুমশিং ওজিনুলক্রিরৈভেনে। তুমিং শিংবুম পামা লাংটৈহে কুমশিং লাকও হায়রবদা ভীষ্ম দ্রোন

অনিমক্কা লোইদাম থাবুম পানা লাংহৈ কুমশিং লাক্লা যে'ল্লনবু কুমশিং ১২শুখরে। হে দূর্য্যোধন নিংথৌরেনও শানৌ মচিন মনাও মঙামক্কী য়াথং হায়নথিববু মতম শিংথা শুখিবে মাল্ল মখোঙঙ্গুনবু লীনবা থোঙলোই থৌশিরসে হায়না পাওমেল্লবদা দুর্য্যোধন নিংথৌরেম্না মদাইরেম তুত খোংলোই লৌশিংববু খন্না পাওকৌরবগা, ইদাইরেম নংখোইবু মাযা শানৃওন্ যাম্না ত্রিভুবন মরোল অহুম্মক্তা চংনা থিরুও। মীরৈপাক অতাম্বা থুঙ্গং অথাপ্পা করম্বদা পাণ্ডব মঙামক্কী নমু মীপুমৃমবু চেংলৌ শক উনববদি থিংলৌ অমরক নিংনা তেনা খোযমা নারোন্দা লাংহৈ কুমশিং ১২শুনা হনরাইখিও হায়রম্লও হায়না পাওমেল্লবদা তুত খোংলোয অয়াম্বশিংনা তাইবং নোংশাপান মালেম লৈখারোন অহুম্মকপু ফাওনা পাণ্ডব মঙামকপু কোয়না থিরুবদি চেংলৌ শকউদনা হনরাইরক্লে। ভীষ্ম দ্রোন কর্ণ ভগদত্ত মখোই অসি খৈবিক্কা দূর্য্যোধন নিংথৌবেম্নচিংনা কমকমলিঙৈদা মদাইরেন খোঙলোয় অয়াম্বনা হে নিংথৌ অখোইবা–ও নদাইরেম ঐখোইনা শানৌ মচিন মনাও মঙামক্কী তাংজ মখোংগুন লিরুববু তাইবং মরোল অহুম্মক্তা খি থংলক্কে। রারম গুম্হোকপা মতৌ নিংথিদবা অমত্তুম নাতারকএ। বিরাট নিংথৌগী শয়েং মতানবোম্বু ওইনবা পাঙ্গল মরুমপানগী তুংঙাই মরাং কাইহনবা কীচক পাঙ্গনববু খোইমোম গন্ধর্ব্ব মঙামক্কী মশানৌ শৈরন্ধ্রী অচুম্বীবু পুক্লিং অম্নাংবনা তুজা অরাকতম্না কীচক পাঙ্গলবনা শমু থুৎঙম থিরুরবগী খোইমোম গন্ধর্ব মথুৎবাক্তা কীচক অকনবনচিংনা শানৌ মচিন মনাও

চামবু নোংমল্লে হায়না না তারকএ হায়না পাওম্লেবদা, দূর্য্যোধন নিংথৌরেন্না পাণ্ডব মণ্ডামক্তি খোঙ্গমা নারোম্দা তরা চাপুম্ হুক্তা অরা মখৈ লৈতনা নোংমল্লরিঙৈনে হায়না পাওমেল্লবদা, সুশর্ম্মা নিংথৌরেন্না দূর্য্যোধন নিংথৌ অথোইবদা রাহমখিএ। হে দূর্য্যোধন নিংথৌরেন নবছত্র মথোন ৯যুংববু সনা চোংলেন খানবা-ও চিনগোই ইয়াথংবু রুনবী পুক্লিং তপ্না নাতাবিও। কীচক পাঙ্গলবা মতুম্পানগী বিরাট লৈমাবা হুমু ময়াই কারবনা সুশর্ম্ম ইরৈবাকপু থুগাইরৈএ। কীচক পাঙ্গনববু লৈত্রবা অসিদা নিংথৌ ঐনা পাঙ্গল খুৎণ্ডম থিনা মংশক্ খুৎথুম্ তাল্লুগে। মাইকৈ মাগী থা থংবরমদা কাওরেন শন্য়াম্ লৈএ, মানবী অতুবু ওম্না খোম্রগে। দূর্য্যোধন নিংথৌ অথোইবা নংবু সংসার তাইবং নোংশাপান পুন্নমক্কী নিংথৌরেন অতাঙবা মহাক্লে। কীচক মরুমপানগী বিরাট মনিংথৌ হুমু ময়াই কারবা অতুনা কোরৌ শুমিৎ কদৌনোং লোইদাম থাবুম করম্বদা শমু মথুৎ লোম্না নিংথৌ সনা নথোং থাদা চংনা য়োইনা পুরুম্বদে। নিংথৌ সনা নয়াথংবু য়াঙনা থাদোকপিও হায়না অশুম পাওমেল্লবদা, দূর্য্যোধন নিংথৌরেন্না পাওখুমখিএ। হে সুশর্ম্মা নিংথৌ পাঙ্গলবা-ও চিনগোই নয়াথং অসিবু রারম অরোকপা মাহাক্লে বিরাট লৈমাবা হুমু ময়াই কারবা অতুনা কোরৌ শুমিৎ কদৌনোং চিন্গোই পাওরান্না

যাত্রা খোংশানখিও। দক্ষিন খানা পাংবা লমগী কাওরেন মশমচা অয়াম্ববু খাক্লমগনো। নিংথৌ ঐদি হয়েং চীংগু শোইরবদা নিংথৌ সনা চোংলেন খানবশিংবু হুয়েন লাপ্লোইমনা উত্তর অরাং পাংবগী কাওরেন শঙ্গু পুন্নমকপু ওন্না থোন্নরগে হায়না অস্তুম পাওযেন্নবদা, সুশর্মা নিংথৌ পাঙ্গনবস্তুং শমু মথুৎ লোন্না পুরুল্লবগা শেনা লাম্মী পুন্নমকপু ভাইরোইননা বিরাট নিংথৌরেনগী মাইগৈ খানা পাংবারম্ কাওরেন শঙ্গু অয়াম্ববু তন্না যাত্রা খোংশান-খিরে হায়রদবরা।

বিরাট পর্ব্ব হায়রম লুংওইবা অসিবু রাজা পরিক্ষিৎ নিংথৌ মপারি জন্মেজয় অখোইবনা শ্রীজয়মুনি লৌশিংবদা য়াখং ভক্তি তৌনা পাওহংঙৈ। জয় মুনি অখোইবনা লোংতা পোহাল লিক্লম য়ারি মরেংশিন্না পাওমেনশৈ ভারত য়ারি অরুবা পুস্ত কথা অচেৎপা অসিবু রামকৃষ্ণদাস লৌশিংবনা য়ারি নাইত্তে থিনা লেংলমএ। শাধু লাইবু নিংথা চিংওন্ন লাইবক কবা নংথোইনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্না নাত্তাও—ও।

দুর্য্যোধন নিংথৌরেনগী সনা ময়াম্বংবু তাংজ লুদা থোংনা সুশর্ম্মা নিংথৌ পাঙ্গনবনা মাইকৈ খা থংবরমগী কাওরোন শঙ্গোন চাইনা মানবী শনয়াম থোন্নরে। বিরাট কাওরেন শনশেনবা অমদা সুশর্ম্মা নিংথৌরেন্না পাওমেনখিএ। হে কাওরেম শন শেনবা-ও বিরাট ননিংথৌদা হায়রুও অসি কোয়ৌ ভুমিৎমদি বিরাট নরৈপাক কাওরেন শনওনফম আসিদা লৈখিগে। হয়েং কৌথা মনোং শোইরবগা সনা ইরৈবাকপু হন্তানখিগে। পাঙ্গল

নভিক লৈরববদি ঐবু হুয়েন লানশোক্করোও। নিংথৌ পাঙ্গল নভিক লৈত্রবদি হুয়েন লান হৌরকঞ্জ হায়না থৌশিখিরে। মদাইরেম কাওরেন শনশেনবা অত্তুনা বিরাট মনিংথৌদা হুয়েন লানবাও তম্‌ইরে। হে মৎস্য দেশ লৈমাধা বিরাট ইনিংথৌও অসি কোরৌ সুমিৎমদা সুশর্ম্মা নিংথৌরেম্না কাওরেন শনশেনবা খৈবিকসুং খুপুন লানূলোইথা শম্লাংতোনগা চিংনা য়ৈরম্মে। অসি কোরৌ সুমিৎমদি কৌবা য়ারেক্লমগে, হযেং শোইরা তৈমা ওল্লবগা সনা মরৈপাক্তা হনরাইখিগে, পাঙ্গল নথৌ লৈরবদি য়াঙনা হুযেন লাল হৌরকও হায়না নদাইরেম ঐবু থৌশিরকএ। অসুম হুয়েন লানবাও তমবদা বিরাট নিংথৌরেম্না পায়মা উন-গোইশুংদা নিংখনখিএ।

বিরাট ইরৈবাক্কী শেকচুল্ পনতাই ওইবা শেল্লোরেম কীচক পাঙ্গলববু নোংমল্লে হায়ববু নাতারবগী হুয়েল লাল হৌরকপনরিঙৈনে। বিরাট লৈমাবা ঐদি কীচক পাঙ্গলবা মরুম্ পানগী নিংথৌ সনা পনয়্ ওইজবনে হায়না নিংখল্লবদা ত্তোইগুম ক্ষেত্রি পুক্লি মহৌশা লানকম মমাই ওন্না হৌনদবগী লাম্মী অথৌ লিচা হেপ্পা লানকয় মমাই ওন্দবা, শগোল, শামু, দোলাই, খোংয়ী, থুৎজু থুৎলাই, নিংথৌ পোৎলোই মশিং তুনা শংতিং লানূলৈথেম্ পুম্নুং লানপোৎ শেৎনা নিংথৌ তাংক্ক লুরেন্দা লুহুপ মঙান নাইরে। নাপা কোম্লোং লমদা নায়ান চেংলৌ মিৎপুলং খুঙশি পানেনূবৌ, তানূচপ মঙান্ নাই লানপোৎ চরৈ মশীং তুনা লৈতেংলবগা ব্রাহ্মন লাই ওইরা খৈবিক্কা থোইয়োম

লাইমিং শোম্না য়াইফ খোজেল থোক্লে। পুনলাং লাইজা ঈমাই চোন্ তাওজিং নানৌ থেৎপবু পুন্লাং মরেং খিল্, সত্তী পুক্কিং য়াচুমশুবীশিংনা চকমোম থাওমে থান জুগার খোঞ্জেন য়াইফববু মনিন নাইনা খোংলবগী নিংথৌ সনা দোলাই থক্তা ফমকয়ে হায়দবরা।

বিরাট সনা মরৈবাক্তা শাস্থুপ্লিবা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনগা মশানৌ ভীম অকনবা সহদেব লৌশিংবা নকুল অত্তোনবা চেংলৌ মশক ওন্ কোল্লোই মমিং হোংনা শাস্থুপ্লিবা শানৌ মচিন মনাও মরিমকপু বিরাট নিংথৌরেম্না পাওমেনখিএ। চেংলৌ শক্লোই হেনবা ৮কচাং পাঙ্গল নথোক্লকপা নথোই মরিমকপু লানফম তমথিবদা তনবা নিপা থোকতৈনে হায়না চেংলৌ মিংখিংলে। বিরাট নিংথৌ ঐদি হস্থু ইয়াহ কারবনা পাঙ্গল ইয়েং তারবনিগীনা হুয়েন লানশোক্লগে তৌবদি পুক্কিং শোংকি চংলে। থোংক্লেন লানশোক তমথীবদা তনবা নথোই মবিমক্তী থায়াং নথৌমম্না নিংথৌ পাঙ্গল ইয়েং তারবা ঐবু ঙাকপিযো হায়না পাওমেল্লবদা, ধর্ম্ম নিংথৌরেম্না পাওথুমখিএ। তনবা ঐখোই মরিমকস্থং নিংথৌ সনা নয়াথংবু মাইমৈ য়াকনফয়োই হৈনা নত্তুং ইম্না হুয়েন লাল লোইজমসে হায়না পাওয়ারবদা বিরাট নিংথৌরেম্না দোলাই রথ মরি সারথি শাথৌবস্থং শুনা লিরুং খৎশু মক্তবা য়াইয়া তেনবী য়াইওইবা লানপোৎ চরৈ মশীং শুনা লল থাইবিয়ে হায়দবয়া। শানৌ মচিন মনাও মরিমক্তি সুশর্ম্মা নিংথৌরেম্না কাওয়েন শনয়াম খোয়া ঙাইথমলিব হুয়েন লানশোক্ফম্ অহুদা লানফম থাওওইননা য়াইথুংলুয়ে।

সুশর্ম্মা নিংথৌরেন্না পাওমেনজমএ। লানৃমী অথৌবশিংও নিংথৌ সনা চোংলেন খানবা মশেন হুয়েন লানশোক্লসে। লান্মী অথৌ লিচাহেপ্পা মশেনবু হুয়েন লান শোংকিরবদি মহৈ কনা কৈলেত্তে হায়না থোংকেন লান শোক্লগে হায়বগী লানকম মকম ইস্তায়না চংলক্লে। বিরাট নিংথৌরেন্না পাওমেনখিএ হে সুশর্ম্মা নিংথৌরেনও লানশোক হাকথক্নোংনে, নংদি পাঙ্গল নথোক্লকপা লানকম নহৈরকপনে। ঐদি হয় ইয়াই কানা পাঙ্গল ইয়েং তারে। তৌইগুম তনবা নিপাক্লপকী ক্ষেত্রি ধর্ম্ম হৌনববু ঙাক্লা থোইমা ইমাই ওল্লোই হায়না লিক্লং থুংগু পাই, রাইরা তেঙ্গাথোং লানকম মাংওইননা চংলক্লে। নিংথৌ পাঙ্গল কৈবা অনিমক্তো লানশোক ভমর্থীববু অমম মথৈ কংনা শোক্লরে। গন্ধর্ব্ব গুপ্ত কৌবা রাইরা মত্তেঙ্গাবু কাপ্পরে। নিংথৌ থুংগু অয়াম্বা থৈবিকপু মশীং থিওমদনা য়াম্বা চাইনা থোংক্লেম্নরবদা রাইরা মত্তেঙ্গা অমবু তেনবী অথৌবা অমনা কাপথেক্লরবদা সুশর্ম্মা নিংথৌ রাইরা মথুংগু খাম্বী মৈগী তেনবু রাইরা তেন-রাইখিববু বিরাট নিংথৌরেনগী রাইরা মত্তেঙ্গা ঈশিং তেম্না কোরো নোংমদোম্বা মুংহল্লে। সুশর্ম্মা নিংথৌ মত্তেঙ্গা মাক্লং নোংশিৎ তেম্না কাপখিরবগী বিরাট নিংথৌরেনগী কোরৌ ক্ষেনচু নোংলেন মথোং ফুইগুম্ববু মাক্লং মখি নাইবনা হুম্দোকখেঙনে। অহুনসু মদোমদে। বিরাট নিংথৌরেন্না লোইদাম থাক্ত কোক্লাই মানবা রাইরা মত্তেঙ্গা কাপখিবনা সুশর্ম্মা নিংথৌরেনগী লিক্লং মথুংগু ককপংলে। রাইরা তেনবুম মঙাদংবু তেনবী নমকাপ্পখিবন

সুশর্ম্মা নিংথৌ সনা মহকচাংদা পাল্লে। রাইরা নম্না নম্না কাপ্পকপনা নিংথৌ লাঙ্গোই মথুংনেং সারথি শাথোবম্বুং হকচাং মকম অথীবদা তেনবাল্লে। বিরাট নিংথৌরেন অথোবনা তেন রাইখোন চৈথা অরুম্ববু থাংলবগা সুশর্ম্মা নিংথৌ পাঙ্গনবনা ওক্লেন ম্নাপন শাগুম লিক্লুং থুত্তা শূনা ইনশিল্লক্লবগা রাইরা তেনপুম অমনা বিরাট নিংথৌরেনগী লিক্লুং মথুংগুবু কাপথেক্লবগী শাথোবনচিংনা চরৈ ফিরান চোইনৌ সনা চোঙ নিংথৌ দোলাই মথুংনেংপুসুং কাপথেক্লে হায়দবরা। বিরাট নিংথৌরেন্দি থোংমী মরোং চুংহুনুম্লোইগুম মত্তোম লৈদা লেপ্পা লৈরবদা সুশর্ম্মা নিংথৌ পাঙ্গনবনা শমু থুংনা ফংনা ফারে। পরৈ লানুগা শা রিম্নক্ নাইকা তম্না চোইনৌ সনা দোলাই থক্তা হাপ্পা পুখিরে। বির ট লৈমাবদি পাঙ্গল ময়েং তানা হনু মল্লাই কারব-নিগীনা অমল্ থম্লে কুমাইদমগুমে। মতৌ তমথিবা ইকাই মাইথী নংহনবা অত্তবু ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্না উরবদা মশানৌ ভীম পাঙ্গন-বদা পাওমেনখিত্র। শানৌ চিংখোং য়াইমবা-ও ঐখোইদি বিরাট নিংথৌরেনগী তরা মচাক চারে, খোজাল লাঙ্গোলরা তরা মচাক চামনগীবু অসি কোরৌ সুমিৎমগী লানকম তমথীবা অন্দিরা পুক্লিং লাইরেক চনক্করোই। তৌরুগুম শানৌ ভীম অকনবা নংদি পাঙ্গল মত্তোম লোম্নদি শানকোং হিগুনো। মদা মেজু নথুংগু য়াইওইবনু গুগুনো। পামেন উপাল কুক্তা কেনগুনো। লানকম কল্লাও মথৈ কংখিক্লনো। শানৌ ভীম অকনবা নংন্না য়াইবি কলহৌ নিক্রবদি মালেম লৈপাক নিক্লরৈরে। নম্ন পোং

ওইবা পুন্নমক্তা থাওওয়রোই। তাইবং মোংশাপান পুন্নমক্তা ভীম অকনথনে হায়না চেংলো শকথওলকউেনে। মাইয়া নতেনচাবু খুত্তা শুনা লানকম নভিক ওক্লবা সুশর্ম্মা নিংথৌরেনবুসুং থরাই মাওহন্দনা বিরাট নৈমাববুদি শমু তুংবুমবা থোক্তা পুবিরকও হায়না রাহমনদা মপানৌ ভীম পাঙ্গলমপাতাবদি মাপ্লং হুংশিং চৈরোইননা হয়েন লান্তানচিনখরে। মাওব্বা থোক্লেল লাওবা হে সুশর্ম্মা নিংথৌরেনও নংবু ভাইরমথিও। হয়েন ইবিংভা লানশোক্লখিশে হায়রবদা সুশর্ম্মা নিংথৌরেম্না পাওথুমওমএ বিরাট নিংথৌবু লানশোক ঐনা ওম্রবদা য়াথং অয়াকতম্না পাওহংলবদা নংবু কনানো? হয়েন ঐশা লানশোক্লরবদি থরাই নমিরেনবু থমুং বম নিংথৌশী দ্বার মথোংজিন্দা চৎথিউেনে হায়না পাওমেনু-ওম্বু না তারবদা, ভীম পাঙ্গনবনা ঐনে বিরাট নিংথৌরেনগী পুরোহিৎ মনাওয়োক্ ব্রাহ্মন ভয়া চাকথোংবনে। বামোন ইমাং শংশংবদা বিরাট ইনিংথোবু করম থৈথিগে হারবনো, হয়েন ইবিংভা লানশোক্লথে। ব্রাহ্মন ঐবু ওমথিরবা তুংদা বিরাট নিংথৌবু হয়েন লানশোক নংনা ওম্রে হায়না থংজো—ও। অমুম পাওথুমবু না তারবগা সুশর্ম্মা নিংথৌরেন্দি য়াথং কম্পাও থোইনা পাওমেল্লকএ। কোক্লোই নয়াথং অসিবু না তাবদি লানকম কম্পাও থোইরকএ। ব্রাহ্মন নংগী প্রান থরাই হাৎপদি য়াওবো শাবু হাংপা মরমুত্তনে। তৌইওব ব্রাহ্মন হাৎপগী পাপ অয়াবনু খোংকিকক্লম তারবনে হায়বা পাওমেল্লবদা, ভীম পাঙ্গনবনা পাও খুমখিএ। ব্রাহ্মন ইথয়না হয়েন লানশোক্লগে হায়জরে। ব্রাহ্মন

হাৎপগী পাপ অরাম্বারমদি থল্লুরগুনো। লহান নাওরা ইথুঙৈদগী হৌনা পম্থৌ লেপ্লোশিন্‌নুম্‌ তরা মচাক থাক্লা লাঙ্গাল্লক্লে। রারম অসিগীদমক্লা ব্রাহ্মন ঐবু লৈরিবৈদি বিরাট ইনিংথৌবু ফাকরোই। অসুম পাওমেনববু না তারবগী সুশর্ম্মা নিংথৌ পাঙ্গনবনা বাযোন নংদি পায়মা লৌশিং তামএ হায়না লিরুং খুত্তা শুনা নোংহাম্লে। বাযোন চেংলৌ মশক ওনবা পাণ্ডব অকনবনা লিরুং খুৎসু পাঙ্গ সন্ধান্‌ পান্‌গতম্না সুশর্ম্মা নিংথৌরেন্দা রাইরা তেনপানহল্লে। ভীম পাঙ্গনবনা সন্ধানপানগতম্না রাইরা তেনরাইরকপা থৈবিকপু ককথৎলে। সুশর্ম্মা নিংথৌরেম্না রাইরা মতেঞ্জা ককথৎপবু থিংলৌ মিংথিংলবগী লানফম কঞ্জাও থোইনা রাইরা তেনয়ামলক্তুগী তেনবী অথোববু খন্না তেনচিং নাকোং ফং রাইরা তেনকাপ্পা ভীম পাঙ্গনবগী পুন্নুং মফুরিংপু ফাওনা তেনপাল্লে। ভীম তিল্লাং মথোই শাও, থাক্ত কোঙ্গাই মানবা রাইরা মথুৎশুনা সুশর্ম্মা নিংথৌগী লিরুং মথুৎশুবু ককথৎলে। তেনবী কোলাঙ্গোল শাবনা নিংথৌ সনা মহুকচাংদা পানহল্লে। সারথি শাথৌবদসু রাইরা তেন্না থারবগী সুশর্ম্মা নিংথৌরেন্দি রাইবি কিন্নুং হৌনা রাইরা মতেঞ্জা থাক্ত কোঙ্গাই মানবনা ভীম লিরুং মথুৎশুবু ককথংলে। ভীম অকন-বদি তাংজ ইকাইরবগী লিরুং খুৎশু হোং লিচিং নাকোং ফং পান্দম মথৈ লৈতনা রাইরা তেনবী অথোবা মলেম্না সুশর্ম্মা নিংথৌরেনগী লিরুং তেম্পোং, ধ্বজ ফিরান নিংথৌ দোলাই মথুনেৎকা য়াওনা কাপথেক্লে॥ লাঙ্গোই মথুনেৎ সারথি শাথৌবসু নোং-মল্লবগী সুশর্ম্মা নিংথৌরেন্দি মাল্লেম লৈদা তারে। ভীম পাঙ্গনবদি

লানকম মথৈ ফংনা তানশিনখিরবগী বিরাট নিংথৌরেনগী শম্বু তুংবুন্নঙম্ববু থোক্লা মশাবি ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনবু তানা পুরক্লে। ধর্ম্ম নিংথৌরেন্না মশানৌ ভীম পাঙ্গনববু ঙকথি লুম্মাং কোন্না হে ব্রাহ্মন ভরা চাকথোংবা-ও নংদি লানকম কোল্লোই মিংচৎথৌ অরুম্ববু পাংলুরে চিংঙু থোইনা লাইবক ফবদি নংনে হায়না পাঙ্গল মতিক থাগৎলে হায়দবরা। বিরাট লান্মী পুন্নমক্তি হরাও মথোইতোং, রাংলেন পুংয়ামৃয়ৈ, ভরেৎ মনিন নাই, পেরে শানৈ থোং, শিঙ্গা থোক্তেন চাও, জুগার মনিন নাইনা হরাওরে।

অসাইঙৈগী সুশর্ম্মা নিংথৌরেন্দি তাংজ ইকাইথোই, অকি পুক্লিং চং, মিপাই মথৈ লৈভনা নাপন ময়াই কাবা য়াথং মাং ওইনথিববু তাংজ ইকাইরুবগী চেংলৌ মমাই মুনা নিংখনখিএ। ছন্দক হুয়েন লানশোক্লবদা মৎস্য দেশ লৈমাবা বিরাট থুনৃনিংথৌগী ভরা চাকথোংবনে হায়না সুশর্ম্মা পাঙ্গল ইপাতম্বা ঐগা হুয়েন লানশোক্লবা অসিবু অথৌ লিচা হেপ্লা পাঙ্গল মপা তাম্বা করম্বনো। লানশোক অথোইবা নিপা থোকএ। চকমোম খাম্বী মৈ নোং থোংগুম কনঙমকদনা ফাওরকএ। বিরাট লৈমাবা লানশোক ঐগী থুত্থম চন্না নিংথৌ ঐগী মাঙদা থাবসুং শম্বু ইখুৎপাক্কী বামোন মাংদা থানা পুক্লিং মরাচাগুব পুখিঙম্মে। সুশর্ম্মা নিংথৌ ঐবু ভনবা নিপা থোক্তনা তাংজ ইকাই থোক্লা থমম্মে হায়না তাংজ ইকাই পুনা অকি পুক্লিং গুমবগী সনা মরৈপাক্তা হনরাইখিরে।

বিরাট নিংথৌরেনসুং তাংজ ইকাইরবগী শম্বু মথুৎ লোন মাল্লেম লৈদা পক্লা পাওমেনখিএ। হে-ব্রাহ্মন পাঙ্গনবা-ও নংনা

বিরাট ইনিংথৌবু ওইবিরো। ইপন বিরাট লৈমাবনা পোক্লকপি কোরৌ অসি সুমিংমদা পুম্নি চৈথৈ ওইনা সুশর্ম্মা। নিংথৌরেনগী হয়েব মরান ওইনা লাম্নলববু চিংডু লাইবক কবা নাম্নী থরাং নখোমনগী রাইবী থরাই হিংনা থম্মুং হার মথোংজিন্দগী পোথা-ম্নিরক্লে। নংনা পোকপা নপাঙ্গিবু ওইরে। তয়ম্ ননাই ওইনা অখন নখোং খাদা য়োম্বা থৌগল্লগে। নিংথৌ সনা পনরু ওইবিয়ো হায়রনা চেংলৌ মিংপান চেন রাখং ভক্তি তৌনা পুরুম্নবু জীম লৌশিংবনা নিংথৌ কোম্লোই মপাওমেন সুংশিববু না তারবগা রাওনা নিংথৌ লৈদা তুববু হোৌগৎপিরে। হে বিরাট লৈমাবা-ও হায়রগনো সনা নকমলেন্দহুম কমকমলোও। তাংজ ইকাইফম্বু করি লৈতে। লানকম লাইজা ইহি থাগুম্বদা নিংথৌ লৈপাক মপুবু খোইমা তৌন্‌শংত লাংচেং তোম্নানহন্দনা লাজোনবদি তরম মনাই ওইকগী লমচং মহোশানে। পাঙ্গল ওমজবা লানকম ওমজদবা হায়বদি মতম অসিগুম্ববু হায়দবগুং নাইস্ত্ পাজন তারবা পাখা থুংকোই শাম্রবনচিংনা খোইমোম লাইনা নোংদম্লিএ। শিরাট লৈমাবা মংদি ধর্ম্ম পুক্নিং নথৌশাবু থাদোকতবা নিংথৌ-রেমে। নিংথৌ নংগী সনা সিংহাসনদহুম নিংথৌ চাকচা জুগ্গাইববু থাদোক্তনা কমকম্না-ও হায়না ধর্ম্ম নিংথৌমাংদা বিরাট লৈমাববু হল্লাও পুক্নিং পেলহল্লে।

মোইবম্রাই তাওদনবহুং সুমিং থোংলেন থমখিরে। কোরৌ অসি সুমিংমহি শনশেন মাইকৈ থা থংবা অহুদা কাওরেন শনরাম চাকা কৌবা হানেক্লে। কাওরেন শনশেনলোহি পুরমকহুং হল্লাও

পুংবুরেম্ জগোই লেপ্লৌ শানা তরা থুৎপুলপিরে চরৈ য়াকুৎঁবা মিৎয়েং মতাই থিরে। ইস্লুং কোবা চীংস্লু শোইরবদা লানফম য়াইফ রা লানশোক মরম অয়াম্ববু লৈমা মশানৌ বিরাট লৈমাবীদা হুয়েন লানবাও তম্লুরো হায়না থৌশিরক্লে। ভীম পাঙ্গনবনা স্নুশর্ম্মা নিংথৌ মথুৎপাক্তগী বিরাট লৈমাববু লাঙ্গোনরা, ভারত লানশোক য়াইফবা অসিবু তাংজা নরৈতোম্দা শ্রীরাধা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোম্না না তাবিও পাপ অরুববু কোকঠৗনে।

---

# দূর্য্যোধনা বিরাট অরাং শনশংদা শনথোম্লবা।

লানশোক অসি মতুংগী লানফম অচোবা হুয়েন লানশোকরা অরাম্বু তেংথারক্লে। রূনবী পুক্লিং চেৎ লংজ্র অয়োন য়েংদনা না তাবিয়ো। নিংথৌ সনা চোংলেন থানবা পুন্নমক্কী রাজ চক্রবর্ত্তী খোই থোইবা নবছত্র মথোন ৯ গুববু সনা শেকপিন থানবা দূর্য্যোধন নিংথৌরেম্না মমু ভীষ্ম হন্থ ময়াই কারবা মাল্লং নোংশিৎ কাওগুম পাঙ্গন মপা তাম্বগা গুাইরোইননা ব্রাহ্মন শাগৈরেম্বা নাওনৌবা-দ্রোণগুরু থুংগু পাম্দম হৈবগা কর্ণ মথোক্লকপা লানফম মৈরাইরকপস্তং কৗরর্ত্তম্বা অকনবগা বামোন শাগৈরেনগী কৃপাচার্য্য

অথৌবগা ভগদত্ত নিংথৌ পাঙ্গল মথোক্রকপস্নুং বৃহন্নল পাঙ্গনবগা দ্রোন গুরু মপারি অশ্বথামা লানকম মহৈরকপগা জয়দ্রথ পাঙ্গনবস্নু দুসাসন মথোক্রকপনচিংনা শানৌ মচিনমনাও ১০০গা বালভোম নিংথৌ পাঙ্গনবস্নুং দণ্ডবক্র অথৌবগা শানুল্লু বিথর্ব্ব নিংথৌ অনিম-স্নুং শকুনি শোবোন মন্ত্রী লৌশিংবা অনিমক্কা মথোঙ্ক অসি থৈবিকপু ঙাইরোহনবা হুয়েন লানপোংশেং নিংথৌ মদাইরেম দোলাই লেংতম তোংবা খোঙমী অথৌ লিচা হেস্নস্নুং মশীং থীঙমদনা পুংজাও, পেরে, মোইবুং শিঙ্গা মনিন নাইনা লাম্মী ময়াম ওইবগী কোরৌ নোংলাওখোনগুম মাল্লেম লৈবু নিক্কা হুয়েন লানহোরক্রে। বিরাট সনা মরৈবাক্কী মাতকৈ অম্নাং পাংবালম কাওরেন শঙ্গোন চাইনা মানবী শনয়াম খোম্নরে। কাওরেন শনশেনবা পুম্নমকপু শাজে থুংরোন থৈয়রে। মানবী শনশেনবা অমবু বিরাট ননিংথৌদা হায়রুও, পাঙ্গল নতিক লৈরবদি কাওরেন নশন ঙাকচরো-ও। কোরৌ অসি হুমিৎমদি কাওরেন শনযাক্কম অসিদা ঙাইথমগে হায়না থৌশিখিএ। নিংথৌ সনা কোম্নুংদদি বিরাট লৈমারনচিংনা লৈরমদে। নিংথৌ মপারি উত্তর লাংজেং মপোক্রকপদনা বিরাট লৈপাক ঙাক্রম্বদা মদাইরেম কাওরেন শনশেনবা মতনা হে নিংথৌ মপারি সনা লৈপাক ঙাক্রিবা ইবুংঙো তা-ও। দূর্য্যোধন নিংথৌ-রেম্নচিংনা নিংথৌ মতিক্ক লৈবা শিবিকপু হুয়েন লাল্লোইননা মাইকৈ অরাং পাংবা লমদা নপন বিরাট লৈমাবগী কাওরেন শঙ্গোন চাইরে। মানবী শনয়াম খোম্না নদাইরেম কাওরেন শনশেনবা ঐখোইবুস্নুং শমু তুংবুমনা থুপুল মীতাক্রে। কোরৌ অসি হুমিং-

যদি কাওরেন শনথোমফমদা লৈখিগে হয়েং কৌবা মনোং শোই-রবগা নিংথৌ মরৈবাক্তা হনরাইখিগে। প্যঙ্গন নথৌ লৈরবদি ঐবু হুয়েন লানশোক্লরোও হায়রকএ হায়না হুয়েন লানবাও হুম্বু নিংথৌ মপারি পল্লেম মমা মবেনশিংগা কমকল্লিবা উত্তর পাঙ্গল মথোক্লকপনা পাওমেনখিএ। ইপন বিরাট লৈমাবদি সুশর্মা নিংথৌরেন্না মাইকৈ থা থংবারমগী কাওরেন শনয়াম্ থোম্না মানবী শঙ্গোন চাইরবগী হুয়েন লানশোক্লবদা চংখিএ। ইদাইরেম কাওবেন শনশেনবা-ও নংনা হুয়েন লানবাও তম্নবা অসিবু দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্নচিংনা নিংথৌ মঙাইরোই পাঙ্গল মতিক লৈবা অচুম্বশিংবু পায়মা ঐগী উনগোইকুংদা পুক্লিং শোংকি লৈরুদে তৌইগুম লাঙ্গোই ঐগী শাথোববু লৈতরে। শারথি শাথোববু লৈয়িগীদি হুয়েন লানশোক্লরবগা দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্নচিংনা নিংথৌ পাঙ্গল মতিক লৈবা খৈবিকপু লানশোক ঐগা মায়োক য়াঙম্নোই, থরাই মিরেন পাইনা হুয়েন লাঞ্জেনখিডবে। লাঙ্গোই শাথোবা অমতবু করম লৈঙ্কুমদবনো কল্লকএ হায়না পাওমেনববু দ্রৌপদী অচুম্বীনা নিংখলখিএ। নিংথৌ মপারি নাওরা অথুবা লানশোক অরাম খংদ্রিবা অসিগুম্বনবু নাওরা মতিক নত্তনা পাওমেল্লে। মতৌ ওইদবা রারম্নে হায়না তিল্লাং মথোই শাওয়ে।

মপন বিরাট লৈমাবানচিংনা পলেম মমা মবেল পুম্নমকপু ঙাইরোহননা তুমুং লংলা পুনশুম্ পুক্লিং অন্না চ'না নিংখল্লরিঙৈ, লৈমা শৈরন্ধ্রী কৌনা শান্থ্ পল্লিবী দ্রৌপদী পাঙ্গমা, লৌশিং থোইবীনা পাওমেনখিএ। নিংথৌ মপারি উত্তর চেংলৌ শক্লোই

হেনবা-ও নংনা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনবু হুয়েন লানশোক ঙমঙগে হায়রবদি লাঙ্গোই শাথৌবদি ঐ পীগে হায়না পাওমেনববু নিংথৌ মপারিগী য়াথং ময়াই চৈরত্তববু উরবদা শৈরন্ধ্রী চেংলৌ শকোই হেনবীনা অনৌবা পাওমেনখিএ। চেংলৌ মশক ওন্ কোলোই মমিং হোংনা লৈরিবা অর্জ্জুন য়াইরা তেলহৈববু পাওতাক্লে হে নিংথৌ মপারিও বৃহনালা কৌবা অহুবু লহান নোং অর্জ্জুন তেনহৈবগী লাঙ্গোই শাথৌরম্মে। বৃহনালা মাবু য়াঙনা পাওকৌরুও। মতম অহুৈঙদা বৃহনালা মাবু লাঙ্গোই শাথৌবগী খোইমোম লাই থৈবিকপু অর্জ্জুন লানশোক মমাংদনা ঙম্লমএ। হৌজিক মতম অসিদা মাবু লাঙ্গোই শাথৌনা-ও। লানশোক নমাং খাংলোই। বিরাট লৈমাবগী মমোম উত্তরা চেংলৌ শকোই হেনবীবু জগোই খোংলৈ তম্বিরিধা অহুনে। ওঝা বৃহনালা অহুবু য়াঙনা পাওকৌরুও হায়না পাওতাকপবু না তারবগা মমোম উত্তরা চেংলৌ শকোই হেনবীদা পাওমেনখি। হে ইমোম নিংথিবীও নংবু জগোই খোংলৈ তম্বা ওঝা বৃহনালা অহুবু য়াঙনা পাওকৌরুও। নহু নিংথৌ ঐগী শারখি শাথৌনগে হায়না পাওমেল্লবদা, মমোম উত্তরা অহেনবীনা য়াঙনা চৎখিববু অর্জ্জুন তেলহৈবনা পাওহংঙমএ। হৌজিক চেংলৌ মিৎকুপ মরক্তবু জগোই খোংলৈ তম্লবা নত্তবরা হে উত্তরা অহেনবীও নরাণ করিগী য়াঙনা হনরাইরকপনো পাও-হংঙম্বু; হোই হে ওঝা লাইওইনবা-ও বিরাট লৈবাক হুংঙাইবা অসিদা খৌরম অক্লম্বা অরা মথৈ লৈতববু থোকএ। ইপন বিরাট নিংথৌরেনসুং মাইকৈ থা পংবারম সুশর্ম্মা নিংথৌ মরান্-

থোংদা চংখিএ। লানকম মানলেম লৈহৈ থাগুম্বা অতুদি লান-শোক ওম্লম্লবগী লানফম মরাং কাইরে হায়ববু থোংলোই ময়াথংগী না তারে। অসি কোরৌ হুম্বিংমদি মাইকৈ অরাং পাংবারম রাজা দূর্য্যোধন নিংথৌরেম্নচিংনা নিংথৌ মঙাইরোই লানশোক ঙমফদবা মশেনবু ঙাইরোইননা ইপন বিরাট লৈমাবগী কাওরেন শনয়াম খোম্নহিক্লে হায়না হুয়েন লানবাও তম্লরবগী ইতু নিংথৌ উত্তর অঙেনবনা হুয়েন লানশোক্লগে হায়ববু শারথি শাথৌববু লৈত্রে অসুম রাতাম্নরিঙৈ শৈরন্ধ্রী মকোই পাওনিংশিংবীনা ওঝা লাই ওইনবা নংবু লাঙ্গোই শাথৌ হৈএ হায়না পাওতাকএ। মরম অতুগীদমকপু য়াঙনা পাওকৌরুও হায়না থৌশিরকএ।

অসুম পাওমেনববু না তারবদা বৃহনালা কোনা শান্থুপ্লিবা অর্জ্জুন তেঙহৈবনা য়াঙনা ইস্তানূলক্লে। নিংথৌ মপারি উত্তর লৌশিংবনা থৌজাল মাংওইননা ফমফমহল্লে। হে বৃহনালা লৌ-শিংবা-ও নংবু হুয়েন লানশোকফগদা লাঙ্গোই শাথৌ হৈএ হায়না না তায়ে। থাইনা লহান নোং অর্জ্জুন পাঙ্গনবগী শারথি শা-থৌববু বৃহনালা নংনা ওইরিঙৈদা থোইমোম লাইনচিংনা পাঙ্গল মতিক লৈবা থৈবিকপু অর্জ্জুন লানশোক্ মমাং থাংদনা ঙম্লম্মে হায়না না তায়ে। হৌজিক মতম অসিদা লাঙ্গোই ঐগী শাথৌবিও। দূর্য্যোধন নিংথৌরেমচিংনা মতিক পুম্নং অচাও মৈগুম্বা পাঙ্গল মথৌ লৈবা অহুশিংবু লানশোক ঐনা ঙমচগে হায়না পাওমেনববু, হোই হে নিংথৌ মপারিও বৃহনালা ঐদি লহাং মাংগী হুয়েন লানশোক্লবম্নং থংদরিএ। লাঙ্গোই শাথৌবম্নং হৈতে, পায়মা

ঐগী উনগোইহুংদমু পুক্নিং শোংকি চংএ হায়না পাণ্ডখুম্বু উত্তর লৌশিংবনা হায়গুনো হন্দক মত্তম অসিগী লানশোক মাৎলেম চৈহৈহ খাগুম্বা অসিদা কোল্লোই ইরাথংবু রাকনবিগুনো হায়না লানফম লৈতেং ফিরোই পুম্নমকপু লন্থাইরবদা বৃহনালা লৌশিং-বনা লানফম ফিরোই শেংচবা হৈতশানা পুক্নিং মকুরিৎপু চরে মপুক মনম ওন্না লিংশিন্নরে। মতৌ অদু উরবগা বিরাট লৈমাবগী লুরেন অপাম্বী চেংলৌ শক্তোই হেনবী পুম্নমক্তি চেংলৌ মিৎকুপ মরুম পুক্নিং অৱাববু নমদা ছন্না অর্জ্জুন মতৌ য়েংনা ভাতনোকনারে। নিংথৌ মপারি উত্তর অহনুবদি সনা মকমলেম্দগী য়াংনা হৌগৎলবগা বৃহনালা লৌশিংবগী পুক্নিং মকুরিৎপু লিৎপিরুইএ। তাংজা লুরেন তোম্বা লুহুপ মঙান নাইনা উপ্পিরে। পুক্নিং লানপোৎ মশীং শুনা শেংপিরবগা উত্তর সনা রাপিহনহুং লানফম ফিরোইরে। চোইনৌ সনা লুহুপ উপ্লে। চুপ্লেন নাপা ভাম্না নায়ান চেংলৌ মিৎপুম্নং, খুৎশি পালেন হৌ, ভাঞ্জপ মঙান নাই, লানপোৎ চরে মশীং শুনা চৈলতেংলবগা লাঙ্গোই চুদা হেনবা শগোল মক্তবনা শেম্বা দোলাই মথুনেৎপু লৌরুরবগা, লাঙ্গোই চদা য়েংনা বৃহনালা লৌশিংবনা হে নিংথৌ মপারিও লাঙ্গোই খুনেৎ অসিদি হয়েন লানশোকফমদা চৎনরোই হয়েন লানশোক্রবদা তোংগে নৌবা শাবু নত্তে। নপন বিরাট নিংথৌরেনগী লাঙ্গোই শায়াম্নক্তগী লানফম য়াইফা শাবু ঐ মিংথন্নুগে হায়রম্রবগা বৃহনালা লৌশিংবনা লাঙ্গোই শায়াম্নক্তগী লাঙ্গোই চুদা হেনবা শগোল মহৌফবা লাইথক খেল্লাই থোংদা লোইদাম শাঞ্জ কোঙ্গাই মাম্না ভাউবা লাঙ্গোই মথুঞ্জিল

মরিমক্তি মাল্লেম লৈস্নাশুম ভাংনা হেনবা শগোল নাকল অনিমক্তি কোক্সি চুদানবা হুয়েন লানশোককমদা য়াইকগদবা শগোল মরি থল্লুরে। লানকুম য়াইক শা মরিমক অহুনা দোলাই শাপোৎ শেল্লে। পুক্কিং য়াচুম শুবীশিংনা চকমোম থাগুমৈ থান, লাইজা ঈমাই চোনববু পুল্লাং মরেং খিন, ব্রাহ্মন শাগৈ জুচিংবনা বেদ লাইরিক থীনা আশির্ব্বাদ য়াথং লনকুখিয়ে। তাংজা লুরেনতোম্পা তন্না চেং মচংগা লোইবী কোইরেংশৌ থোইদিংগা, তিংথৌ ভোনলোং লৈগা হাপ্পা য়াইফা খোঙেল থোক্লে। বৃহনালা অথৌবনা শারথি শাথোরে। উত্তর মথোক্রকপনা লানকম থোংশানগে তৌরিইদো মমোম উত্তরা অহেননীনা পাওমেনখিএ। ইচু নিংথৌ উত্তর অহেনবা-ও দূর্য্যোধন নিংথৌরেনগী লানপোৎ ফিরোই লমগানবা পুম্নমকপু নমোম উত্তরা অহেনবী ঐগীদমক খোইমোম লাই-ফদিবী শান্নবা পুরিবকও হান্নবা পাওমেনজখিএ।

---

# উত্তরনা লানচংবা।

মিংথৌ মপারি উত্তর অহেনবদি মাল্লং চৈরোইনমা হুয়েন লাক্লাখিয়ে। মাইকৈ অয়াং পাংবন্নমগী কাওয়েম, শমগুমকম নিংথৌ লানশোক মমাই লৈদববু লেংনা ভিন্না লৈরিবা দূর্য্যোধন মাংথৌরেনগী তেঙোল কখী নাক্তা লাইথুংলুরে। দূর্য্যোধন মিংথৌ-

য়েন্নচিংনা নিংথৌ পাঙ্গল মপা তাম্বা মতিক চীংলেন পাল্লংলাগুম্বা অত্থশিংবু বিরাট লৈমাবা মপারিদি য়াওন্না তুকুপচুংনা শোংকিয়ে। মাইয়োক চীংলেন পাল্লংলাগুম্বা অসিশিংবু কনা কনানো পাঙ্গল মতিক থংগে হায়না পাওহংববু বৃহনালা লৌশিংবনা পাওখুমখিএ। হে উত্তর অহনবা-ও লাম্মী মীয়ামলক্তা দোলাই রথ তোংবা পত্তুকা চৈরে অঙৌ অঙাংবনা ওইরিবা চৈরে ফিরান য়াইদা শরেন নোংশা থাংহৌ য়েকপা লিরুং খুত্তা শূবা রত্ন সনা লৈখাং-বনা নিংথিনরিবা হেন্না মনিক থাম্বা চেংলৌ মিৎচি তোন্না কোরৌ নোংমদোন মাল্লেম লৈথারোন তাইবং নোংশাপান মরোল অহুম্মকপু ফাওনা য়েংলিবা অসিদি গঙ্গা সতী অচুম্বী মপারি ভীষ্ম মতিক পুন্নুং মৈগুম্বনে। শমু মাগী তুংদা কম্বা দোলাই মথুনেৎ নিংথিববু শমু খোংওইননা পত্তুকা ঈঙাং চুদানবগী ধ্বজ ফিরান য়াইদা পামবা কৈনিংথৌ য়েক্লিবা মাল্লেম লৈস্না অঙাংবনা শানশেম্বা কোরৌ নোংলুপান্না লিরুং খোংজি ওইবা তাংজা লীলা থিগুম্ববু লিরুং খুৎশুনবা অসিদি ভরদ্বাজ মুনিরেনগী মপারি দ্রোন গুরু অকনবা খোইমোম পরশুরাম পাঙ্গনবদা গন্ধর্ব্ব গুর্জ কৌবা খুৎশু অখোববু শিন্দম্বিবা অহুনে। শমু মাগী তুংদা কম্বা লিরুং খুৎশু মক্তবা কোরি খুৎথুম ওইবা পুহাল লিক্লাই থাম্বা চোইনৌ সনা মৈখাং কোম্না লিরুং খোংজি ওইবগী চেংলৌ মিৎপুরংনা নিংথিববু খুৎশুনবা খোইমোম মহাবলী পাঙ্গনবনা ফিরান খুদম ওইরিবা চৈরে কিচু অঙাংবা পত্তুকা মুনা ঙৌনা হেনৃবা শমু মহক-চাংদি য়োইমগ্নাই তাওদনবগী হুমিৎ মচু মানবা খোইমোম পরশুরাম

পাঙ্গনবদগী থুংশু তম্না হৈবা য়াধা মপারি কর্ণ পাঙ্গল মথোক্লক-পনে। শমু মাগী তুংদা ফম্বা মীনোক খোঙ্গেল চাউবা চরৈ ফিরান অঙোবা নেদ থামেন চপ্পদা গরুরচেক্ নিংথৌবু য়েক্লিবা লাঙ্গোই শামু কাতিসু শারথি শাথোবনা খোইমা মাইয়োক্নদা কমফম্বা লিরুং থুত্তা শূবা লাঙ্গোই শামু ১০০০না দোলাই শাপোং শেম্বা অসিদি ভগদত্ত পাঙ্গল মপা তাম্বনে। শমু মাগী তুংদা ফম্বা দোলাই রথ থক্তা হাপ্পা ধ্বজ ফিরান য়াইদা হংস কাংজা শাবা মৈরি চূদানবনা পত্তুকা ফিরাল ওইবা লিরুং থুংশুবু থাজ কোঙ্গাইমান্না নিংথিনরিবা নোংলেন মরাং হৌবদা চীংহুং নোংথাং কুপকুম্বা চোইনৌ সনা চুদানববু লিরুং থুংশুনবা অসিদি কৃপাচার্য্য অকনবনে। শমু মাগী তুংদা ফম্বা লাঙ্গোই শগোল মরিনা দোলাই শাপোং শেম্বা পত্তুকা নোংলেন চুত্তানবদা কাওরেন তনবা য়েকপা লিরুং থুংথুম ঙাংববু থুংশুনবা অসিদি কীর্ত্তবর্ম্মা অকনবনে। শমু মাগী তুংদা ফম্বা পাঙ্গল মঙাল চাউবা, হেরা মনিক থাম্বা লিরুং চংখোনববু থুংশুনবা পত্তুকা অঙাংবা চরৈ অঙোবা ফিরান অমুবদা পোনবী য়াহোং য়েকপা অসিদি দ্রোনগুরু মপারি অশ্বত্থামা লানফম মহৈরকপনে। মাগী শমু তুংদা ফম্বা লোইদাম থানিংথৌগী থাজ কোঙ্গাই মানববু লিরুং থুংশুনবা ধ্বজ ফিরান য়াইদা তাংজা লিলাথৌবু য়েক্লিবা অসিদি লানফম তমথীবদা পুক্লিং মচাবু ওইরবা প্রান থরাই থাদোক্লাইদমদা লানফম মমাই ওন্দবা শোবোন পাঙ্গল মপা তাম্বনে। লাম্মী পুঙ্গং অচৌ মৈশুম্বনা মাগী লানফম য়াইদা লংনা ফমফম্নিবা লাঙ্গোই শামু তয়ানা দোলাই রথ শেম্বা

চৈরে শেকপিন অঙোবা মবছত্র মথোন ৯ শুবযু শনা চোংজেন খাম চামর লাইশম অঙোয়না কাংহাই মরেং হবা পাঙ্গল মতিক লৈবা দোলাই লেংদম তোংবা থৈবিক্কা কোঙ্গৈরিবা মদাইরেম লান্মী মীশিং থীঙমদবা পুম্মক্কা শমু মখুৎ লোল্লিবা রাংজেন পুংখৎপা তরেৎ শেনয়েবা থৈবিরুপ্ত কোয়রিবা জয়দ্রথ কোবনা শরেন য়েংলম কন্বা শকুনি মন্ত্রী লৌশিংবনা শমু ওইরম কন্বা দুসাসন য়োঙনা থৌগন হৈবনা শমু মখুৎ লোন্না থোয়মা মাংদা কন্বা নিংথৌ মতিক লৈবা থৈবিক্কা শনা মখোংখাদা নোল্লবা লোইদাম পানিংথৌগুম্ লানপোৎ মঙান নাইবা অসিদি কৌরব পুম্নক্কী মবুংঙো রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেম্নে। পাঙ্গল মতিক লৈবা থৈবিক্কা মথং মথং কমফম্লিএ হায়না অসুম পাঙতাম্লে।

অর্জ্জুন কোম্লোই মপাঙতাক অড়বু নাতায়বদা উত্তর লানফম মঙয়কপনা হে বৃহনালা লৌশিংবা—ও হয়েম লানশোক্লবদি লৈখিসনো, থোংফেম লানশোক অরুবা অড়বু হায়দবসুং লান্মী মতৌ উরিইভেনা য়াওরা তুকুপ চুংনা শেংকিরে। দোলাই ইথুৎনেৎ অনিতুম হন্নোকপিও। পাঙ্গল মতিক লৈবা অমমমশিংগী পান্দম মতৌ উববু চিংঙু নোংথৌ সোয়ারেনগুম্বা মশেম্নে। পায়মা ঐগী উনুকোইহুংদা থোইনা শেংকিরক্লে। ইপন বিরাট নিংথৌ-রেনগী কাগুরেন মশনচা পুম্নকসুং লোথিরসুনো। দোলাই ইথুৎ-নেত্তুম য়াংনা হন্নোকপিয়ো হায়না হয়া হয়া পাঙমেম্লবনু, অর্জ্জুন পাঙ্গনবা শারথি শাথৌবনা পাঙরাদে। হে নিংথৌ মপারিঙ মংগী লাক্লোই শাথৌবা বৃহনালা ঐনা লহান নাওম্না ইথুঙ্গী

হৌনা অর্জ্জুন পাঙনবগী লাঙ্গোই শাথৌরকত্র। কোরৌ চুমিং কপোনোং লানফম পোক্লা থুদিংদা লানশোক শুমদনা হুনরাই থোক্লক্কে। কেত্রি থায়াং কোন্দাইরোংবা মপাল্লি মথেদি লান্নক্ক মাইথী রাবু কল্লিগী পাওমেনবনো। লামশোক মাইরোক মামা মোংমল্লবনু কোরৌ নোংথৌ কাইডনে। হুয়েন লানশোক ভরক্ক-রবসুং কোল্লোই নমিং চৎভেনে হায়না পাওমেনববু, উত্তর নাওরা মথোক্লকপদি অনৌবহুম অকি পুক্লিং চংবনা থোইরক্লবগী শমু মহকচাংবু নিক্লা দোলাই মথুনেত্তগী মাল্লেম লৈদা কুম্না হুয়েন লানচেল্লে। অর্জ্জুন পাঙনবনা হে নিংথৌ মপারিও নংবু ভাইর-খিও হায়না য়াংনা ইস্তানখিরে। চেংলৌ মিৎকুপ মক্লমদা ঙান-কংনুরবগী শমু তুংবুমনা দোলাই রথ মথক্তা ফমকর্মহল্লে। থৌরাম মতৌ ওস্তোকপা অহুবু রাজা দুর্য্যোধন মিংথৌরেন্নচিংনা লাল্মী থায়াং কোন্দাইয়োনবা পুম্নমক্লা চেংলৌ মিৎথিংলে হায়ত্র। উত্তর মিপাই কোকল্লি কাবা পুক্লিং রাইথুং নাইদরবনা হে বৃহনালা অথৌবা-ও নঙোন্দা লাঙ্গোই মোইশা য়া নুরাংববু শমু মপুম ১০, তরম নাইপুমসুং ১০০ শুনা পীগে নাওরা ঐবু থৌথাস্বিরগুমো। ইপম বিরাট লৈমাবা মপাস্নিবু নাওরা ইতোম নঙাইএ। লানকম হাপ তকমোং অসিদা থরাই উখিরেনবু করম থাদোকসে হায়মনো। ঐবু থৌমাক্লগনো হায়না পাওমেনববু বৃহনালা নৌশিংবনা হায়-গনো হে নিংথৌ মপাম্নিও পুক্লিং কল্লিগী শোংকিক্লবনো। কেত্রি অমছৎ থৌনবমা লানকম মমাই লৈরবগা নরক লৈখা ভানৈত্র। হুয়েন লামলোকবা অসিবু নংনাশোংকিরবদি লাঙ্গোই শাথৌরা-ও

ঐ হুয়েন লানশোক্লগে অসুম পাওমেল্লবদা, বিরাট নিংথৌ মপারিনা হে বৃহনালা লৌশিংবা-ও নংদি নপুংষ কৈদারেম্নে, হুয়েন করম্না লানশোক্লগে হায়বনো। তৌইগুম বৃহনালা নংবু পাঙ্গল মপা ভস্বা কনানো গুন নত্তিক থংলবগা অকি পুক্লিং লৈতনা লাঙ্গোই শাথৌগে হায়না পাওমেনববু না তারবদা অর্জ্জুন লৌশিংবনা রারম অথুপ্পা থৈবিকপু ক্লোংনা পাওতাক্রে।

হে বিরাট নিংথৌ মপারিও য়াওবা তুকুপ চুংনা শোংকিগনো। বৃহনালা ঐদি পলেম ইমা সত্তী অচুম্বী কুন্তী পাঙ্গমা লিনকোইগী পাণ্ডু পাঙ্গনবা মপারি অর্জ্জুন তেলহৈবনে হায়না পাওতাক্রবদা উত্তর নাওরা অথুবনা নংবু অর্জ্জুন তেলহৈবনে হায়রবদি নশাবি ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্নচিংনা শানৌ নচিন ননাও মরিমক্তি মকম করিগুম্বদা লৈরিবনো। দ্রৌপদী অচুম্বীসু কদাইনো হায়না পাওহংলবদা, অর্জ্জুন পাঙ্গনবনা পাওথুমখিএ। নপন বিরাট নিথৌরেনগী রাজ সভারক্তা কোল্লোই মমিং থোংবু কঙ্ক কৌনা লৈরিবদো ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্নে। ব্রাহ্মন তরা চাকথোংবা বল্লব কৌনা লৈরিবদো ভীম অকনবনে। বিবাট নিংথৌরেনগী সনা য়োইকোম্নুংদা শৈরন্ধ্রী কৌনা লৈরিবী অদুদি দ্রৌপদী অচুম্বীনে। কোল্লোই মমিংথোংবু অশ্বপাল কৌনা লৈরিবদো সহদেব লৌশিংবনে। গোপাল কোল্লোই মমিং থোংনা লৈরিবা অদুদি নকুল সনা থোমদোম্নে। মাংগী রারম হায়নবগী য়াথং মতুং ইম্না চেংলৌ মশাক ওন কোল্লোই মমিং হোংনা কোরৌ নোংলেম্নবা য়াঙ্গোই-রিবনে। হৌজিক মতম অনিলৈদা য়াথং মশীং লাক্লা য়েংলুবরু

মতম্ শীংথা হেনখিরে। মরম অচুম্বীবু হয়েন লানশোক লাক্কপনে হায়না পাওমেম্লবদা, তৌইগীদি অর্জ্জুন কোল্লোই নমিং থোং ১০মক্তো শুনা হায়বিয়ো অস্তুম পাওতাক্লবদা; কে নিংথৌ মপাক্লিও কোল্লোহ ইমিংথোং অমদি অর্জ্জুন ও কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি কৃষ্ণ-ও কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি পার্থিবা -ও কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি দেবদত্ত কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি ধনঞ্জয়-ও কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি শৈবসাজি-ও কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি ফাল্গুনী-ও থোম্নয়ে। কোল্লোই মিংথোং অমদি কীর্ত্তি-ও কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং অমদি গাণ্ডিবধর তৌনা কৌএ। কোল্লোই ইমিংথোং ১০মক্তি অসিনে। অস্তুম পাওতাক্লবদা উত্তর লৌশিংবনা অনৌবা হুম্না হুন্না পাওহংখিএ। কোল্লোই নমিংথোং ১০মক্কী মিংলেন মতিক হায়বিয়ু হায়রবদা, পম্মোইপা শাংমবা পল্লেম পোকমবীগা অনিমক্না থোনবদি অর্জ্জুন কৌএ। কৃষ্ণ লাইনিংথৌগা পাথৌ লম্লোই ওই-রুবগী কৃষ্ণা কৌএ। কুবের ললনিংথৌ থোইমোম লনৈগী মপুবু লানশোক ঐনা ভুম্বুগী ধন লনয়াম থোম্লকএ ধনঞ্জয়-ও কৌএ সত্য বাচুম্ শুএ হায়বগী শৈসবাজি-ও থোন্নেএ। পশুপতি অথোইবনা লানফম ইথুংত্ত পুষ্যা অথোববু পীনৈএ হায়বগী পুষ্যাও কৌএ। লানফম্ শোক্লা খুদিংদা থোইমা ইমাই ওন্না হুয়েন লাম্মোং কাইববু ম্লোনরক্কে হায়বগী কোল্লোই ইমিংথোংবু পার্থিবা থোন্নেএ। তাংজ ঐগী লুয়েন ত্তোনবু বাইরা কনাগুম্বগী মত্তেনচানা ককৃথংগুমদে হায়বগী কীর্ত্তি-ও কৌএ। ত্তোংজেং কাইনৌ থৱানুমিচাক উত্তর

ফাল্গুনীনা পাল্লিডৈদা নাওনৌএ হায়বগী ফাল্গুনী-ও থোরৈএ। দেবদত্ত কৌবা শঙ্খ মাঙবুং থোংএ হায়বগী দেবদত্ত-ও কৌএ। গাণ্ডিব লিরুং য়াইওইববু খুৎশুনয়ে হায়বগী গাণ্ডিবধর-ও কৌএ হায়না কোল্লোই মমিংথোং তরামকপু গুণ মতিক হায়না পাও-তাক্লবদা উত্তর লৌশিং মতম্নকপনা পুক্নিং হরাও থোইনা পাও-মেল্লকএ। হে অর্জ্জুন পাঙ্গনবা-ও কোল্লোই নংগী য়াথং তানা অকি পুক্নিং কোক্কে। শমু তুংবুম্নবা অসিবু লৌথোকপীরো হায়না পাওমেল্লবগী অর্জ্জুন তেলহৈবনা পরৈ লানৃশা পুনববু লৌথোক-পিরবগা, বিরাট নিংথৌ মপারি উত্তর লৌশিংবদি মাল্লেম লৈদা তাবা চৈশুগুম্ হকচাং লৈদা পক্লা পুরুম্নবগা শুংঙাই মরাং কাঙ্গনা দোলাই রথ মথক্তা তোংখৎলে হায়দবরা ভারতয়ারি শুংঙাইবা লানফম মতৌ ওন্থোকপা অসিবু না তারবগা কলি হাকথক অসিগী পাপ অরাম্বব কোকতৈনে। চৌংশু লাঙবক ফবা পুক্নিং চাঙফবা শিংও তাংজ নরৈতোন্দা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোম্না না তাবিও।

য়ারম অসি মতুংগী অর্জ্জুন উত্তর অনিমক্তি হুয়েন লানফম অচৌবা মতিক পান্দম লৈতবা অসিদা থোয়মা ইমাই ওল্লগনুসে হায়না য়া তাম্নরবগা অর্জ্জুন পাঙ্গলবনা দোলাই রথ থক্তা তোং-খৎলে। উত্তর মথোক্লকপনা শারথি শাথৌববু ওইরে। মতৌ অসুম ওন্নতৈনববু দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্নচিংনা লাম্মী থায়াং কোন্দাই-রোনবা পুম্নমক্তি চেংলৌ মিংথিৎলবগা য়ুনবী পুক্নিং ঙক্লা পাও-মেন্নরে। দোলাই রথ তোংবনা থরাই মিরেন পাইনা হুয়েন লাঞ্জেল্লবদা শারথি শাথৌবনা য়াংনা তানফ'লুরবগা পাঙ্গন

খুৎঙমথানা কারুরবগা দোলাই রথ থক্তা অমরক হৣন্না কমকমহল্লে হায়না মীনোক খোনমান্নবা পাওমেন্নরিবৈঙে ভীষ্ম দ্রোন অনিমক্না র্‌নবী পুক্নিং কপ্পা নিংথনৃখিএ। শমু মহকচাংবু নপুংষ কৈদারেনবু ওইবনা হৣয়েন লাঞ্জংলেন ওইনা দোলাই রথ তোংবনা থরাই মিরেন পাইনা হৣয়েন লাঞ্জেনখিরবদা শমু খুৎঙমথীনা কারক্র্‌বা অসিগী মতৌ শাইওনবা অসিবু পাঙ্গলমতিকপা কনা নম্নিগদবনো। অস্তুম নিংথন্নরিবৈঙদা দ্রোন গুরু খোইখোইবনা হে ভীষ্ম পাঙ্গনবা-ও হৌজিক মতম অসিদা দোলাই রথ অমত্তবু তোংনা মতিক পুন্নুং অচৌ মৈগুষ্বা ঐখোইগী ইমাং শংশংবদা চংলকপদি কনাগুম্বনো? ঈন্দ্র সোয়ারেন্নচিংনা কুবের লন্নিংথৌ বরুন নোংলাই অহেনবা, ব্রহ্মা, বিষ্ণু গন্ধর্ব্ব নিংথৌরেন মখোই অসি থৈবিরুস্নুং চেলক ঙম্লোই। তোইগুম অর্জ্জুন রাইরা তেলহৈবগা মহাদেব লাইনিং-থৌগা অনিমক্তুম ঙমৃবৈঙেনে। বিরাট সনা মরৈপাক্তা চরৈ ফিশেৎ ওন্না লৈরিবৈঙেনে। বিরাট মনিংথৌদি সনা মরৈবাক্তী মাইকৈ থা থংবা সুশর্ম্মা নিংথৌ মরাম্নোংদা লৈরৈবৈঙেনে। বিরাট মরৈবাক্তা লাম্নী মীপুম্নবু কৈক্তেবগা উত্তর মতোম্নদাঙাইরবগী অর্জ্জুন তেলহৈববু শারথি শাথৌনরকৃপনরিবৈঙেনে হায়না নিংথন্নথিএ। লহান নোংগী হৌনা খোয়মা নারোম্ন্‌ংদা অরা ইশৌলাংনা লাংহৈ কুমশিং ১২ গুনা চৎলকপগী অরা মৈশা কনববু হৌজিক মতম অসিবৈঙে লুরাই ঐখোয়গী কোইরেন্‌ থক্তা হৈরবৈঙেনে। অসি কৌরৌ হুমিৎমগী হৣয়েন লানশোক্লগে তোবা অসিদি পায়মা ঐগী উনকোইহুংদা পুক্নিং অকি চংএ হায়না পাওমেনববু না তারবগা কর্ণ পাঙ্গল

মথোক্লকপনা ব্রাহ্মকএ। দ্রোন চিনগোই নয়াথং অর্জ্জুন মতিক্ক থাগৎলিবা অসিবু ব্রাহ্মম অরোকপা মাহাক্নে। তৌইগুম অর্জ্জুন তেলহৈবা মহাক্তুম লেপ্পা ওইঙমম্লনো। কোরৌ অসি ষুমিৎমদা থৱাই মমিরেনবু থম্মুং যম নিংথৌগী দ্বার মথোংজিন্দা থাদোকে। ব্রাহ্মন নংদি হুয়েন লানশোক কিববু ওইরে। লিক্লং নথুংগুবু থম্মা ষুংঙাই মরাং কাইনহুম ফমফমও হায়না পাওমেনবু না তার-বদা, দ্রোন পাঙ্গমা লৌশিং থোইবনা হেকর্ণ লান্‌ফম্ নাতাম্রক্লিবা-ও নংনা নাপন ময়াই কানা য়াথং নতিক নত্তবরু করিগী পাওমেন-বনো? ত্রিভুবন মরোল অহুম্মক্রা পাঙ্গল ঙমফদবা অর্জ্জুন তেলহৈবনি। থৱাই নিংশা-পাল্লিবা থৈবিক্রা মাগা হুয়েন লান-শোক মমাং থাঙ্ঙমদে। কর্ণ নথোক্লকপা নংদি পাঙ্গল কনাগুম্বতবু লানশোক নংনা ঙমজরুবগী য়াথং নাপলরা'না পাওমেনবনো। অর্জ্জুন পাঙ্গল মপাতাম্বা থোইমোম লাইরুপ পুম্নমকপু হুয়েন লানশোক্ চমলুবগী ধন লনয়াম থোম্লকএ। থোইমোম মহাবলী পাঙ্গনবগা ধর্ম্ম অংশ বিভীষন লৌশিংবগা অনিমকপুম্লং লানশোক মানা ঙম্মে। দেবগন্ধর্ব্ব নিংথৌরেনগী চিত্ররথ অকনবনা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনব কাহুনা পুথিহৈদা কর্ণ নথোক্লকপা নংনা থৌথাম ঙম্রদে। লাম্মী অথৌ লিচা হেল্লা ঐথোয় থিবিক্রস্তং মুনলুঙমদে। মতুম অহুহৈদা অর্জ্জুন পাঙ্গনবা মতোম্মনা চিত্ররথ পাঙ্গনবনু হুয়েন লানশোক ঙম্মুবগী দুর্য্যোধন নিংথৌরেনগী অন্না মথৈ লৈতবনু কোকপিবা নত্তবরা। কর্ণ নথোক্লকপা নংদি পাঙ্গল মপাতাম্বা কনাবু হুয়েন লানশোক ঙম্মুবনো পাওমেনুও হায়না দ্রোণ কর্ণ অনিমক্কা।

রাহৈ শাহ্দাননা অস্তুম পাণ্ডবেনরিবৈদা ভীষ্ম মকোই পাণ্ডনিংশিবনা দ্রোন কর্ণ নবিণ্ডাদি রারম অরেম্বদা চুহুং লংলাপুনুগুম্ কল্পিনী পাণ্ডবেমবনো। খোরম অমা অমা ওইরবসুং লাম্মী ঐখোয়গী মাং-ওইননা চংলকপা অসিচুম হুরেন লানশোক্লসে। অস্তুম পাণ্ডবেনবনু না তারবগা দুর্য্যোধন নিংথৌরেমা পাণ্ডবেমকএ। তৌইগুম অর্জ্জুন ভেনহৈবনু ওইরবদি কোল্লোয় য়াথং হায়না রাবু চুমিং শীংখা সুন্দরিএ, খোয়মা নারোম্নুংদা অমরক হনরাইথিও হায়না পাণ্ড-বেনসে অস্তুম রাহম্বনু ভীষ্ম কর্ণ অনিমক্কা অনৌবা পাণ্ডবেন হোরকএ। হে দুর্য্যোধন নিংথৌরেনও মতম অচুম্বগী কোল্লোই য়াথং হায়না য়াদি লোইদাম থাশিং লাক্কুরবু মতম শীংখা তুখিরে। চুমিং শীংবুম পারুরবদি কোরৌ নোংমতবু মণ্ডাইরে হায়না কৌরব লাম্মী পুন্নমক্তি মরূপ মরূপ অস্তুম রাতান্নাএ।

অর্জ্জুন ভেনহৈবনা হে উত্তর পাঙ্গল নথোক্রকপা-ও লিরুং নংগী নথুংগু অসিদি অর্জ্জুন ঐনা সন্ধান পানৃগতম্বদা থাংগোল্লোই, লিরুং থাক্তেক্লভেনে। তপ থোক্তমোম লাইনিংফম অসিদা রাইরা ঐগী ইথুংগুবু থম্লিয়ে, য়াংনা লৌরক্রুসে। শমী বৃক্ষ ক্যায়েগী পামেল উত্তোনথক্কা নোংশা থাংনৌবগা তাংজ লিলাথিগা লৈরিবা অসিবু তানা দোলাই থুনা শাথৌজিল্লো হায়না পাণ্ডবেম্নবগা চেংলো মিংকূপ মরুমদা শমীবৃক্ষ ক্যায়েগী তুল্লা উথোং থাবু তানা লাঙ্গোই থৌজিনখিবনু চেংলো মিংখিংলবগী দ্রোন গুরু থোইখোইবনা পাণ্ডবেনখিএ। পামেন উথোং তানা চৎপা অসিদি রাইরা মথুংগুবু লৌরুসে হারশানম্লিবৈভেনে। অর্জ্জুন ভেনহৈবনি

লেপ্লরে। কোবৌ অসি হুমিংমগী হুয়েন লানশোক্লগে তৌবা অসিদি পুক্লিং লাইরেক্লফয়োই হায়না পাওমেনবব্ না তারবগা কৌরব লাম্মী পুম্নমক্তি পুক্লিং অকি চংনা কনা পাউথুম্নদরে। য়াওরা তুকুপ চুংনা থোইনা শোংকিম্নরে। পার্থ অর্জ্জুন পাঙ্গন-বদি তপ করৌ লল্‌শাক্ষম পামেন উথোংথাবু য়োরবদা, হে উত্তর চেংলৌ শকোই হেনবা-ও শমীবৃক্ষ পামেন উতোন থক্তা রাইবা ইথুংশু মক্তবব্ নৈবনে য়াংনা লোথরুও হায়না পাওমেনবব্, হোইদা হে অর্জ্জুন পাঙ্গনবা-ও পামেন উতোন থক্তা নমু অমন থল্লে কুম্নবা রাংতাব্ য়াম্না নৈএ, করম লোরুশিবনো। নাওরা ঐবু বিরাট নিংথৌ মপারিনে। নিংথৌ মপারি ঐনদি অমন থল্লে কুম্নবা অতুশিংবু করম শোক্লশিবনো লোরুতম্নোই হায়না পাওথুম্নবু, অর্জ্জুন পাঙ্গনবনা অমন থল্লে কুম্নবু নত্তে অর্জ্জুন ঐগী মান্না ইশান্ ওম্লে পুক্লিং শোংকিক্লগনো রাইরা ইথুংশুদ্রম য়াংনা লোথরকও হায়না পাওমেল্লবদা, উত্তর পুক্লিং হরাও থোইনা পামেন উতোন থক্তা কাখিরে। অসাইতৈগী অমন থল্লে কুম্নবা অতুশিংবু নৈতম-দরবগী পুক্লিং হরাও থোইনা অর্জ্জুন রাইরা মথুংশু মক্তবনচিংনা লানফম ফিবোই খিবিকপু চরৈ ফিনা থুমতম্নবু লোথোক্লবগা লিরুং মথুংশু রাইরা মতেঙ্গা লানফম ফিরোই থৈবিকপু মরুপ মতা শুনা নৈতমএ। লানপোৎ খুংলাই অরুববু উরবগা উত্তর লোশিংবনা পাওমেল্লকএ। কৃষ্ণ লাইয়িংথৌগী লোইনা মপাত্তা-ও হে গুরু অথোইবা-ও রাইরা য়াইওইবা থুংশু মক্তবা লানপোৎ ফিরোই লমতানবা চেংলৌ মিংপু লংনা নিংথি পুক্লিং হুবা অসিরু

মরুপ মঙা শুইএ। পাঙল মপা তাম্বা কনা কনাগীনো? শুরু অথোইবা নংগীসুং লানপোৎ মশক করম্বনো খঙঙমদরে। লানকম ফিরোই লমঙানবা লানপোৎ খুৎশুমক্তবা অসিবু উরবগী পায়মা ঐগী উনকোইস্নুংদা থোইনা হরাওরে হায়না পাওমেল্লবগা, ধনঞ্জয় পাঙনবনা হে বিরাট নিংথৌ মপাব্রিও হেন্না মনি মানিক থিনবনা লিরুং খুৎচুম ওইবা থোংজি সনা মৈ থা'বনা লমঙানবা লোইদাম থানিংথৌগুম্বা চৈরে অঙোবনা থুম্লিবা অতুদি ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনগীনে। কোরৌ নোং শীংজ্রংগুম্বা মচু মুনা হেনবা লিরুং থোংজি তোন্দা কোরো নোংলুপান্ন ওহরিবা থাকপা নোংশীংজ্রংগুম্বগী থেঙ্গু য়াইওহবগা চৈরে অঙাংবনা য়োম্লিবা অতুদি ভীম অকনবগীনে। মালেম লৈস্না অঙাংবনা কোরি কুৎতুম ওইবা লিরুং থোংজি তোন্দা মনি মানিক থিনবা চৈরে অশংবনা য়োম্লিবা অতুদি নকুল অতোম্বগীনে। লিরুং মচুতাবু থাম্বী মৈরি মানবা লাঙ্গোই মোইশায়াগী মুক্ত তোমথিন্নবা কাইনৌ থরাম্মিচাকুম লিরুং খুৎশু হেনবা থোংজি মনিক মঙান নিংথিবা পোহাল তম্ফা য়াইরংচান্না মরেং তোমথিন্নবা নেদ থামেন চপ্পনা য়োম্লিবা অতুদি সহদেব লৌশিংবগীনে। যোইময়াই তাওদনবা স্নুমিৎ মঙান অরাবগুম তগুপ তরেং চেংলৌ মিৎপুলংবা লিরুং খুৎতুম য়াইদা মনিক মঙান অরুংবগুন্না চৌংস্নুং নোংথাং কুপকুম নিংথি ময়েক থোকপা লিরুং খোংজিতোনবু তাংজ লিল্লা থৌগুম্বা মঙান মৈরিচুদানবা অতুদি অর্জ্জুন ঐগী লানপোৎ ইথুৎশু তাইবং নোংশাপান্দা কাওব্রিবা থাণ্ডবন তপা উমংলেনবু থাম্বী মৈথারুঙৈদা চক্ময়োম্ মনিং-

থোংগী তরাও পুক্রিং পেনবিরবগী লিরুং মাংকদবা মাত্তিব মাই-ওইবা অসিবু অর্জুন ঐক্তোন্দা পীনরকএ। লিরুং নাক্তা থমিবা তেন্দোং ইনমথাং মক্তবা অতুবু মিংয়েং শানখৈও। লানপোৎ ফিরোই পুমমক্তা পাম্বা কৈগী উম্মা খুমিবা অতুদি অর্জুন ঐগী লানপোৎ ইথুংশুনে য়াংনা লোথরকও। পোৎলোই খুংশু মরি-মক্তি চরৈ ফিনা খুমমও হায়না পাওযেন্নবদা, উত্তর লৌশিংবমা শানৌ মচিন মনাও মরিমকী খুংশু য়াইওইবা মরিদি লহান মাংগী মতমশুম চরৈ ফিনা খুমায়ে। অর্জুন মথুংশু লানপোৎ ফিরোই পুমমক্তা পামেন উতোন থক্তগী লোথরক্রে।

---

## কৈদা ফিশেং হোংদোক্তুনা অর্জুন্না লানশোক্লবা

পার্থ অর্জুন তেলহৈবদি নর্মদা তীর্থ লাইজা উরিকলাইদা তিদেন থোংমাই কুমা ইরু শাস্তেংলবগা থোইমোম মত্ত লোয়া মপুংম কৈদারেনগী চকৈ মফিশেংপু হোংদোক্লবমা লহান মাংগী মতমশুম চরৈ নিংথিরবু শেংলে। তাংজা নুরেস্তোন্দা মুহপ মত্তান মাইরে। পুক্রুং মকুম্নিংপু লিংলবদা ইষ্ট গুরু অথোকইববু হুন্নবী নিংশিংলোইনা মাক্তিব লিরুং মাইওইববু শবু খুত্তা লৌরে। বিরাট

নিংথৌ মপারি উত্তর মথোক্লকপগা ভাইরোইননা দোলাই রথ থক্তা তাংখৎলবগা মাল্লং চৈরোইননা দূর্যোধন নিংথৌরেম্না লৈরিবা লানফম মাতকৈ অত্বরমদা উত্তর মথোক্লকপনা দোলাই শাথৌ-জিনখরে ।

ধনঞ্জয় পাঙ্গলবনা খোইমোম মন্ত্র শোল্না মাল্লং জুংশিংতেল অয়াংববু কাপখিরবদা, রাইরা তেনবী য়াইওইবা অত্বনা দ্রোন গুরু অথোংবগী সনা মথোংখাদা থুকম্লুরে। লাম্নী অথোইবা খৈবিক্তসুং অর্জ্জুন রাইরা মতেঞ্জানে হায়না নাকোং পাওচেল্লুরবগী দ্রোন গুরু অথোইবগা ভীষ্ম লৌশিংবগা অনিমক্না পাওমেন্নখিএ। হে ভীষ্ম লৌশিংবা-ও রাতরা তেনবী অমনা দ্রোন ঐবু থংতনুলরে অর্জ্জুন রাতর মতেঞ্জানে হায়না পাওমেল্লম্নবগা তন্না হনরাইখিরে হায়রবদা ভীষ্ম লৌশিংবনা ঐঙোন্দসু অর্জ্জুন মতেন্চানে লায়র-ম্নয়ে। অসুম পাওমেন্নরববু লানমী মশীং খীঙবদবা পুন্নমক্তসুং অর্জ্জুন লানশোক মমাইতৈদবু লাক্লে হায়না পাওমেন্নরবগা লানফম মমাই তৈদবা খৈবিকসুং লিক্লং থুত্তা পাই লানফম পুক্লিং তপ্না দোলাই রথ তোংনা নোংহাম্লে। ভীষ্ম সেনাপতি লাঞ্জিংবদি লানফম মাংওইননা লানশোক পঞ্জাও শেম্লে। দ্রোন কর্ণ অনিমক্ত-চিংনা দোলাই রথ তোংবা খৈবিকসুং লানফম মাইয়োকলেপ্লা নোংহাল্লে। জয়দ্রথ কোবনচিংনা দোলাই লেংদম তোংবা খৈবিকপু খাক্তনা দূর্য্যোধন নিংথৌরেনবু কোয়না ভাক্লে। মাল্লং চৈরোই-ননা লাম্নী মীয়াম্নক্তা তিল্লুরবগা দেবদত্ত কোবা মোইবুং য়াই ওইববু খোংলে। অর্জ্জুন তেলহৈবগী মোইবুং খোঙ্গেল তারবগা

দূর্য্যোধন নিংথৌরেনগী লাম্মী মনিন নাইবা পুন্নমকসুং মোইবুং থিনূকাম্না রাংলেন মরাংহৌনা তরেৎ মনিন নাইরে। লানকম কোরো নোংলাওখোনগুম্বা অচুবু উরবগী অর্জ্জুন উনূকোইসুংদা শুম্না ওন্না নিংখনখিএ। পাঙ্গল মত্তিক লৈবা অমমমশিংগী মতৌ পান্দম য়েংবদা চিংঙু নোংথৌ সোরারেনগুম্বা মশেন্নে। অর্জ্জুন ঐদি মথং মথং হুয়েন লানশোক্লগুন্নোই। তৌইগুম মত্তিক সোরারেনগুম্বা অসিশিংবু হুয়েন লানশোক ভুমজরবসুং মহৈ কনা লৈতে হায়না নিংখল্লবগী বিরাট নিংথৌ মপারিদা রাহমখিএ। হে উত্তর শারথি শাথোবা–ও য়াওরা তুগুপ চুংনা শোংকিগুনো পাঙ্গল মত্তিক লৈবা থৈবিকপু থাক্তনা হুযেন লান্দানূশিল্লকপা অসিশিংবু থোংকেন লানশোক্লবদি মহৈ কনা লৈরুদে। লানকম য়াইদা লৈবা চরৈ অঙোবনা ধ্বজ ফিরান ওইবা চরৈ শেকপিন অঙোববু থাল্লিবা দোলাই রথ মক্তববু শমু থোংওইনবা মত্তিক সোরারেনগুম্বা পাঙ্গল মথৌ লৈবগুম্না মানা কোয়না ঙাক্লিবা শরেন ঐগী য়েংলম লৈবা দূর্য্যোধন নিংথৌরেন অসিবু শমু থুংঙমথিনা কাগে। লাঙ্গোই থুনা শাথৌজিল্লো হায়না পাও মেল্লবদা দূর্য্যোধন নিংথৌরেনবু তম্না থমগোন নোংলৈ রাংগুম লাঙ্গোই শাথৌজিনখিরে।

গঙ্গা সত্তী অচুম্বা মপান্নি ভীষ্ম পাঙ্গনবনা রাইরা ভেনূবী পনূওইননা কোযঙন্নবদা অর্জ্জুন লানকম মমাই লৈদবনা হুয়েন লানূতানূচিনূখিবদা য়াওরো শানিংথৌ নোংশা থাংনৌবনা থোয়্যা নাপীরকী লাঙ্গোই মোইশায়াবু শমু চংনা কাগে ভানশিনখিবা

অহুগুম্মে। মত্তৌ অহু উরবগী দ্রোন গুরু থোইখোইবনা ভীষ্ম খৌশিংবা-ও অর্জ্জুন পাঙ্গনবনা দূর্য্যোধন নিংথৌরেনবু হুয়েন লানতানশিল্লকপা অসিদি গরুরচেক নিংথৌনা তাংজ লিলা নিংথৌ আনস্তবস্তু তোক্লেন লিশিং পানববু লিলা চঙনা রাইগে ত্তানশিল্লকপা অহুগুম্মে হায়না পাওমেনঙমএ। কপ্পাও মথৈ কৈতনা মাল্লং নোংলৈ য়াংগুম হুয়েন লানতানশিল্লক্লে। হৌজিক মতম অসিভৈদদি দোলাই রথ অমত্তনদি লানশোক মায়োক য়ানা কনা লেপঙমগদবনো। লাম্মী ঐখোই খিবিক্লা লানশোক মাইয়োক য়ানা দূর্য্যোধন নিংথৌরেনবু ঙাকস্নিনসে হায়না পাও-মেল্লবদা ভীষ্ম পাঙ্গনবনচিংনা দোলাই রথ তোংবা খৈবিক্লা দূর্য্যোধন নিংথৌরেনবু কোয়না ঙাক্লে। ভীষ্ম পুন্নুং অচৌ মৈকুম্বনচিংনা দ্রোন পাঙ্গনবা কর্ণ মথোক্লকপা বৃহনতুন অথৌবা জয়দ্রথ অকনবা ভগদত্ত লানফম মমাই লৈদবা কৃপা মথোক্লকপা কীর্ত্তব্রহ্ম লৌশিংবা অশ্বথমা পাঙ্গনবস্নুং শোকুনি শৌবোন লানফম থোইনা পুক্লিং তপ্পা অনিমক্কা বালভৌম অথৌবা, শানল্ রূনবি পুক্লিং তপ্পগা মখোই অসি খৈবিক্লা ধনঞ্জয় পাঙ্গনবা অর্জ্জুন তেলহৈবগা থোংক্লেন মাইয়োক য়ানা কোঈররে। কোরৌ নোংলাওখোনগুম হুয়েন লানশোক্লরে পাঙ্গল মত্তিক লৈবা খৈবিক্কা রাইরা মতেন্চানা ইনলেন চাও কোই উপকুম অর্জ্জুন লুরাইরেনথক্তা উপ্পা কাপ্লে। লোইদাম বর্ষা নোংজুথাগী নোংলেন মথোঙ কুয়না চুবগুম রাইরা তেম্বা কুংলে। থৌছু জুংগী মুক তেৎনৌ য়োৎকিস্নুকা রাইরা কেনত্তিন থাজ কোক্লাই মানবা তেনবী কৌত্তাং কোন্‌মানবা রাইরা শন-

কোকথাং শাবসুং গন্ধর্ব্ব গুজ্র কৌবা রাইরা, থোইনা থৌবসুং খুৎশু মতিক লৈবা অসি খৈবিকপু য়াওনা ধনঞ্জয় পাঙ্গলবনু কোয়না কাপ্লে। খুৎলাই মতিক লৈবা খৈবিকপু কাপ্লবদা পাঙ্গু পাঙ্গনবা মপারি লানফম তমখিবদা চকমোম খাম্বী মৈতাল অরাবগুম লানশোক মমাই লৈদবা ধনঞ্জয় অথৌবনা গাণ্ডিব লিরুং য়াইওইবনু লিরি কয়া শিংলে। তেনবী মক্তুবনু রাইরা তেঙ্গা থোংলে, সন্ধান পানগা তম্না নিংথৌ লৈবা খৈবিক্তা য়াম্না কাপ্লে। লৈচিন সিফা উপকুম লাম্মী পুম্নমক উপ্পা তেনবী নোং চুমরে। অর্জ্জুন দোলাই মখুৎনেৎপু লৈনা লৈনা হুয়েন লানশোক্লবদি নোংলেন মরাং হৌবদা চীংঙুং নোংথাং কুপকুম্মে। চীংঙু ঈন্দ্র সোরারেম্না পীনবা অর্জ্জুন রাইরা মখুৎশু মক্তুবনু সনা তেম্মোংঙুংগী লৌরিভৈদি তেনবী অমত্তবু মওইএ। লিরি তেঙ্গা থোংলবগা রাইরা ১০ শুইএ। সন্ধান পানগা তম্না কাপখিরবদি তেনবী ১০০ থোকএ শমু মহাক্তা পাল্লুরবগা রাইরা লিশিং শুনা পাল্লুইএ হায়দবরা। খুৎশু মতিক লৈবা তেনবী অথৌবা অসিবু মাইকৈ মথোং ভরামকপু ফাওনা রাইরা তেন রাইরে। ভীষ্ম, কর্ণ, বৃহনতুন, ভগদত্ত, কৃপা কীর্ত্তব্রহ্ম, অশ্বত্থামা মথোই অসি খৈবিক্তি রাইরা তেম্বা কুংলবগী শমু হকচাং নিক্লে। অর্জ্জুন পাঙ্গল মপা তাম্বসী লানশোক মৈশা কনবদা লাম্মী কনাগুম্বা লানফম পুক্লিং তপঙমগবনো। লানশোক থোইনা থৌবা থোংকেন মাইয়োক য়ানা দোলাই লেংদম ভোংবা খৈবিক্তো শারখি শাপৌবসুং য়াওনা তেনখুনু ঈঙাং লিঙ্গরকপনা

হকচাং পুন্না চোৎলে। লানফম মতৌ করম্বু লৈতরে। লাম্মী অথৌ লিচা হেপ্পা পুন্নমক্না অর্জ্জুন মাগয়োক লেপত্তমদরে। পার্থ লান শোক চৈরংত্তবনা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনবু শমু থুংনা ফংনা ফাগে হায়না তানশিনখরে।

কৌরব লাম্মী পুন্নমক্কী মবুংঙো দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্না অর্জ্জুন লানশোক মাইথোক্না লেপ্পরে। পাঙ্গল মপা তাম্বা অনিমক্তি লাইজা ঈহুন অনি মাইয়োক্নবগুম থোইনা হুযেন লানশোক্নরে। দুর্য্যোধন নিংথৌরেনগী রাহরা মতেঙ্গানা অর্জ্জুন লুরাই কোইরেন্নক্তা তেনবী নোংচুনরে। অতুম্ মদোমদে। খাম্বী মৈগী তেনবু অনৌবা রাইরা তেনরাই হোরক্লে। অর্জ্জুন রাইরা মতেঙ্গা কোরৌ ফেলচু তেন্না মুৎহল্লে। দুর্য্যোধন রাহরা মথুৎশু তাংজা লিনগী তেন্না কাপ্পকপম্লুং অর্জ্জুন মতেঙ্গা পোম্বী গরুর তেন্না মাংহল্লে। দুর্য্যোধন নিংথৌ-রেন্না রাইরা মথুৎশু কাপ্পা খৈবিকপু শূন্য অতিংঙাদা তেনবী লেম্না মাঙববু উরবগা পুক্নিং চাওথোইনা তেনবী কৌতাংগোল শাবখু রাইবা তেনরাইরক্লে। অর্জ্জুন রাইরা মথুৎশু তেনবী শমকোক থাং শমু হকচাং য়োহন্দনা শূন্য অতিংঙাদা ককৃথৎলে। দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্না রাইরা ফেন্তিন শাববু তেনরাইরক্লে। অর্জ্জুন মথুৎশু থা মচেৎ শাবনা কাপথেক্লে। লানশোক মতৌ অসুম্না দুর্য্যোধন নিংথৌরেনগী রাইরা তেনয়াম কাপ্পকপা খৈবিকপু অর্জ্জুন রাইরা মথুৎশুনা মাংহল্লে। চীংঙ্‌ নোংথৌ সোরারেন্না পীনবা অর্জ্জুন রাইরা মথুৎশুরা দুর্য্যোধন লিরুং মথুৎশুবু মতুপ মতুপ ককথুংলে। থবক্ত ফিরার লমডানবা মনা শেকপিন অভোবম্লুং

কাপথেক্লে। শারখি শাথোবগী তাংজ লুরেন তোনসুং থাজা কোজাই শাবনা কাপথেক্লে। রাইরা তেনবী ১০ দংনা দুর্য্যোধন লাজোই মথুংনেং শমু ১০ মকী তাংজা লুরেন তোনসুং কাপথংলবগী দুর্য্যোধন নিংথৌরেল্দি তাংজ ইকাই খোইনা খোংমী ময়োং চুংহন্ লোইগুম মাল্লেম নৈদা কুম্রে। মতৌ অত উরবগা দুসাসন পাজনবনা লানশোক মাইয়োক রানা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনবু ঙাকে হায়না চংলক্লে। অর্জ্জুন মাইয়োক্লনা শোক্লরে। দুর্য্যোধন নিংথৌরেল্দি ভীষ্ম লাক্লিংবগী নাক্তা চংনা শাম্বুপ্রুরে।

তাইবং নোংশাপাল্দা মাংদনা য়াইকরিবা গাণ্ডিব লিরুং য়াই ঙইববু শমু থুত্তা শুবা অর্জ্জুন পাজনবগা লানশোক মায়োক য়ানা লেপঙমদরে দুসাসন পাজনববু চেংলৌ মিংথিংলবগা অর্জ্জুন রাইরা তেন পুন্নমক্লা শারখি শাথোবগী তাংজা লুরেনতোনবু ককথংলবগী দুসাসন থরাই মীরেন পাইনা হয়েন লাজেনথোক-খিরে। অর্জ্জুন পাজনবদি রাহু শরাই থৌনা লোইদাম থাজ পাখংববু থাজ পুন্না য়োংকে তানশিল্লকপাতুগুম্ববু দুর্য্যোধন নিংথৌ-রেনবু ঙাগে হায়না তানশিল্লক্লে। ভীষ্ম সেনাপতী লাক্লিংবনা চেংলৌ মিংথিংলবগী লিরুং থুত্তা পাঙীনা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনবু ঙাকে হায়বগী অর্জ্জুন মাইয়োক য়ানা শোক্লখিএ। পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবগী রাইরা মতেঙানা ভীষ্ম শমু মহকচাং পুন্নমকপু রক্ত ঈঙাং চেয়া রাইরা তেনবানহল্লে। গঙ্গা সতী অচুম্বী মপারি ভীষ্ম পাজনবদি তেনবান অনা থাংলবগা রাইরা মথুংত্ত মক্তববু

কাপ্লকপস্নং অর্জ্জুন রাইরা মতেঙ্গানা ককথংলে। অর্জুন য়াই-ক্ষবনা পুক্লিং কঙ্গাও থোইনা রাইরা মথুৎশুবু তেনবী নোংচুননা কাপ্লবগী ভীষ্ম লাঙ্গিংবদি অমল থৱ্রে কুপ্লবগুম্ তাংজা ইকাই থোইনা হুয়েন লাঙ্গেনৃখিরবদা দ্রোন পাঙ্গনবনা অর্জ্জুন মাইয়োক য়ানা শোক্লরে। ভরদ্বাজ মুনি মপারি দ্রোন রাইরা মতেঙ্গাবু য়াম্না কাপ্লবগী তেনবী নোংচুনরে। কুন্তি পায়মা লিনকোইগী অর্জ্জুন রাইরা মতেঙ্গানা শমু মহকচাংবু য়োইহন্দনা কোরৌ নোংখাংমদা কাপথেক্লবগী দ্রোন পুক্লিং অকি চংনা হুয়েন লাঙ্গেন-খিরে। নাপা কোম্বোং লমদা নাওনৌবা কর্ণ লিশু হৈবনা হুয়েন লানশোক্লগে হায়না অর্জ্জুন মাইয়োক য়ানা চংলক্লে। খোইমোম পরশুরাম থোইখোইবনা তম্বিবা কর্ণ মথুৎশু থৈবিকপু মাংওইননা কাপ্লক্লবগী কোরৌ নোংলোনথুম লৈচিন শিক্ষা উপক্রম মাইকৈ মথোং খিংনা তেনবী নোংচুনরে। তাইবং নোংশাপান্দা লাওনা য়াইকা মথোই তোংলিবা অর্জ্জুন পাঙ্গনবনা দোলাই রথ অমতবু তোংনা লানশোক মতৌ ওম্বোকপা লানকম মতিক অচৌববু পুক্লিং অকি লৈতনা খাংলবগা রাইরা মতেঙ্গা মকুবনা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনগী লাম্মী মীশিং থাঙমদবা পুম্নমক্কী রাইরা মতেঙ্গা কাপ্লকপা থৈবিকপু শমু হকচাং য়োইহন্দনা কোরৌ নোংখাংমদা কাপথেক্লে। পার্থ অর্জ্জুন পাঙ্গল মতোম্না লাম্মী লিশিংমগী পাঙ্গল মতিক খোক্লা হুয়েন লানশোক্লরে। পাঙ্গল কনাগুম্বা অমত্তনা লানশোক মমাং থাংকদে। কর্ণ মথোক্লকপদি রাইরা তেনয়াম পাল্লবগা শমুহকচাং নিক্লা হুয়েন লাঙ্গেনথোকৃখিরে।

মতৌ অক্ত উরবগী কৃপ লানফম মহৈরকপনা কপ্পাও মখৈ লৈতনা শোক্লরে। লানফম খুৎলাই মশীং শুনা কাপ্লরে। রাইরা তেনবী কৌতাংকোন্ শাবা, রাইরা ফেত্তিন শাবা, থাজ্বা কোঙ্গাহ মানবা তেৎনৌ য়োৎকিশুক পত্রিপ খুৎশু অথোবা গদা থেঙ্গু য়াইওইবনচিংনা অর্জ্জুন থক্তা কাপ্লে। অর্জ্জুন পাঙ্গনবন্নুং লানশোক হেলা থৌওইদা মীনোক খোঙ্গেল রাংনা রাইরা শমকোকথাং শাবনা কোরৌ নোংথাং লমতুপমদা কাপথেক্লে। কৃপ পাঙ্গনবনা খুৎশু মানা থংজবা খুৎলাই মশীং অয়াম্ববু অর্জ্জুন মাইয়োক য়ানা কাপ্লকএ। পাঙ্গল মডাল চাওবা পার্থ ডমফদবগা রাইরা মখুৎশু মশেল কাপথেক্লরে। অনৌবা অর্জ্জুন য়াইবী কলহৌনিক লানশোক কপ্পাও থোইনা রাইরা মখুৎশু মক্তবনা কৃপ লৌশিং হৈববু রাইরা তেনবাল্লবগী মিরেন থাবু থৈনা হুয়েন লাঙ্গেনথোকখিরে। কীর্ত্তিব্রহ্ম অকনবনা অনৌ হুয়েন লান্থানশিল্লকএ। খোংফেন লানশোক অথোবনা অর্জ্জুন মাইয়োক য়ানা শোক্লরে। মতিক পান্দম লৈতে। গন্ধর্ব্ব শুভ্র কৌবা খুৎশু অথোবনচিংনা মায়া খুৎশু তেন অয়াম্ববু অর্জ্জুন লুরাই কোইরেন থক্তা নোংলেন ঈহৈথশুম তেনরাইরে। অর্জ্জুন লানফম থৌওইদবনা লাল্মী মতিক লৈবা থৈবিকপু লানশোক মমাই ওল্দনা মতোম থাংএ। লানফম লাইজা ঈহৈথশুম্বা অদুবু তিল থোইদিং মথাই মরুমদবু অন্না পোথা নাইদনা হুয়েন লানশোক্লরে। হুকচাং হুমাং লোকয়ি হৌরে। মতৌ পান্দম অমদি তিনবী লুন্নাইদবা হয়িংখোইনাওরোই লাংবন কৌজেং চোংবীচা রাহি,

মুহুর হাওরো ককচেং থোইয়া পুম্নমক্তা সমুদ্র লাইজ্ঞা ঈরেন-পুংদা মতোম মত্তোম নোংমনবত্তগুম্ববু অৰ্জ্জুন পাঙ্গনবগী লানশোক সমুদ্র ঈরেনপুংগুম্বদা দুর্য্যোধন নিংথৌরেম্নচিংনা নিংথৌ পাঙ্গল মতিক লৈবা থৈবিকসুং অমল থৗম্ন কুম্নবগুম তাংক্তা ইকাই নংএ। কীর্ত্তব্রহ্ম অথৌবসুং অর্জ্জুন মমাং থাংডমদনা হুয়েন লাঙ্গেনখিরে। অশ্বথামা লানফম মহৈরকপনা মিৎয়েং শানথৈরবগী পুক্লিং কঞ্জাও থোক্তনা অর্জ্জুন মাইয়োক্লনা তানচিনখিরে। পার্থ লুরাই কোইরেন থক্তা তেনবী নোংচুনরে। অশ্বথামা লিশু হৈবনা থুংশু মানা থংজবা থৈবিকপু থাক্তনা অর্জ্জুন থক্তা কাপ্লে। পার্থ পাঙ্গনবদি গাণ্ডিবা য়াইওইবগী লিরুং থাংতপ পাঙ্গনা রাইক্লা তেনবী মক্তৎা অনিদংবু লিরি তেঙ্গা থোং সন্ধান্ পান্গা তম্না রাইরা তেনগী লাংবু মতুপ মতুপ ককথংলে। লানশোক মমাই লৈদবা অনিমক্তো লোইদাম থাজা লাংহৈগুম মচা নিক্লা থুংশু থোইনা পাম্নম হৈএ। রাইরা মতেঞ্জাবু শমু হকচাং য়োং-ছন্দনা থাংলবগা থাম্বী মৈগী তেনবু রাইরা তেনরাইনরে। অস্ত্র হুয়েন লাংনশোক্লরিডৈদা নিংথৌ পাঙ্গল মতিক লৈবা থৈবিক্লা অশ্বথামা পাঙ্গলববু হে সাধু য়াইফবা-ও হায়না পাওশোম্নৈএ। দ্রোন গুরু মপাম্নি অশ্বথামা পাঙ্গনবনা অর্জ্জুন লানশোক অথোইববু থাংদে। কৌরব লাম্নী পুম্নমক্তা অশ্বথামা পাঙ্গল মতিক থাযৎপবু পার্থ অকনবনা উরবগা অর্জ্জুন য়াইবী কলহৌনিক তিল্লাং থোইশ্নাওনা কোরৌ ফেনচু তেনবু কাপ্নবগী থাম্বী মৈবী তেনবু মুংহল্লবদা অশ্বথামা পাঙ্গনবনা থাক্লা থুংশু তেন অরাফবু

ফুইনা রাইরা তেনরাইনরে। পাণ্ডু পাঙনবগী মপারি অর্জ্জুন মপা তাম্বনা মায়া খুংগু তেন অয়াম্ববু ককথেক্লে। অশ্বথামা অথোবদি রাইরা তেম্পোং তিংলবগী লানফম মথৌ করম্ববু লৈতনা খোরমা মমাই লৈরবদা, ভগদত্ত নিংথৌ পাঙনবনা অর্জ্জুন মাঙ্গৈয়োক য়াগে হায়না চংলক্লে। খুংগু মথৌ লৈবা খৈবিকপু অর্জ্জুন থক্লা কাপএ। লানফম পুন্নুং অচৌ মৈগুম্বদা লানশোক গুমফদবা পার্থ অকনবনা থাজ কোঙ্গোই মানববু রাইরা তেনরাইরক্লে। ভগদত্ত পাঙনবগী লিরুং মখুংগুবু ককথংলে। নিংথৌ সনা মহকচাংদস্থু রাইরা তেনবাল্লবগা তেনথুন ঈণ্ডাং শিন্থ-রকপবু কোরৌ ফেনচুনবদা মাল্লেম লৈচেং অণ্ডাংবনা চেস্থরক-পাস্থগুমএ। ভগদত্ত পাঙনবদি হকচাং ঈণ্ডাং চেল্লবস্থং লানফম মমাই ওন্দনা তেনবী কৌতাঙ্গোল শাবা অমনা অর্জ্জুন মহকচাং ম্লা কাপথিববু পুগুং মফুরিংতা পাল্লুইএ। শমু মহকচাং য়োইন্দনা রাইরা মথল্লা থকথোকখিএ। তেনবী অরেম্ববু ওইনা মমাংলে। ভগদত্ত রাইরা মতেঞ্জা য়াম্না কাপ্লকপা খৈবিকপু নেম্বী শীংনাং পৈগুম কাপথেক্লে। অর্জ্জুন মতেন অনিদংনা ভগদত্ত শমু মহক-চাংদা পাল্লবগী হয়েন লাক্লেনখিরে। বৃহনস্থন অথৌবনা রাইরা খুত্তা গুনা চংশিল্লক্লে। পাঙ্গল মপা তাম্বা অনিমক্তি থোইনা হয়েন লানশোক্লরে। রাইরা তেনবী নোংচুননা কাপ্লরে। লানফম শোক্লহৈবা অনিমক্তো মথৌ পান্দম লৈতে। হকচাং থাম্বী মৈতাল অয়াবগুম থোইনা শোক্লরে। মতিক থোইনা চংথোনবা ধনঞ্জয় পাঙনবনা বৃহনস্থন রাইরা মতেঞ্জা লিরুং মখুংগুবু ককথংলে।

শমু মহকচাংদস্থ ফাওনা প স্লবগী খোংকেন মায়োক য়াঙমদনা ছুয়েন লাংঙ্গনখিরে। অর্জ্জুন পাঙ্গনবনা মালং চৈরোইনবা ছুয়েন লাস্তানচিনখিরে। অর্জ্জুন পাঙ্গল মথৌ লংতে। রাইরা মথুংশুবু রাক্তে। তেম্পোং ময়েং তাদে। তেনবী মানা কাপখিবা মরস্থ সনা তেম্পোংস্থংদা তন্না তন্না মথোকএ। পাঙ্গল মপা তম্বা থৈবিকপু অর্জ্জুন মমাং খাংদনা লানফম্ মমাই ওলহল্লে হায়দবরা। জয়দ্রথ অকনবনা লিরুং খুত্তা শুনা ছুয়েন লান-শোরুবস্থং অর্জ্জুন মমাং খাংদনা চেনৃথোকখিরে।

দুর্য্যোধন নিংথৌরেম্পি তাইবং নোংশাপাম্পা লানৃফম মাঙ্গৈপাক রাবু থোইনা পাম্বনিগীনা থরাই মমিরেনবু শিম্ভ্রিবা মখৈদি বিরাট লৈমাবগী কাওরেন শস্থু পুম্নকপু কদৌনোং থাদোকপিররোই পাঙ্গল ঐনা শুম্নবস্থং লানফম শুমদরিবগুম মরৈরিএ। হে থোইমোম লেংনা তিনবশিংও নংথোই মিৎয়েং শানথৈও, পাঙ্গল মতিক লৈবা থৈবিকপু ইতোম করম ছুয়েন লানশোরুখিবনো। থরাই মমিরেম্পি মাংহল্লোই থোম্লেন তুম-গুল্লস্থনো হায়ন অর্জ্জুন রাইরা মতেঙ্গা চিংঙ নোংপোক মহা দেবনা পীনবা থোম্লেন্ তুম্গন্ তেনবু রাইরা তেনরাইরবগী দুর্য্যোধন নিংথৌরেম্নচিংনা দোলাই থোঙমী পুম্নমক্তি উনৃবী নিংশিং লৈতনা অমল খম্লে কুম্নবগুম থোম্লেন্ তুমগুল্লে। লাঙ্গোই শগোল শামু পুম্নমকস্থং দুর্য্যোধন নিংথৌরেনগী লানৃফম তেঙ্গোরুংদা লৈরিবা থৈবিকপু থাক্তনা থোম্লেন তুমগল্লববু উরবগী, বিরাট নিংথৌ মপাম্নি উত্তর শাম্নখি শাথৌবনা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনবু

মুরক কাংতৈ থি খৌনাও লোম্বোক লেনগে হায়বগী থাংশাং খুত্তা শুনা চংখিববু চেংলৌ মিংথিংলবগী অর্জ্জুন লৌশিংবনা হে উত্তর নাওরা অথুবা-ও শাগে এগী মচেং পাচামা সম্বন্ধ খুড়াইরেন অচেৎপা মশেন্নে তাংজ্জা এঃখাইগী লুরেন তোনবু ক্রম কমগে হায়বনো। থৌরম অরানবা অসুম্ববু নাওরা অপিচা লংগুম্বনা তাংজ্জা ইকাইদনা করিগী শংলৌ থৌরাংলকপনো। হুংঙোই কোম্বিং সুরাবীনা তাংজ্জা শিলগী মমাংদা মতোম চোং-জবগুম, য়াওরো শতুং লৌচাওবনা শারেন নোংশা মমাংদা হরাও-জবাহুগুম কোল্লোই ইয়াথংহুম নাতা-ও। রাইরা মখোইগী মতেঙ্গা মথুংশু লানফম পোংলোই পুম্নমক অসিবু থাম্বী মৈদা ইক্সে য়াংনা লিরুং লৌরুও হায়না পাওমেল্লবদা অর্জ্জুন তেলহৈবনা জ্ঞান যোগ অথোইববু তৌনা থাম্বী মৈ হৌগৎলে। বিরাট নিংথৌ মপারিনা লানফম খুংশু অয়াম্ববু লৌরুরবগা থাম্বী মৈদা ইক্লে।

অর্জ্জুন পাঙ্গনবনা হে নাওরা অথুবা-ও নমোম উত্তরা অহেবীনা খোইমোম লাইফদিবী শাম্নগে হায়না পাওমেঞ্জরকপদা পুক্লিং থাকাওগনো। দুর্য্যোধন নিংথৌরেনগী সনা কোকনম নিংথিবা লানপোং ফিরোই লমঙানবা পুম্নমক্তি পুজেমসে হায়না পাও-মেল্লবগা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনগী লানফম ফিরোই পুম্নমক্তি থাম্বী মৈদা ইকনা পুরক্লে। কৌরব লাম্নী পুম্নমকপু থৌরম অসুম তৌনা হুয়েন লানশোক ঙম্লবদা উত্তর শাথৌববু চাইরোইনমা কাওরেন শক্ষু পুম্নমকপু অর্জ্জুন মাংদা শানা হোইরক্লে। শঙ্খ খোইবুং খোঞ্জেল তানা কাওরেন শনবী শমাও পুম্নমক্তি মানবী

মথয়া চৎলকএ। কৌরব লান্মী পুন্নমক্তি অমল খৈন্নে কুন্নবগুম উমবী নিংশিং লৈতনা খোন্নেন ভুমগল্লৌববু অর্জ্জুন তেলহৈবনা খোন্নেন মিকপ থোক্লব। তেনবু রাইরা তেঙ্গা থোংনা কাপ্পবগী দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্নচিংনা কৌরব লান্মী পুন্নমক্তি খোন্নেন মিকপ থোক্লে। অসাইগী লানফম মৈশা লাংবা অত্তুবু পুক্লিং চৈরোইননা চেংলো মমিৎ পাংলবদা য়াওরা খোঞ্জেল রাংনা অর্জ্জুন পাঙ্গনববু হাংলো, য়াল্লো, থিল্লো চায়না লাওরকপবু লিরুং মখোইগী মখুৎশু রাইরা মতেঙ্গা লানফম পোংলোই পুন্নমকপু লৈঙমদনা লৈরাং অত্তিংঙাদা মরোইরে। দেবদত্ত কৌবা মোইবুং খোঞ্জেল তাববু লাপ্পা মতারবগী ভীষ্ম দ্রোন অনিমক্বা চিংনা কৌরব লান্মী পুন্নমক্বা হায়নৈএ। মতৌ করিগীনো শন্থোকএ; পাণ্ডু পাঙ্গনবা মপারি অর্জ্জুন তেলহৈবা অসিবু করম পোক্লক-পনো, লা-শোক কনা মমাং খাংফদে। লানফম খুৎশু পুন্নমকসু খান্বী মৈদা ইক্লস্মে। লান্মী ঐখোই থৈবিকপুসুং লানফম মাহথি নংনা থম্লস্মে। পাঙ্গল মপা তাম্বা অর্জ্জুন তেলহৈবনা শাগৈ মচেং পাচা অমনে হায়বগী থৌজাল লাঙ্গোনবিবনো। প্রান থরাই মাংহল্লমদবান ঙাইএ। দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্নচিংনা লান্মী ঐখোই থৈবিকী শমু খুত্তা চল্লবা কাওরেন শনগু পুন্নমকসুং পুখিঙম্নে হায়না পাওমেন্নরবদা; দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্দি তাংজা ইকাই খোইরবগী লানফম খুৎশু থৈবিকপু খান্বী মৈদা ইক্লস্বগী চকমোম মৈশা অকনবা অসিদা চংনা নোংমল্লগে হায়না চকমোম্ মমাং লেপ্লবদা ভীষ্ম দ্রোণ, কর্ণ, ভগদত্ত, জয়দ্রথ, শৌকুনি, শৌবল

মথোই অসি থৈবিক্কা অচেল খোংদৈ য়াংনা থৌথাম্মে। য়াথং অনোনবা রারম অল্লোকপনা নিংথৌ পুক্লিং তেমহল্লে। পাঙ্গল মত্তিক লৈবা থৈবিক্কা থাম্বী মৈমাং কোয়না লেপ্লবদা নিংথৌ পুক্লিং চিক্লা ফমফম্লে। কৌরব লাম্মী পুন্নমক্তি দূর্য্যোধন নিংথৌ-রেন্নচিংনা অমন থাম্লে কুম্লবগুম তাংজা ইকাই পুনা হনরাইথিয়ে হায়দবরা। নিংথৌ সনা মরৈবাক্তা মরান রাইথুংলুরে।

অর্জ্জুন য়াইফ থোক্তবদি কাওরেন শনগু পুন্নমকপু মানবী শঙ্গোম্নুংদা লহান মাংগী মতমগুম কাওরেন কোম্থোং লোন্না শুম্লম্লে। মানবী শনশেল্লোই পুন্নমক্কা কাওরেন শনগোন ভাক্লোরে। চরৈ ফি-রোই থৈবিকসুং তপ কোরৌ লানশাফম শমী বৃক্ষ ক্যামলৈগী পামেন উত্তোন থক্তা লহান মাংগী মতমগুম থম্লুরে। অর্জ্জুন লৌশিংবদি নপুংষ কৈদারেনগী চরৈ ফিরোই শেৎলবগা পাওমেনখিএ। হে উত্তর নাওরা অথুবা-ও নপন বিরাট লৈমাবদা নংনা হুযেন লানবাও তম্নুবদি নপারি ঐদি লানশোক অরাম থংদরিবগী মিথেন থাবু থংনা হুযেন লাঙ্কেলববু খোইমোম ললকুহেবা লানশোক তেংবাং চাওবা অমনা কৌরব লাম্মী পুন্নমক দূর্য্যোধন নিংথৌরেন্ন চিংনা পাঙ্গল মত্তিক লৈবা থৈবিকপু হুয়েন লানশোক্ক-বিবম্লেএ নিংথৌ পাঙ্গল মত্তিক লৈবা থৈবিকসুং অকি পুক্লিং চংনা হনরাইথিরে। লানশোক তেংবাংবিরবা খোইমোম লাই অতুদি কোরৌ সুমীৎ মন্তা তরুক্কি শুরবগা লারক্কে হায়রম্মে হায়না হুয়েন লানবাও তম্নুও অস্থুম পাওমেন্নরবদা বৃহনালা লৌ-শিংবদি লাঙ্গোই শাথৌরে। উত্তর মথোক্লকপনা দোলাই রথ তোংনা হনরাইরক্লে।

# যুধিষ্ঠিরগী লাইবক্তা ঈ তাবা

মপন বিরাট নিংথৌরেনস্থং মাইকৈ থা থংবা সুশর্ম্মা। নিংথৌ মরানথোংগী লানফম য়াইফ থোইনা হনরাইথুংঙম্রে। মপারি উত্তর অহনবনা হুয়েন লানশোক্লখিবা বৃহনালা ফৈদারেম্না শারথি শাথৌএ দূর্য্যোধন নিংথৌরেন্না চিংনা নিংথৌ নৈবা থৈবিকপু হুয়েন লানশোক্লখিএ হায়না পাণ্ডমণ্ডম্ববু না তারবদা নিংথৌ সনা য়োইকোন্নুংদা পুক্নিং অরা চংনা নিংথলখিএ। কৌরব লান্মী অকনবা মতিক পুন্নুং অচৌ মৈগুম্বা অহুশিংগা হুয়েন লানশোক্লবদি পারি উত্তর অহনবনা লানফম কদোনোং য়াইফরক্লোইএ হায়না নিংথৌ মঙাইরোই রাজ সভা পুন্নমক্না পুক্নিং অরা চংনা অসুম নিংথন্নরিঙৈ, মপারি উত্তর মথোক্লকপগী থোংলোই পাও হনবনা য়াংনা রাইথুংলরে। শমু মথুং লোম্না হুযেন লানবাও তমথিএ। হে বিরাট নৈমাবা ইবুংঙো তাও-ও নপারি উত্তর অহনবনা লানফম য়াইফ থোইরক্লে। ভীষ্ম সেনাপতি লাঙ্গিংবস্থ দ্রোণ কর্ণ অনিমক্লচিংনা পাঙ্গল মতিক নৈবা থৈবিকপু থোইনা হুয়েন লানশোক্লবমএ। নপারি উত্তর য়াইফবনা থোংফেন লান-শোক হুন্নবগী কাওরেন মশলচা পুন্নমকস্থং থোম্লক্লে। দুর্য্যোধন নিংথৌরেম্ন চিংনা কৌরব লান্মী পুন্নমক্তি লানশোক মাইথী মংনা হনরাইখিরে হায়না পাণ্ডন্নবদা নিংথৌ পুক্নিং হরাও থোইনা হুংঙাই মরাং কাইরে। রাংলেন মরাং হো, তরেং মনিন মাই.

শিঙ্গা খোঙ্জেল চাও, য়াইফ খোঙ্জেল য়াংনা হয়াওরিবৈদা, বিরাট লৈমাবনা রাজ সভা ইভাইরোই শিংও ভীষ্ম দ্রোণ কর্ণনচিংনা পাঙ্গল মতিক লৈবা অভুশিংবু পারি উত্তর অকনবনা হুয়েন লানশোক ওন্মে হায়এ। পারি লানফম মপা তাম্বা উত্তর অকনবা অসিবু নাওনৌবদি নিংথৌ ঐস্সুং চিংডু থোহনা লাইবক ফৈএ হায়না পাওমেনববু কঙ্ক কৌনা লৈরিবা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেল্লা পাওথুমখিএ।

হে বিরাট লৈমাবা-ও বৃহনাল্লা অতুনা লাঙ্গোই শাথৌরবদি লানফম করিগুম্বা খৈবিক্লা পুক্লিং অকি লৈতনা হুযেন লানশোক-ঙৈনে। অসুম পাওমেনববু বিরাট লৈমাবনা না তারবগী তিল্লাং মখোয় শাওনা হে কঙ্ক ব্রাহ্মন অপংবা ও কোল্লোগ নয়াথং অসিবু না তানিংদে। নিংথৌ ইপারিবুদি পাঙ্গল মতিক থাগৎপিদনা ফৈদা থোংখৈফম্বা নপুংষ শমু মহবশাং লৈতববুদি পাঙ্গল মতিক থাগৎলে, লৌশিং রাখল লৈতে হায়না পাশ মখুৎশুনা হুনখিববু ধর্ম্ম লাইবক খেল্লাইথোংদা পাঙবগী রক্ত ঈভাং থোক্লে। ধর্ম্ম নিংথৌরেল্দি তাংজ মরু লুক্লা ঈচাং লৈদা তাংল্লোই হায়বগী খুবাক লোংনা য়ারিবৈদা শৈরন্ধ্রী কৌনা লৈরম্বী লৈমা দ্রৌপদী লৌশিংবীনা চেংলৌ মিৎথিৎলবগী, বিরাট লৈমাবা অসিদি লৌশিং রাখল লৈতে। ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনগী ঈমু ফিরাং শাবা অসিবু মাল্লেম লৈদা তারবদি বিরাট মরৈপাক অসিবু য়োম্দনা তাক-ঙৈনে হায়না অচেল থোংলৈ য়াংনা সনা শেনপাক থুত্তা শুনা য়াক্লে হায়দবরা। ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী মতৌ অহু উরবদা

মশানৌ ভীম অকনবা বহুলব কৌনা লৈরিবা অহুনা হুংশি কঞ্জাও থোই য়াইবী কল হৌনিক্লা ফমফম মতৌ চেত্তরবগী, মশাবি ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্না লৌশিং পুক্লিং হঞ্জিনববু উরবগী রুনবী পুক্লিং তপ্না চৈরংলৌএ।

মতৌ অস্তুম ওইরিঙৈদা উত্তর মথোক্লকপস্তুং রাইথুংলরে। বিরাট নিংথৌরেন্দি মপারিবু পুক্লিং হয়াও থোইনা থৌজাল মাইয়োক্লভমএ। উত্তর য়াইফববু কৈরাতান্দা থোংনা পারি নাওরা অথুবা-ও লানশোক মতৌ করম ওইনা নাওরা নতিক নত্তনা ভম্লম্বনো হায়না পাওহংববু, উত্তর শমু মথুং লোন্না পাও-থুমখিএ। হোই ইপন বিরাট লৈমাবা-ও দুর্য্যোধন নিংথৌরেনগী হুয়েন লানশোকফম্বু য়োরবদা নপারি ঐদি লান্মী মতৌ য়েংনা শোংকিরবগী মিরেন থাবু থংনা হুয়েন লাঞ্জেল্লবদা খোইমোম থৌজাল হৈবা অমনা লানশোক তেংবাংবিরম্লয়ে। দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্নচিংনা কৌরব লান্মী পুম্নমকপু হুয়েন লানশোক ভম্লবগা কাওরেন শঙ্কু অয়াম্বসুং নপারি ঐভোন্দা পীরম্মে। খোইমোম লাই অহুদি কৌয়ৌ হুমিং মভা তরুক্লি শুরবগা লায়ক্কে হায়রম্মে। অস্তুম হুয়েন লানবাও তম্লবদা ধর্ম্ম নিংথৌ-রেনগী তাংজা মরাইবক্তা রক্ত ঈভাং থোকপবু উরবগা পুক্লিং অকি চংনা পাওহংলকএ। ইপন বিরাট লৈমাবা-ও কঙ্ক লাইবক খেল্লাইথোংদা রক্ত ঈভাং থোকপা অসিবু মতৌ করিগীনো? বামোন কঙ্ক কৌবা অসিদি নমু মী মচপু মত্তে, থৌজাল ইরেন পুংশুম য়োইনা থৌগল্লো। বামোন মতিক অরুবদি ইপন বিরাট

নৈরোবা নংনা কোম্রা খংলকউঙনে হায়না পাণ্ডমেল্লবদা, মপন্ন বিরাট্ট নিংথৌরেম্না মপাস্নিবী কোম্লোই ময়াথংবু না তারবগা তাংজা ইকাই থোইরে। নিংথৌ মঙাইরোই রাজ সভা পুম্নমকস্থ মরাণ থৌকুমখিরবদা অঙানবা থোংলোন খম্খিরবগী ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্নি ইনুং শোইয়াইমদা মশানৌ মরিম্কা দ্রৌপদী অচুম্বীগা মথোই তরুকমকপু লোম্না য়াতান্নখিএ।

---

# পাণ্ডবনা বিরাটতা ফাওদোকপা

ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্না শানৌ পস্নৌপামচাশিংও লাংথৈ কুমুম ১২শুনা লোৎনম্নি হায়বদি মতম শীংথা শুখিরে। হৌজিক মতম অসিদা মতৌ করম্ ওইসে হায়বনো। লাংথৈ কুম্মীং য়াম্না অরা মখে নৈতবগু লাম্খলে হায়না পাণ্ডমেল্লবগা শানৌ ইচিন ইনাও মঙামকী, ইথিক্কু অম্নরবু শানফোংলসে। শানৌ ভীম অকনবা নংদি তুপ কোরৌ লনশাকুম শমীবৃক্ষ উত্তোন থকী, লানকুম থুংও অয়াম্বা পোৎলোই মরুম, মঙ্গামকপু রাজনা লৌথরুও হায়না পাণ্ডমেল্লবগা মশাবি ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী সন্না য়াথংবু লুমা থোংনা চেংলৌ মিৎকুপ মকুমদা লৌরুবুরগা কোকা লোম্নশোইরকপগী চাইথৈ, নৈনা চৈরোইননা বিরাট নিংথৌ-

য়েনগী সনা সিংহাসন্দা ধর্ম্মরাজ নিংথৌনা পুক্নি মরাং কাইনা ফমফম্লে। দ্রৌপদী অচুম্বীনা শমু ওইরম থানা ফম্লে। নকুল অতোনবনা সনা শেকপিন থাম্লে। সহদেব য়াইমবনা সনা ক্যায়োক লুংগী হৈরাং চানা হোংববু কা শুংদাই লৌনা পানা তপ্পাই লাম্লে। ভীম অকনবনা গদা থেঙ্গু য়াইওইববু খুত্তা শুনা শয়েন য়েংলম লেপ্লে। অর্জ্জুন তেলহৈবনা গাণ্ডিব লিরুং খুত্তা শুনা শমু ওইরম লেপ্লে। অসুম য়োইনা থৌখনরা, ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্না সনা ফম্বাল ফম্বা অত্তবু বিরাট লৈমাবা মদাইরেম সনা ফম্বান ভাকপশিংনা চেংলৌ মিৎথিংলবগী অচেন্দ খোংলৈ য়াংনা বিরাট মনিংথৌদা পাওমেল্লুইএ। হে বিরাট ইনিংথৌও সনা নংগী সিংহাসন্দা কঙ্ক বামোন অত্তনা লুংঙাই মরাং কাইনা ফমফমএ। শৈরন্ধ্রী চেংলৌ শক্নোই হেনবা অত্তনা লৈমা মশানৌবু ওইনা শমু ওইরম ফম্মে। ব্রাহ্মন তরা চাকথোংবা বামোন বল্লব অত্তনা গদা থেঙ্গু খুত্তা শুনা শয়েন য়েংলম লেপএ। বৃহন্নালা কৈদারেম্না লিরুং খুত্তা শুনা শমু ওইরম লেপএ। কো-লোই মনিংথোংবু অশ্বপাল কৌবা অত্তনা পানা তপ্পাই লাম্লে। গোপাল চেংলৌ শক্নোই হেনবনা সনা শেকপিন থাম্লে। নমু মীরৈবাকচা মশেম্না নিংথৌ নংগী সনা ফম্বান মুল্লে। লহান মাংদা কীচক পাঙ্গনববু নোংমনৃহনববু মথোই অসিনরিঙৈনে হায়না য়াকৎলে।

বিরাট নিংথৌরেম্না ঐখী মতম অঙ্কবা থৈনিকপু মহে ওয়া লৌখিরে। মতৌ ঐখু করম ওইনিরক্লো হায়না পাওহংবনু বিরাট

লৈপাক কোয়বা কনানা পাওখুম্নদরবদা চেংলৌ মিংকুপ মরুমদা বিরাট লৈমাবনা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্দা য়াথং ভক্তি তৌনা পাওহংলুএ। হে কঙ্ক বহুলব অনিমকও বৃহনালা অশ্বপাল গোপাল শৈরন্ধ্রী নংখোই তরুকমকপু নিংথৌ ঐনা তরা ইচাক থাক্না নাওয়োকপা নৎতবরা, করিগী ধর্ম্ম মতিক নত্তবব্ তৌরিবনো। লহান সুশর্ম্মা নিংথৌ মথুৎপাক্কী বহুলব অকনবনা থরাই ইমিরেনুবু কনবিরকইঙেদা বিরাট ইনিংথৌবু ওইয়ো হায়না পাওমেনইঙেদি হোইযাদে। হৌজিক মতম অসিদদি করিগী সনা ঐগী সিংহাসনবু পাঙ্গল থুৎঙমথিনা মুল্লিবনো অসুম পাওমেল্লবদা বৃহনালা লৌশিংবনা হে বিরাট লৈমাবা-ও সনা সিংহাসন্দা ফম্লিবা অসিবু ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথোরেম্নে। নিংথৌ নংগী সনা সিংহাসন্দা ফমফম্বগী কদোবা পুক্নিং অরা চংঙ্বনো। শাবি ইচিন ইনাও মঙামক্তি বিরাট লৈমাবা নংগী আসন নফম্লেন অসিবু হায়দবসুং চিংঙু ঈন্দ্র সোরারেনগী আসন মফম্লেন মাহাকপু পাঙ্গল থুৎঙমথিনা মুনলোঙমইঙেনে। অসুম পাওমেনববু না তারবদা বিরাট লৈমাবনা অনৌবা পাওহংএ। তৌইগীদি কঙ্ক কৌবা ব্রাহ্মন অসিবু ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্নে হায়রবদি মশানৌ ভীম অকনবা অর্জ্জুন তেলহৈবা সহদেব লৌশিংবা নকুল অতোনবা দ্রৌপদী অচুম্বীসুং মথোই মঙামক্তি মফম করিগুম্বদা লৈরিবনো হায়না পাওহংলনদা পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবনা পাওখুমথিএ। হে বিরাট নিংথৌরেনও বুনবী পুক্নিং তপ্পা না তা-ও। পদা থেঙ্গু য়াইওইববু শমু থুত্তা শূবা বহুলব তরা চাকথোংবা অসিদি ভীম

অকনবনে। অশ্বপাল কৌনা পানা ভগ্রাই লাম্লিবা অসিদি সহদেব লৌশিংবনে। গোপাল কৌনা সনা শেকপিন থাম্লিবা অসিদি নকুল অতোনবনে। শৈরন্ধ্রী চেংলৌ শক্তোই হেনবী অসিদি দ্রৌপদী অচুম্বানে। বৃহন্নালা ঐদি অর্জ্জুন তেলহৈবনে। দুর্য্যোধন নিংথৌরেনবু শোংকিবগী চেংলৌ ঐথোইবু ইশক ওন্ কোম্লোই ইমিং হোংনা শাম্থ্রুপ্লিবনে। হৌজিক মতম অসিদি য়াথং হায়না রাবু লাংহৈ কুমশিং হেনখিরে। মরম অসিগী দমকপু য়াথং কো'না পাওতাক্লবনে। কুমশীং তরামাথোইদি খোইমা নারোম্মুংদা শাম্থ্রুপ্লম্মে। লাংহৈ কুমপুম অমদি বিরাট লৈমাবা নংনা তরা চাক থাক্লা নাওয়োকপিরে। অসুম পাও-খুম্লবদা বিরাট নিংথৌরেন্দি মালেম লৈদা তাবা চৈশুগুম হকচাং লৈদা পক্লা হে ধর্ম্মরাজ থোইখোইবা-ও নিংথৌ সনা নখোং খাদা রারম থংজদবনা মপৈ কয়ামরুম্থু লংজ অয়োল থোক্লে। লংজ অয়োন য়াম্লবা ঐবু নিংথৌ অথোইবা নংনা ঙাকপিয়ো হায়না পুরুমজরবদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্না সনা সিংহাসন্দগী হৌ-গৎলবগা বিরাট লৈমাববু ঙকথি লুম্লাং কোন্না হৌগৎপিরে। হে বিরাট নিংথৌরেনও শানৌ ইচিন ইনাও মঙামকপু অন্না লৈথৈত্তানা লান্নংলবদা বিরাট লৈমাবা নংনা নাওয়োকএ। অরাং কোরৌ হুমিংমগী পাশা নথুংশুনা রক্ত ঈঙাং থোকনা চৈবিবা অতুশুং ইশানৌ ভীম অকনববু মিংয়েং শানথৈহন্দরে। শায়মা নংগী উনগোইফুংদা পুক্লিং শোংকি চংলুগুনো হায়না কোনথৎপিরবগা সনা সিংহাসন্দা ফমৃকমৃমম্নরে হায়দবরা। মপাক্লি

উত্তর অহনবনচিংনা বিরাট লৈপাক কোইবা পুম্নমকসুং য়াকা-রক্লবদা মাল্লেম লৈদা পক্লা পুরুম্লে। উত্তর লৌশিংবনা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনবু হুয়েন লানশোক্লকুভৈগী লানফম য়াইফরা অর্জ্জুন তেলহৈবা মরুপ্পানমী হুয়েন লানশোক ওম্নকরাবু রাম্নম ফোংনা পাওতাক্লে।

---

# উত্তরা অভিমন্যু লুহোংবা

বিরাট নিংথৌরেন্দি সুংঙাই মরাং কাই হরাও পুক্লিং চংলবগী রাংলেন মরাংহৌ, তরেং মনিন নাই, কুমৈ সুংঙাইববু তৌনা পাণ্ডব শাগৈরেন্দা পোকপা শানৌ মচিন মনাও মঙামকপু সনা শঙ্গাইহুংদা কৌশিনথিরবগা নিংথৌ থৌজান য়োইথোম্না চোইনৌ সনা লীফম্ থানা ফমফমহল্লবদা বিরাট মরৈপাক্কী থাঙ্ডা মুমুম খুদিং রাংলেন পুংয়াম থিল জুগার মনিন নাইনা মাহারঙ্গ কুমৈ থোইনা সুংঙাইববু মতম মপা লৈতনা শাম্নরবগা বিরাট মরৈপাকপু লৈপাক মচেৎ কোঙ্গাই থাইনা নিংথৌ পোৎলোই মশীংগু আহার রাৎহন্দা সুংঙাই মশীংগুনা লনকুজরবগা ভক্তি শাল্লেন লৈদা পক্ চাংজৌ চেপ্পা রোম্না পাওমেজখিএ। হে পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবা ইমোম উত্তরা অহেনবী কন্যা মথোক্লকপীবু অর্জ্জুনন

পাঙনবা নঙোন্দা কংচরগে। শমু নংগী ওইরম থানা য়োইনা থৌগন্নবিও। নিংথৌ ঐদি লাংওন্ ইপোক থুদিং য়াইফা মহৈ পানববু লেপ্পা তানফংজরগে হায়না পাওমেঞ্জয়বদা, অর্জ্জুন তেল-হৈবনা হে নিংথৌ অথোইবা-ও চিনগোই নয়াথং অসিবু করি য়ানো. নমোম্ উত্তরা অহেনবী অতুদি নাওরা মথোক্ককৈঙ্গী হৌনা নৃত্য জগোই শাবা অশে জুংয়োন শকপা থোইমোম গন্ধর্ব্ব অথোইবগী থোংলৈ জগোই অয়াম্ববু মতৈ মশিং গুনা অর্জ্জুন ঐনা তম্বিরে, ইমোম মতম মানগুম্নবী অতুনে। য়ারম করিগী পাওমেনবনো হায়না য়াহন্নবগী বিরাট থুম্নিংথৌনা পাওমেনখিএ। তোইগীদি শানৌ নচিন ননাও মঙা মরক্তগী থৌজান কনাগুম্বা অমনা ইমোম অহেনবী অসিবু য়োন্দনা য়োইনা থৌগন্নবীও, বংশ নথোইগী শাগৈরেনবু মরোইরবদি হন্থু ইয়াই কারবা ঐবু ইপোক মহৈ য়ালহৌরে হায়না খংজরগে। ইমোম উত্তরা অহেন-বীসুং য়াইফা মথোই তোংবীবু ওইরসুনো হায়না পাওমেঞ্জববু না তারবদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেম্না য়াহন্নকএ। হে বিরাট লৈমাবা-ও নংবু পন্থৌ ঐখোইগী লেপ্লৌ শিনগুম্নবা মহাক্নে। নমোম উত্তরা অহেনবী অসিসুং ইচল পল্লেমপীমাচা মওইরবী অতুনে হায়না পাওমেল্লবদা, সহদেব নকুল অনিমক্সু পলেমপী মাচা পন্থৌপা মচাগুম্নবা অসিবু লৌওম্লোই হায়না পাওয়াত্রবদা অর্জ্জুন তেল-হৈবনা অনৌবা অমরক হন্না পাওমেল্লকএ।

হে নিংথৌ অথোইবা-ও নমোম উত্তরা অহেনবী অসিবু বংশ ঐখোইগী শাগৈরেন্দা পীনিংলবদি অর্জ্জুন ঐগী ইপারি লাংজেং

মথোক্লকপা অভিমন্যু চেংলৌ শক্কোই হেনবদা লৈস্সুনো। মাওরা মথোক্লকপা অনিমক্তুম অঙাং মমান্নবনে। বিবাহ মরানি হুহোংখোংদোংবিরসে হায়না পাওমেল্লবগী, খোংলোই অয়াংববু শিনা পাওকোহল্লরবগা অভিমন্যু অহেনবদি য়োইবু কুন্তী অচুম্বীগা মইরোল সুভদ্রা নিংথিবীসুং মথোই অহুম্মকপু ভাইরোইননা বিরাট সনা য়োইকোম্নুংদা রাইথুংলবগী মমোম উত্তরা চেংলৌ শক্কোই হেনবীগা পার্থ অর্জ্জুন তেলহৈবা মপারি অভিমন্যু লাংজেং মথোক্লকপগা অনিমকপু তম্না হুহোংখোংদোংবিরে। পুরোহিত মনাওয়োক্না বেদ লমচৎ মতুং ইন্না উত্তরা অহেনবীবু অভিমন্যু মথুৎপাক্তা কন্যাদান অথোইববু তৌনা য়োইনা থৌজান্নরবগা দাণ দক্ষিনা পুম্নমকপু রাংহন্দনা পুজা ঈরাংপিরে হায়দবরা। হস্তি লাঙ্গোই লুরাংবা কোরৌ নোংশাকোন দোলাই খোংমী পুম্নমকপু দাণ মশীং শুনা লনকুজরবগা মৎস্য দেশ লৈপাক লুংঙাইবগী কর্ত্তা রায়েল্লিবা থৈবিক্তসুং দাণ মশীং তরামকপু রাংহন্দা সনা চংলৈরেম্ লুপা থেনমাইরাংনা অসুম লমকুজরবদা মৎস্য দেশ কোবা বিরাট মরৈবাক্তী সনা য়োইকোম্নুংদা লুংঙাই মন্নাংকাই হরাও মথোই তোংনা পানমিন্নরে হায়দবরা।

অসুম পানমিন্নরিএ হায়ববু দ্বারকা লৈপাক লুংঙাইবদা ঈশ্বর মপুরেম্না না তারবগী মদাইরেম দারুক শাথোববু পাও-কৌথিএ। হে দারুক লৌশিংবা-ও নংবু হৌজিক চেংলৌ শিংকুপ মরুমদা দোলাই ইথুনেৎপু থুনা শেম্নকও। বিরাট মরৈবাকপু মাংনা ইভানগে হায়না পাওমেল্লবগা শ্রীগোবিন্দ মপুরেন্দি

সনা দোলাই থক্তা দারুক লৌশিংববু দোলাই শাথৌননা বিরাট মরৈপাক্তা য়াংনা রাইথুংলুরে। খোংলোই থৌশি য়াংনা বিরাট রুনিংথৌদা পাওতাক্লুরবগা মৎস্য দেশ মপুরেন বিরাট লৈমাবদি য়াংনা ঈশ্বর থোইথোইববু শঙ্গাই মকোল্লোইদা পাওকৌশিনখিরবগা অষ্টাঙ্গ প্রনাম মশীংশু চকচাং মফম নিপানমকপু শোক্লা পুরুমজরবদা ঈরাং পোংলোই মশীং শুনা কৎচরবগা সনা ফান্দেং থক্তা ফমফমগল্লে। ভক্তি পুক্নিং অচুম্বনা য়োইনা থৌগনজরবদা, থোইমোম নরায়ন অথোইবনা ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনগা অর্জ্জুন পাঙ্গনবগা অনিমকপু থৌজান য়োইথোম্লনা কোনবিরে। ভীম নকুল সহদেব অহুম্মকপুসুং আশীর্ব্বাদ য়াথং অফববু লনকুবিরবগা বিরাট মরৈবাক্তী নমুপোং ওইবা থৈবিকপুসুং চিংশু দয়া মথৌজান্না চরাওহল্লবদা পূর্ণ ভগবান থোইথোইবদি সনা ফান্দেংথক্তা ফুংভাই মরাং কাইনা ফমফম্লে হায়দবরা। বিরাট খুম্নিংথৌদি পুক্নিং চরাওথোইনা চিঞ্জাক হাওথোই থুমখোইবা থৈবিকপু তাংজা লুদা থোংনা কৎচরবদা ঈশ্বর মপুরেনসুং ফুংভাই মরাং কাইনা বিরাট মরৈপাক্তা ফুমিং শীংবুম য়াম্ হরাও মথোই তোংনা লৈমম্লরে।

গদাধর থোইথোইবনা ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেন্দা হায়মখিএ। হে ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনও নংবু থোইমোম নোংদম মথৌদাগী রাজ নিংথৌরেনবু ওইবা নংনা সক্কল্ল রাশক্রবগী সত্য রাশক হেন্দোক্তা লাংহৈ কুমশীং তরানিথোইবু থোয়মা নারোম্নুংদা থৌরম নত্তবগীদমকপু অমা মথৈ লৈতনা লাম্লংলে। নিংথৌ সনা

পনৃউ ওইবা নংনা রাজ্য লৈপাক হুংডাইবা অমদা নিংথৌ নতিক নত্তনা করিগী যাঙ্গোইরিবনো ? বিরাট মরৈপাক অসিদা হুমিৎ শীংবুম য়াম্না য়াঙ্গোইফরোই। দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্দা খোংলোই পাণ্ডখোন শীনা রাজ্য লৈপাক নিংলু-ও হায়না পাণ্ডমেনববু ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেন্না ভক্তি কাণ্ডবি চিকারুক মাল্লেম লৈদা পক চাংজো চেপ্পা রোন্না প'ওথুনখিএ। হে কৃষ্ণ থোইখোইবা ভগবান ঈশ্বর মপুরেনও নদাইরেম শানৌ ইচিন ইনাও নঙামক্না বিরাট মরৈপাক অসিদা পাণ্ডব শাগৈ পুম্নমকপু তিন্না লৈরবদি চিংডু নরনকুবিনা য়াইফ মথোই তোংবা মশেন্নে। বিরাট মরৈবাক অসিসুং লৈবাক তোংডানববু নত্তে। থৌবম অরুম্বা অসুম্বদা থরাই হিংনফম্মু ওইবা অত্তনে। হস্তিনা ইরৈপাকসুং দুর্য্যোধন নিংথৌবেন্না মাল্লেম লৈপাক চানা মতোম য়াঙ্গোইরম্নো হায়না পাণ্ডমেনববু পূর্ণ ভগবান মপুরেন্না ন তারবগী ধর্ম্মরাজ নিংথৌরেনও নংবু য়ুনবী পুক্লিং তপ্পা না তা-ও। নিংথৌ লৈপাক মপুনা সনা মরৈবাকপু নমদা হুম্না মীরৈবাক তোংডানবা অমদা কোবৌ নোংশীং য়াম্না য়াঙ্গোইবব্ গৌনরক্কে। ধর্ম্মবাজ যুধিষ্ঠির নিংথৌবেনও নংডোম্দা থোইমোম কোল্লোই ইযাথং অরোনববু য়ারম থাংথৈ নাইনা খংহল্লবনে। দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্দা খোংলোই য়াংনা থৌশীও হাযনা অসুম পাণ্ডমেন্নরিভৈদা পর্ব্ব য়ারি হুংডাইবা অসিবু য়ারম মতোল লোম্লে হায়দবরা ।।

---

জয়মুনি অথোইবনা রারি থবা লিক্লেংশিনগুম জন্মেজয় নিংথৌরেন্দা পাওমেন রা রাম কৃষ্ণদাস লৌশিংবনা ক্রোম মথং শিল রারম নাতৈ থিনা লেংলম্বা ভারত রারি সুংঙাইবা অসিবু নিংথৌ মপারি সনা রাপিহল যুবরাজ শ্রীনবানন্দ লৌশিং মথোক্ল-কপনা পোইরৈ মৈতৈ লোন্দা রারম মরেংশিন্না চন্দোক্লমএ। শ্রীবৃন্দাবন রাকমা মতম হনবগা মচেং মাগী পাচমা লোইরম নোংপানবাচা শ্রীমাধবরাম রাহেংবগা অনিমক্কা তেংথা মরেং ওই রারি নাতৈ থিনা শৈশেন্নমএ। মহাভারত অথোইবগী রারি সুংঙাইবা পাপ লাইজা ঈরেনপুংগুম্ববু কোকপা পূন্য মহৈ অথোই-বগী সমুদ্র ঈরেনপুংবু ওইরিবা রারম অথোইবা অক্তুগী বিন্দু লিক্লা পিশিন্তোন মরমতবু থাইনা বিরাট মরৈপাক্তা শানৌ মচিন মনাও মঙামক্কা চবৈ ফিশেং ওন কোল্লোই মমিং হোংনা শাস্ত্রপ্লু ভৈদগী হুযেন লানশোক রাবু পোইরে তেংথাননা লানফম থৌতোংননা পলেংথোক্লমএ। ভারত লানশোক অচৌববু রারি মতোল লোমদনা করিগী শৈশেম্বনো হায়রবদি রাকযৈ হি চিংবগী কৌবা য়াবেকপা ফাযেং নোংফাইবগীঅরা পোথাবা পোইরৈ খুংলেপ নোংদা শৈশেম্বমিগিনা রারি মতোন লোমঙমদে। নমু মীরোল ওইবা রারি মতোল লোমদবা অসিদি করিনতঙৈবু লৈতে। ব্যাস মুনিরেন্না শেন্নম্বা মহাভারত অথোইবতুম না তাঙৈনে হায়রবসুং চিংঙু লাইরিক হৈতবা মুর্খ মী মপংনিগিনা মহাভারত অথোইবদি হৈরুঙমদবগী বিরাট পর্ব্ব খজিক্তবু তেংথাজরম্বনে। রারি নংথোইনা শেম্বা অসিদি তেংথা মরেং চুমদে, রাহৈ মরেং

চাদে, লানশোক য়ারি তাবদি রুনবী পুক্রিং পেম্না লুংঙাইতে কম্বিগী না তারুগবনো হায়রবসুং, পামেন তিংথং লৈবা উপান্দা শিংলেন মপান শারবগা লাংবন খোইমু লৈপাম্বনা শিংলেন লৈহি অথুম্ববু তল্লা তিংথং পাম্লে হায়না খোইমু নমদা হুন্দনা চংখিবগুম, মালেম লৈহোম পাংতা ঙংলিবা থম্বাল লৈরিকচিনবু লৈখোম জৈনে পোকএ হায়না শিংলেন হুক্তেক্লদে। থম্বাল লৈখোক থংনা খোইমোম লাইদা কংপগুম, তরাচামল্লক্কগী চোইনৌ সনা মৈথাং কোনববু পাঙ্গমা লৌশিং থোইবা সনা লম্ভিক থংবশিংনা তরা চামনুলক্কা তারে হায়না হুনচেক্লবগুম, পায়মা লৌশিং তাম্বা য়ারি নাতৈ রেংনা শৈশেম মতিক ওইদবিবগী তেংথা মরেং চুমদবা অসিবু চিংগু লাইবক কবা সাধু খোহমোম লাইবু নিংবা নখোইনা ভারত রাম্বশেনে হায়না লংজা অযোন ঙাক্লা না তাবিয়ো। হুয়েন লানফম অচৌবদা তনবা নিপা থোক্লা মাল্লেম লৈপাক ঙাকপদা কোল্লোই ইমিং থমগে হায়না নোংহায়রবশিংনা রুনবী পুক্লিং পীনা না তারবদি লানফম য়াইফা মথোই তোংববু যোম্দনা তানফংএ। পাপী লমচং ফত্তবা নমু মীমাপংশিংনা না তারবস্রং পাপ লাইজা জরেনপুংগুম্বু কোককৈরে। থোইমোম লাইবু নিংবা চিংগু লাইবক ফবাশিংও নচিন রাম রাম শোন্না না তাবিয়ো। পুনশি ইরানবৈল অরাং শরু লতোংলৈবু কোনচিনলমগে।

লুমশ মুনিরেনবু হেম্না পুনশি রারি কুইববু অমা তৈনা লৈভরে। সত্য ত্রেতা দ্বাপর কলি যুগ মরিমকপু অমা ওইনা

তিনশিল্লবদি দিব্য যুগ-ও কৌএ। সত্য যুগ অহানবগীদি মশিং লখা ১৭২৮০০০ শুইএ। ত্রেতা যুগ মথংগীদি লাংহৈ কুমশিং লখা ১২৯৬০০০ শুইএ। দ্বাপর যুগ য়াইমবগী লাংহৈ কুমশিং লখা ৮৬৪০০০ শুইএ। কলি হাক্তক অকোনবগীদি কুমশিং লখা ৪৩২০০০ শুইএ। যুগ লাংরোন ৪ মকপু তিনশিল্লবদি লাংহৈ কুমশিং লখা ৪৩২০০০০। যুগ লাংরোন ৪মকপু তিনশিনবা দিব্য যুগ ৭১শুরবগা চিংঙ্ নিংথৌ সোরারেনগী থোইমোম লাইফংথৌ রায়েনবা মন্থু মপুমনা নোংমল্লে। দিব্য যুগ ৭১না পুনশি চেংজেন ওইনবা মন্থু অসিগুম্ববু মপুম ১৪ শুনা মথং মথং নোংমল্লবগা থোইমোম ব্রহ্মা অশেম্বগী কোরৌ নোংমতবু ওইনৈএ। কোরৌ নোংপুমমা ওইনবা অহুব্ নোংজা ১৫ শুরবগা পক্ষ মপুমমা-ও কৌএ। পক্ষ মপুম ২ শুরবগা লোইদাম থামা ওইনৈএ। লোইদাম থাপুম ২ শুরবগা ঋতু-ও কৌএ। ঋতু চাইরোল ৩ শুরবগা আয়ণ-ও কৌএ। আয়ণ মপুম ২ শুরবদি লাংহৈ কুম্পুমমবু ওইনা য়াহিপএ। লাংহৈ কুমপুম অহুবু ৫০০০ শুরবগা চিংঙ্ ব্রহ্মা অশেম্বা অমনা নোংমল্লে। থাই-মোম ব্রহ্মা অশেম্বা অমনা পুনশি চেংজেল লোম্না নোংমল্লবদি লুমশ মহা মুনিরেন থোইথোইবগীদি য়াওরা তুবুম্মতা মকেল্লে হায়দবরা। পুনশি মতিক হায়ঙমদবা লুমশ মহামুনিরেনগী পুনশি ইন্নালৈন তাইবং শুপ্না থোইবা লৈবু থোইমোম সনা নথোংখাদা ইমাই নোংলেম লাইনা পাং থোংলেন অন্নাং কোবা চীংথংলাং পাংবারমদা ওয়া হয়িচা হয়া রাওনা কোনশিল্লমগে হয়িচা হয়াহে হয়া হরিও॥

লোইরবা।